# তিঘ'তম

## লীকলম

খোমজিন্বা অমদি পুথোকচবা ঃ-

অপুনবা শীল্লা লুপ মযাই লোইশং

শিংজমৈ

*লাইরিক মখুমগী মওং মতৌ (ডিজাইন):*
ওক্রম মংলেম মীতৈ, ওক্রম চিথেক

*লাইয়েকপা:*
আর.কে. তোম্বীসনা, শিংজমৈ চিংঙা মখোং

*পুথোকচবা:* "অপুনবা শিন্থা লুপ" ॥

*ময়াই লোইশং:*
সিন্দম বুক হাউস, শিংজমৈ ॥

*অহানবা খুৎনম:* ২০০৯ ইং কুমজা ॥

*মশিং:* ১,০০০/-

*লাইরিক্কী মমল:* লুপা ৭০/-

*ফংফম:* শিন্দম বুক হাউস, শিংজমৈ।

**খণ্ডহঞ্জবা :**
লাইরিক অসিদা ইজরীবা ৱাবী শিংবুনসি পাবীরীবশিংনা অশোইবা থেংনবীরবা, লানলবদি চুমথোকপীননবা অইবগা উন্নবীয়ু। ইবীনিংবা ৱারী শিংবুন হাপ্পীনীংবা লৈরগদি লুপসিদা থাগৎপীরকউ হায়জরি।

*নম্ফম:*
ইমোইনু ওফসেট প্রিন্টর্স, গোভর্ণর রোড, পাওনা বজার, ইম্ফাল ॥

# য়াওফম তাকপা

| | হিরম | লামায় |
|---|---|---|
| ১। | [illegible] | ১ |
| ২। | [illegible] | ৪১ |
| ৩। | লুহোংবা (হেংনেম্বা) | ৪৩ |
| ৪। | য়িমচিল কাকফৈ থাবা | ৪৫ |
| ৫। | থৌরম তৌবা | ৪৭ |
| ৬। | কুন্দোগী হৌরকফম | ৪৯ |
| ৭। | হৈজিংপোৎ | ৫১ |
| ৮। | পোৎলোই | ৫২ |
| ৯। | চেংপোৎলেন, চৈরাওবা | ৫৪ |
| ১০। | চন্দোন শেলখাই | ৫৬ |
| ১১। | থৱাইনা শৈথাবা | ৬০ |
| ১২। | [illegible] | ৬০ |
| ১৩। | পুরুক শৌবী লাইফমলেন | ৬৯ |
| ১৪। | ইমোইনু ইমাগী লমচৎ | ৭৭ |
| ১৫। | হিয়াংথাং লাইরেম্বী | ৮৫ |
| ১৬। | তোঙাও মৈদিংঙ | ৯৯ |
| ১৭। | তাইবঙগী সিঙগুম লম্বী | ১০৪ |
| ১৮। | পামহৈবা | ১১২ |
| ১৯। | মলেম ইমাগী শৈথারোল | ১১৭ |

# ৱাহৌদোক

"লীক- লম" কৌবা লাইবিকসি "াঅেপুনবা শিন্থা লুপ"না পুথোকচগে খঙ্জবসি চহি কযা হৌখবে। লুপসিগী পান্দমদি হিবম খুদিংদা মচোয মচোয তাববা লৈ পবেংগুম্না ঙসি ঙসিমক মৈতৈ খুন্নাযগী ইপা ইপুগী ইনাৎকী লীকলম তাংদু লৈতাবক্কুবা লাইশোন, তিনশোন পোকপদগী শিবা ফাওবগী থৌবমদা চহি হৌবদা, ফিজেৎ চাকচাদা, থকসি খাসিদা, মিংগৌদা মীতোপকি চৎনবীদা ইনোৎ কন্না ৱাংখৎলকপা, মৈতৈ / মীতৈগী শিবুন্না থওইনবক্তবদগী অমদি হৌবকফম কাওথোক্লুবকপা, মৈতৈ লাইধনিংগী মহুৎতা হিন্দুগী মনম কোক্লিউঙেদা খৃষ্ট্যান, বুধা, সাই বাবা, ওঁ শান্তিনচিংবা কযামা চংশিল্লক্লগা মীনা মীবু লাই ওইনা নিংনবকপসিনী মাংজবদু খংনবক্তবদগী লীকলম কৌবা লাইবিকসি ফোংদোকচবগা মৈতৈগী লৈজবম্না ইনাৎ কনবগী উপায অমা ওইবক্কদ্রা নিংজদুনা পুথোকচবনি। হেৎনা যেনশাং ওইনা মৈতৈ ইনাৎকী খুন্নাযসিগী ওইবা লাইফম তিনফম, কবী শিংবুন্না যুমফম ওইজবা ৱাবী, বাবেং কযানা মপুং ওইবা সাইবিকনি।

যেলহৌঙগী লৈজবম্না মৈতৈ যেক ৭ কী ইনাৎ, লোন, মযেক, লাইনিং লাইশোন, যুম্বাম্লন, থকসি খাসি, মিংগৌ, মাংখোন, ফিজেৎ চাকচা, লৈশাবলোন ইনিংথৌ পামহৈবগী মতমদগীনা ভৈগচন্দ্রা নিংথৌশিংগা মহাকথক্ত পুথা কযা মৈ খাথিবা, নোংখ্রং ইবংপহনখিবা মৈতৈ যেক ৭পু হিন্দুগী মন্ত্র হদা ওম্ভোক্লুনা যেক্কা যেক্কা চাবৌ মৌবৌনহনবা যাহনখিবদগী মৈতৈনা মৈতৈনি হাযজবা ময়মদু। খম্মোন কাননিংঙাইহান। কনাধ অসামদগী লাইনিংজস হুলোন ঐখোয মীতৈ আর্যা হিন্দু নত্তে হাযদুনা লাওকপদগী চসিদি তমলুবা মৈতৈ লীকল লোলন ... ইপা ইপুদগী শংলেংবা হনৎ লিচং লিক্লম খিনবক্লে লৌনা ... খায়গী নম্বর ইয়োম কযা কযাগী লমজি, মৈবা ওইননবগীদমক লাইবিকসি পুথোকচবনি।

মীগী লাইনিংনা মীগী ওই, ঐগী লাইনিংনা ঐগী ওই। অৱাযবা পোৎনা ঐগী ওইবা যাবোহ। ঐখোয উতাংবীগুম্না হিংবা মতম নৎতবে। ইপা মচুম তাবো, ইপু মচুম তাবো, মৈতৈদি মৈতৈ ওইনা হিংগদবনি। পুথোকচবিবা লীকলম লাইৎবকসি পাবীবগা ঐখোযগী শক্তম খংবীগনি। অশোয অঙাম যাওববসু খ্বাই তবানা চুমথোকপীবকপদা হবাও হবাওনা লৌজগনি।

লাইবিকসিনা মীতৈ। মৈতৈগী অশেংবা লন ওইবক্তনা ঙসিগী মীবোম দা মতেং খবদং ওইববসু পাংজবা, কান্নববদি পুথোকচবগী মহৈ য়াল্লে খঙ্জগনি। লাইবিকসিবু পাবীবীবা পুম্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

চৈচৎ ৯।৯।০৯ ইং,

খ্বাই তবাগী
অপনা শিন্থা লুপ

# থাইনগী লৈরাং (*মৈতৈ পুয়া*)

থাইনগী লৈরাং অমনবী মল্লা, মল্লা লৈনুংশি লৈরাং লৈচল চাদবনা খাংঙুথক্তা মাংঙেদো শিঙেল অরেম্বাদা তারেদো লৈরাং অতিঙং ওইরেদো লৈরাং নংবু কদাইদা চংশ্রবগে লৈরাং নংবু কোইনা কোইনা থিবদা থিবা ফংবা মখংদ্রে লৈরাং মাবু কোইনা থিরুবমদা লৈরাং মাদি পাংথি কোমথি মরক্তা ফুমদুনা থমজিনবীরমলে লৈরাংদুবু কোংখংতুনা য়েংলুবদা লৈরাং মাদি পংলা, পংলা পুমলা পুমলা হেন্না লৈরাং লৈনম চেলমলে লৈরাং মাবু লাইজা ঈশিংনা চামথোকলুবদা লৈরাং মাদি ফুগাইনা শাংলমলে লৈরাং মাগী লৈনমনা মলেম শিনবা থুংনা লৈরাং লৈনম শাশংখরে শিঙেল অরেম্বা তারব্রা লৈরাং অতিংঙা ওইরব্রা য়েংঙুবদা তগং তগং তেক্তুনা লৈরাং ফুগাইনা শাংপবু মীপুম খুদিংমক্লা ঙক্লবে। লৈরাং কদাইদা লৈবগে হায়না কোইনা কোইনা থিবকলে লৈরাং নংগী কোলোইবু করি কৌবগে লৈরাং নংবু করম্বা লৈরাংনোনে অমুক্তদি তাকপিয়ুনে লৈরাং নংগীদমক্তা নচা ঐখোয়না থব্র হইনা পোম্বা ওইজগে পীনবীয়ুনে লৈরাংও।।

*ইজবা :*

**লাই: ইবোচা, মোইরাং**

## “ৱাহেংবম ভৈগো”



হাদা পল্পৌ নুংশিবা পল্পৌ নংদি মপুগী নাক্তা তিলখরেদো পল্পৌ নংনা পুখৎপিরম্বা অপুনবা শিন্থালুপ হায়না মিংথোলপা অসিদি লৈহৌরেদো পল্পৌনা পুথোকপীরম্বা ‘লীকলম, কৌবা লাইরিক অসি ঙসিদি ফোংজরে। পল্পৌনা ইরৈবাক ইরমদম অসিদা ইমা পালথোইবী লাৎপসু ইহাল হান্না হৌদোকপীরমবনা চৎনদুনা ঙসি ফাওবা মীপুম খুদিংমক্না ইমাগী থৌরম লাই লাৎপা হায়দুনা চৎনরিদো ইপানা তাকপিরম্বা লাইনিং লাইশোল খুদিংমক অপুলবা শিন্থা লুপকী নচা নশুনা ইপাবু কাওবা লৈতনা ঙসি ফাওবা চৎচরি ইপা ইবুংঙো নুংশিবা অমুক্তদি লৈচিলগী পোমাই হাংদোক্নুনা য়েংবীরকউবা ইপাগী ঙকসমদা নচা ঐখোয়না লেংজবা ‘লীকলম, কৌবা লারিক অসি কৎচরি লৌবীয়ুকো লৎনবা লৈতনা লৈজহৌরিবা নচা নশু ঐখোয়সু পুন্সি শাংনা মীয়ামগী শিন্থা পুবা ঙমবা পীনবীয়ুকো ইরৈবাক ইরমদম অসিগীদমক্তা থৱাইনা পোন্থা ওইখ্রবা ইপা ইবুংঙো মৈতৈ খুননাইঅসিগীদমক্তা অৱা- অনা খাক্তনা হোৎনবীরমবা হৌজিক্তি ইপানা হোৎনবীরমবা অদু মহৈ য়াল্লে হৈরাং হৈমুল ফারে লৈরাং লৈশাৎ তল্লে পল্পৌগী খুয়া খাদা তাওজিং নিংথিবা শিংঙেল লৈরং অচুম্বা কৎচরিয়ে লৌবীয়ুকো হাদা পল্পৌ নুংশিবা ।।

# ꯄꯣꯝꯕꯤꯔꯣꯟꯅꯦ
## "পোম্বীরোন্নে"

হয়ি হয়াহে লীকলাইও।। লাহাল্নোং হয়ি ঙৈগী।। কোইয়ুম্ লাইকী ৱারি তাইবংপালবদা শৈথিরক্কে।। নায়ু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ।। খোইয়ুম অতিয়া সিদবনা।। মালেম লৈসেমপা।। কোরৌ নোংশেমপাতা।। সমু মহাক্সাংতকী।। ৱুলপী পুকনিং মকতানা।। য়াথং অরেপপানা।। নীংনা।। মারা লীশিং মানা মাল্লেম্ লৈপু পায়।। মতোল্ কেরৌও নোংফংবা।। মালেম তম্পাক আনম্ববু লৈশেম্বা।। কোরৌ অৱাংববু নোংশেম্বা।। খাম্বী অরাববু মৈরিংবা।। লাইজ অরুববু ঈথাবা।। মাকলং হুমহুম্ চল্লববু খমকোল মানা নাপহৈবা।। খুেম্ ৱাকয়ৈনা হিরম্ ওইনা কমবোংনাগা য়াম্ববু।। খমলাংবা পুৱারি অরিপবু ৱারি তৎতনববু।। তয়ুম চীনকোই ইৱাক্মানা। হয়ি হয়া লাওনা সৈথীরক্কে।।

খোয়ুম্ নংনা তাথী তাথীবীগনো। নমু পোংথৌ পোংমীৎ য়েংনা খলমুকননা পীবীগনো।। খোয়ুম্ নংপু সমু ইখুৎ খুৎফাং ১০ মনা চরৈ লেংওন্ননা পুরুমজবিএ।। ইমা য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা, মালেম অরুম্বা কোরৌ নোংখোইরেনবী য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্বী থৌজাল্ লৈবী মরিল তান্সকতবী উনবী পুক্লিং পুমচা শুনা মেনতাংশাংবপু।। থৌজাল্ লনকুবীও।। কোরৌ লহাননোং লাইজ ঈবৈ চনতারিঙৈ।। মানলং মথীল্নাই খমকোন মরাং হৌতরিঙৈ।। মালংমথীলনাই খমকোল্ মরাং হৌতরিঙৈ।। অতিংকোক্ অতিঙাদবা।। চীঙু পাইমা মনিংশানা। স্না তাংবল্ ওইনা ফম ফমলিঙৈদা কোরৌ করম্না নোশেম্শিবনো।। মালেম করম্না নোংসৌশিবনো হাইনা নীংলিঙৈদা খোয়ুম্ পাইমা উনকোইনুংতকী।। ইমা য়োইপু খোইমোম্

লাইরেম্মা মালেম লৈকোইরোলতা নোংতম্বীপু।। তাকুপ তকুপ চেংমীতপু লংনা মীৎশোক্লরবদা অসুম্না মীৎশোক্লরবদা খোয়ুম্ পাইমা উনকোইনুংদগী নুংশীৎ মালং থোংশামু য়েৎলবগী খোয়ুম লাই নামুং নামুংববু খাম্বী নামুংববু খাম্বী মৈরিক চেংগুম্না চোংথোরক্লে।। খোয়ুম লাইনিংথৌনা ব্রাহ্মখিয়ে।।

পারিনপিঙাবু লাওও।। পারী মানলং য়েৎলম্ থংবা খাম্বী ময়াই লিকুম্বা নংদি খোয়ুম্ অসিবা নংনা তাইবংপানবা পুম্নমকপু সেন্দনা হৈহৌচৌও।। হায়না কোলোই মমিং থোন্বসুং অসিবও কৌনা মীংথোনখিয়ে। পাবি মালং ওইরোম্ থোক্লীবাগী উননৌ কোন্তে কোন্না হুনবা নংদি নপল্ ঐগী পাইমা উনকোইনুংদা তেথোক তেসীন্ননা পানখিও।। অদু নোংগীবু কোনজিন তিংথোকপও কৌখিয়ে।।

মপল কোলোই ময়াথংগী মদোম্ মালেম্ লযদা লৈবম্মে। কোরৌ নোংজা মাবু অসাইঙৈগী উনৌ কোন্তে কোন্না হুনবা খোইয়ুম কোলঞ্জিন তিংথোকপনা মালেম্ লৈহৌফদ্রবগী মশাবী খোয়ুম অসিবনা উনবী মখোই সাঙনা খাম্বী মৈপোকপগুম্ মপল্ সিদবা মনাক্তা ইতান্খিবে।। মন্ পন্থৌ কোলোয় ময়াথংবু য়াথং লুদা থোংনা মালেম্ লৈহৌজবনু ঈশানৌ লৈবাং অতোন্বনা মালেম্ লৈথিনকাইয়ে।। চীঙু কোলোই নয়াথংবু পুঙমদ্রবগী তাংজ ইকাইবা নংলে।। হায়না পুরুমজববু খোয়ুম্ সিদবনা মপারীগী চেংলৌ মশক্ য়েংবদা নুংশিখিয়ে।। পুনুং মরেপ্ য়েংনা নুংওল্লবগী মালেম্ লৈতোন্ লোম্ন নবা মশিংসু আকায় মপুম্ লানা সিনতম্ পীরবদা মপল সনা মখোং খাদা পুরুমলবগা থিংলৌ নিংনা তেনা মালেম্ লৈহৌখিয়ে।। কোরৌ অমরক্না নোংশেম্লীঙৈদা অসাইঙৈগী মালেম্ লৈথিংকাইরবা চিঙুবা কোঞ্জিন্ তুথোক্বনা উনপী অমুরক্লা কাচক্ হৌনা মালেম্ লৈপোক্ থোকহল্লে। হায়বগী কোরৌ অমরক্না থৌরাংঙে।। য়েলাং ঙমতমলকপবু মপল্ সিদবনা চেংলৌ মীথিৎলবগী চিঙুবা মহাকচাং পাইমা চেংলৌ মীথিৎলবগী চিঙুবা মহাকচাং পাইমা উনকোইনুংদগী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মাবু কোরৌ

নোংলাংপান্দা থাদোকলক্লে।।

য়োইবু নোংথাংলৈমা তৌনা কৌও।। য়োইবু নোংথাংলৈমবু চেংলৌ মীৎপু লংনা উনবী পুক্লিং হুবীনিনা অহাংবা অতিংঙাদা লংনা চেংলৌ মীৎথিৎলবগী মালেম লৈথিন্ কাইরবা চীঙুবা অতোন্‌বা অদুনা হি করিনো চেংলৌ মশক্ ওন্থোকএ হায়না মীৎপু কুপতনা য়ব্রা তুকুপ চুংনা মীৎয়েং শাংখৈরিঙৈদা মতিক লৈবা খোয়ুম শিদবা মপারি অহন্‌ববু পাওকৌখিয়ে।। শমু মাংদা থা মসিং সুনা থাবী লৈখায় পীনা লৈফালএ।।

ঙাঙোই লৈরাম্বীনা লৈরাময়ে।। য়ুচেং য়ুহা য়াওনা নুড়া ঙাইখোং লুক্‌নুংগী মালেম্ লৈপাক্ লৌরগা মালেম্ লৈতোল্ লোম্ কোরৌ নোংখোইরেললে।। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মাবু খোইমোম্ মঙাইরোয় চীঙুবা মহি শাং পুন্নমক্লা শমু খুৎনা থিল্লবসুং খুৎ নামুংনবী চেংলৌ মীৎনা য়েংলবসু মীৎ নামুংবী, উনবী পুক্লিংনা নীংলবসু পুক্ নামুংবীনে।।

য়োইবু কোলোই মমিং থোনববু নামুংবীও তৌনা কৌএ হায়দবরা। চীংঙুবা শীদবা পাইমা উনকোয়নুংদা লীক্লা উনকোয় মীকুপ তাচিন্নবে হায়দবরা।। খোয়বু খোইমোম্ লাইরেম্মা তম্বা লীল্‌লা ময়াম্বদি চানা মকারম্ লাংনা মকোন্ তানববু চানা তোংতম্ সেম্না খাম্বী ময়াই লিকপু শমু খুক্তা থুমখিবনা চানা ময়ায় ফাওনা খাম্বী মৈপোক্ থোকহল্লবাসুং অসাইঙৈগী খাম্বী ময়াইরিক্ শমু খুক্তা থুমখিববু মৈরিক ময়েং তাদে।। অতু লৈরাং মানকুম্ববু তম্বা নোংথাং লৈমা চীংঙু নামুংবী য়োইবু অপুম্বী কোলোয় ৩লক্ মীংথোন্‌ফবী তম্ফা ৩ লক্ শায়োল্লবসুং শীংলেন্ নচু থাউ।। লৈরাংনা ব্রাকচামদবী।।

খোয়ুম্ লাই ওই ৩লক্ ওইখিরবসুং চীংঙুবা নংবু পীক্লবরা পীকখিয়ে।। অশংলম্ ফাগবরা ফাতখিয়ে।। নপল্ খোইমোম্ লাইনিংথৌ চীঙুবা নামুংবনা থোংনাং মান্‌তৌরবা ফৈবাক্তা মুলং খোম্লু সুনা থাংদিন্ লংগুম্ তাসিনহৈবী চীঙুবা অপুম্বী নংদি লৈজহন্নখিও।।

অসাইৎঙেগী খোইয়ুম্ লাইনিংথৌ চীঙুবা লাই মরু শীদবনা নোংপোক্ সনা চীংদা মদোম্ ময়াই কোইরেল্ তোংনা ফমফমলবা লাইনিংথৌনা পাওকৌখিয়ে।। হে ইপারী চীংপল খোইমোন্ অঙান্‌বা নংসুং পারী উনৌ কোন্তে কোন্না হুনবা নংবু উনপী নখোয় শাউগুনো।। নশাবী লাংচেং মথোৎ কারকপনা মালেম্ লৈমায় তেম্ কোরৌ নোংখোইরেন্না নমু পোংলিংলে।। উনবী নখোই শাওগনো।। পারী নপীঙাদুম্ কোরৌ নোংখোং কোইবদুম্ য়েংনরুও।। কোরৌ নোংখোং কোয় মালেম্ মানা লোয়বদা।। ইপল্ সনা ইখোংখাদা হান্না ৱাইথুংলরবদি।। তাইবং নোংশাপান্‌গী সেকচুম্ পনতাই ওই।। তেৎনৌ য়োৎপী হুইরেল্ ওইনা মালেম্ চীথোক মরি মাইকৈ নীপান্ মাবু সামু খুক্তা থুম্না মালেম্ লৈকোইরেন্দা নমু পোংনিংথৌবু ওইহনগে হায়না পাওমেল্লবদা।।

মপারি ৱাংলেন্ ৱাবিহন্‌দি মসল্ লোমানা লোইননা কারৌ নোংখোং কোইখিয়ে।। মপারি উনৌ কোন্তে কোন্না হুনবদি মপন্ মতিক্ খংবনিনা কারৌ নোংখোং কোই, মালেম্ মানা লোইবদী কদৌনগবনো ইপন্ সনা মখোংখাদা থম্বাল্ লৈঙাং লৈগুম্বা অসিদুম্ কোইজগে হায়না খুৎখাং চাংজৌ লেপ্পা লোন্না মচিন্দা কুরুবু শোন্না চোইনৌ সনা ফম্বাল্‌লাং‌দুম্ ৭লক কোয়না পুরুমজখিয়ে।।

খোয়ুম লাই মরু শীদবনা পারী নংদি নপল্ ঐগী ইতিক্ ঙমখৈ চাওববু করম্না শক্‌খংঙম্বনো।। উনবী পুক্লিং পীনা হরাওখিয়ে।। মপারীগী কোলোই মমীং খোনবসুং পাখংবও হায়না মীংহোংখিয়ে।। পাড়ী পাখংবা নংবু লাওও।। সনা ইফমলেন্ অসিদা ফম্লরো।। ইমোম্ য়োইহৈ নোংথাংলৈমা নংনা ইপারীগী সমু নাক্তা সেল্লরো। নপল্ ঐদি পারী নংগী পাইমা উনকোয়নুংদা হুনজিনখরগে হায়না অসুম্ থৌথারম্লগা অসাইৎঙেগী মপাড়ী মালেম মনা লোয় কোরৌ নোংখোং কোইখিবসুং মরান ৱাইথুংলরবগা।।

মনাও উনৌ কোন্তে কোন্না হুনবনা মপন্ সনা ফম্বাল্ লাং অৱাংবদা

ফমফমলবনিনা পাইমা পীবুক্লুংদা নিংতে নিংহন্ননা তাক্লৌ সিন্তং শোন্না নুংশি পুক্লিং মাংনা খোংকাপ নাওরৈ মাবু থাংঙম্‌দনা অসাইঙৈগী য়োইবু নোংথাং লৈমা কজেং মাইরুবীনা পাওকৌখিয়ে।। হে ইদুনিংথৌ মালেম্ লৈসেম্বা নমু পোংলিংবা, তলা উথাবা, পামেল্ উয়োক হৈবা নংবু।। ইপল্ পন্থৌ ঐখোয়গী শাংমাবা।। লৌনম্ সয়োন্ য়াম্বা সনা মখোং খাদা পুরুমলাউও।। হায়না পাওথাকপীরবদা।। খোয়ুম্ অসিববু য়াংবী খুফম্ ওইবনা পাইমা নুংফম্না উনপী কাচক্ হৌনা তাংজা মরাইপকপু শমু খুৎনা নম্না ব্রাওইখিয়ে।।

চীঙুবু ঐবু করিগী লাইপক্ থীরবনো।। য়ামচেং করিগী কষা চাওরবনো।। কু রু কোলোয় ময়াথংগী মালেম্ লৈসেম্বা, কোরৌ নোংহৌচববু অব্রা হুইরাং শোন্দনা ইতোম্ থৌনাজবনে।। সেন্বী কবো পয়াংসুং সিতম্মে।। নুড়া পোংখোং লাকপসুং মরাকচৈয়ে।। চীঙুবা লাইপক্ থীবগী নিংথৌ কোঙান্‌সুং কুবীদে হায়না পীরেম্ চাইচি মরাং হৌ চেংলৌ মীৎপান্‌থোং ২মদা তরং লাইজা ইথক্ হৌনা কনচাও মখৈ লৈতনা তাকলৌ শিন্‌তং শোন্না ব্রাওনখিয়ে।।

শোন্ শোন্‌না চংলক্লে।। চোইনৌ সনা ফম্বাল্ লেপ্লম্ববু পুকল্লবগা মপন্ কুরু শীদবনা ব্রাহম্‌খিযে।। হে ইপারী নংদী চোইনৌ লুপা চীং মযাই থেংক্লুম চীং, চীংলেন্ নাপোম ৭ তিনবদা তেনৌ নদোম্ ঙাকচৌও।। নপল্ ঐদি মালেম্ লৈখারোল, লৈহৌরেল ৬মক্, লৈমরোল ৭মদা তিনকোং লাইশারীবী য়াহিপ্পনা মালেম্ লৈফুনুংদা পাওমেল্লবগা অসাইঙৈগী সনা ফম্বাল্ লাংগী পন্থৌ মপাগা কোবৌ নোংলাং পান্‌গী য়োইবু নোংথাংলৈমগা চীংব্রা লাই ৩মদি হাওচেং খোলোইননা মচেং হকমা ওইনা তাচিন্নরে।।

খোইয়ুম্ পাইমা উনকোইনুংদা নিংখনখিয়ে।। মালেম্ লৈখানুংদা অগর মরি থাগে হায়না আসাইঙৈগী ফম্বাললাং অব্রাংবা কোরৌ নোংমতোন্ অব্রাংবদগী মালেম্ কংলৈ ময়ায় খাইনা চালেম্ লৈখানুংদা হুনতাখিরে।। মালেম্

লৈকোইরেন্দা খোয়ুম্ মতোম্ ৱাইথুংলুরে।।

খোয়ুম্ কোলোই মমীংথোন্দী লৈনুং লোনজা পাখংবও তৌনা কৌএ।। মালেম্ লৈকোয়রেন্দা পুন্নুং মখুৎ থাবু মরা মালেম লৈবু ৱায়রে।। অগর মপাল্ কারক্লে।। মরি লিগা চৎলে। মতোন্ কংলৈ, ময়ায় ফালনা অগর মহে য়াল্লে। তয়ুম্ চিঙ্গোয় ইৱাক্মানা য়োইরেন্ খুনবীলোকপু শৈথীরক্কে।

নোংবান শলাই খাইখিবা ৱাবু লুৱাং পরেং সিন্না তেংথারক্ক। অইাইঙৈগী খোয়ুম মাঙোন্দা তেসিনখিবা চীঙুবা মঙোন্দা হনজিনখিবা তম্ফা অপুম্ অরাবীবু শমু ওইরম্ থানা তম্বা কাজেং মৈনাইতা তাংচা চাঙমম্ পোক্তবী, থীক্লেন্ থানাইতা মমিৎ য়ুংয়াৎননা মখা লাইতা শমু খোংনাইতে।। ৱাংলৌ খুৎনাইতবগীবু য়োইবু কোলোয় মমীং থোনববু লৈমা লাইখুরেম্বীও কৌএ।। অসাইঙৈগী চোইনৌ লুপা চিংদা য়োৎপী হুইরেন্ ওইনা মদোম থৌনাবনা তাইবং নোংশাপান্দা ইদোম্ করম্না খমকোন্ লৌকবনো হায়না সোমোইখিয়ে।। খোয়ুম্ কোলোই মমিং থোনববু খমচিংকোন্ কৌদবরা।। খোয়ুম খমচিংকোন্না ঐদি ইপন্ চেংলৌ শকউদা পলেম ইমা মীৎয়েং শানখৈদনা। তাইবং নোংশাপান্দা লেপঙল্লোয়য়ে।।

হায়না মপন্ সমু মখোংগুলবু খোয়মা মাদা লমবু তমথখিয়ে।। মপন্ সনা মখোং খাদা চাংজৌ চেপ্পা লোন্না ৱাখাঁখিয়ে।। ইমু ঐবু মচেং খোম্বীবা ইবুঙো তাবীও। নদাইরেম্ ঐদি পন্থৌ কোলোয় নয়াথংবু পুঙমদরবগী তাইবং নোংশাপান্দা য়াংকোয়ঙমদরে।। ইমু মখোং হাংনা মালেম্ লৈফাওবীরকও।। তাইবং নোংশা পান্দা য়োৎপী হুইরেল্ ওইনা মালেম পাফল নীকতবা, ইপননা নদোম লেম্পীরো।। হায়না অসুম্না পাওমেনচরবদা।।

ইপারীও, নপল্ ঐবু খোয়ুম খংদবনা খংলগনিয়ে।। চিঙুবা উদবনা উরগনি।। নুংথিন্ খোয়ুম্ লাইবু ওইগে, অহিংনা নমু পোংবু ওইনা পারী

ঈপীঙা ওইবীন্নসে।। হায়না মপারীগী চেংলৌ মশক য়েং পুন্নুং মরেপ য়েংনা নুংওনখিয়ে।। ঈনুং শোইমা নোংয়াই সোইব য়াতামাদা ইপারীবু থৌজান মায়োক্নুনা মালং হুম্ হুম্ চল্ লাইজা ঈরিক হুল্লববু চৈরোয়ননা মালেমদা খুন্ফাওরকপদা খোয়ুম্ সিদবদি চীঙুবা মহাক্কী মফম্লেন্ সনা ফম্বাল লাংদা খোয়ুম্ মতোম্ ফমফমলবদা ব্রাহ্মখিয়ে।।

পারী নংবু ননম্ মালেম্ ব্রাংবী শীদববু ওইয়ো।। নপুন্না কোরৌ নোংবু ওইনা পারী নহকচাং পাইমা ননীংশাদগী খাম্বী মৈরিক চোংগুম্বনা শাচুং তেনহৈববু ওইয়ে।। চীঙুবা নতিক্ অথুপপা চীংঙু ফম্বীরেল্ অমতদগী হুনথোক্লকপদি থব্রানমীচাক্ শীদবা ওইখিয়ে।। লাইফম ১দগী থোকখিবনা হাওরৈ নোংপোক্ পাংবা লমদা শজিক্ শীদববু ওইখিয়ে।। খোয়ুম্ হকচাংনুংদগী চীঙুবা শীদবা ১না ইনথোকলকপদি থবা শীদববু ওইখিয়ে।।

মমিৎনা নুমীৎ ওইখিয়ে।। মথবাক্না থা ওইখিয়ে।। শমু মহক্চাংনা সীদবা উপাল্ লীংইবা খোয়ুম্ ১ খাকহৌয়ে।। হাইবগীবু খাকপা পুরৈরোম্বাও কৌয়ে।। পারী নহকচাংবু লৈরাং অতু কুম্ববু চোয়না কেন্না তলা উথাবও।। পামেল্ উরিংও।। হায়না থৌথারম্বা নত্তবরা।। পারি নংবু খোয়ুম্ অরুবা চীঙুবা অঙন্ববু ওইরবনে।। পারী খমজিংকোন্ নংদি শজিক নংনা নোংখাইবা, থবা নংনা নোংতম্ববু করম্না শোইরবনো।। মালেম্ লৈবু পুঙমদনা নপল্ ঐবু মালেম্ লৈখা নুংদগী পাওকৌরবদি পাড়ী কোলোই নমীংথোন্দী কৌকবরু অসুপ্পা লাইতাম্ থা মপী চাগুম্ মীংহোংখিয়ে।। পারি নংনা মালেম্ লৈবু পুঙমদরবদি নপন্ পলেম্ নমাগা মালেম্ লৈবু পুমীন্নৌও।।ে হায়না য়োইবু মশানৌ নুয়াম্ শখবীগা পুঙম্না শন্তোকলকএ।। কোলোই মমীং থোন্ববু য়োইবু লাইস্না তৌনা কৌবা চীংনুংসোয় লোয়া কমলোন ঙানগে তৌবগুল্লবদা খোয়ুম্ লাইনিংথৌদি।।

থীংলৌ, নীক্না তেরকলাপাতা।। খমনুং মাথোংচীন্।। মালেম

লৈখৈরেন্দা চাওনা শাংনা ফমফমলবদা অসাইঙৈগী খোয়ুম মমিং থোনবু লৈনুং লোনজা পাখংবা কৌবদি কদৌনোংগীনো খোয়ুম পাইমা উনকোনুংদগী লীক্ল। পীশীননয়াই মরুগুম্ববু চীঙুবা মহাকচাংদগী মালেম্ কুম্বী য়েন্নিং শৌবগুম্ শিঙেন মরিক চুম্না লৈরাং মপুং ফাববু খাইথরম্বগীবু কোলোয় অমরকনা মীংহোংখিয়ে।। খোয়ুম্ লৈনুং থোঙারেন অহনবা কৌএ।।

অসাইঙৈগী য়োইবু মশানৌনা ব্রাওইখিয়ে।। খোয়ুম ইশবীও।। করি খোইনৌ কল্লকএ।। অহিং মী ওইবসুং ঈপীঙা ওইমীন্নসে।। নুংথিল লাই ওইবসুং ঈপীঙা ওইমীন্নসে হায়দে। হায়না মদোম্ শোনজহৌএ।। অসাইঙৈগী খোয়ুম লৈনুং লোনজা পাখংবনা য়োইবু মশানৌ লাইস্নাদা কোরৌ নোংজা খুদিংবু ইনুং শোয়াইমাদা নমু পোং ওইনা তোয়নরে।। লোয়া তম্লোন্ ঙাল্লক্কগা খম্নুং মথোংজিন্দা খোয়ুম্ থোঙারেনবু ওইনা লৈমা লাইখুরেম্বীদা হায়খিয়ে।।

অসাইঙৈগী য়োইবু লাইস্নানা খোয়ুম কৌবরু অহনবদা পাওমেনলুইয়ে।। খোয়ুম্ নংনা খম্নুং মথোংচিন্দ য়াংকোইববু নকুম্ কুমশিং শুগে তৌরক্লে। নহাননোংগী মপারী উনৌ কোন্তে কোন্না হুনবনা চীঙুবা নঙোন্দা হনজিনখিয়ে।। খোয়ুম নংঙোন্দা তেশনখিববু লৈবনে।। মাবু হান্না তাইবং খুম্থোকহল্লো।।

খুম্বী সলাই মানা হান্না থৌদাসুনো হায়না অসুম্না পাউমেল্লুও হায়না থাবদা খোয়ুম কৌবরু অহনবদি খমকোল লাইশাদা মপন্ পলেম মমাগী ব্রাথংবু লুদা থোংনা মপল খোয়ুম সীদবা সনা মখোংখাবু ইতান্খিরে।।

চীঙুবা সনা মখোংখাদা ব্রাইথুংলববদা পলেম্ মমা চীনকোয় ময়াথংবু মপল্ খোয়ুম শীদবদা পাওমেল্লুইয়ে।। হাইদবরা।। মপল্ খোয়ুম শীদবনা মপারীগী চীনগোই ময়াথংবু তারবগা খোয়ুম থোঙারেল অহনবনা উনবী লৈনা নীংনা খোইয়ুম্ মহকচাংদগী মপারী লৈরাং অতোন্ববু তান্থোরক্লে।। মপারীগী চেংলৌ মসক্ উরবগা পারী নংদি তাইবং নোংশাপান্দা সলাই খুনপুন্

মরেৎ মাবু খংহন্না খাইঙম্মো।। নপন্ পলেম্ নমা সলাই খুমাবীবু লৈবনে।।

নপনবু ইতানহনলো।। হাইরবদা মপারীবু কোলোই মমীং হোংখিয়ে।। লৈনুং পোইলৈতোন অতোনবা কৌনা মীং হোংখিয়ে হায়দবরা।। লৈনুং পোইলৈতোন্না লৈনুং পোন্‌বী থৌচু নীকপবু তাংজা লুরেন্ ঙান্না লৈনুং থোঙরেল্ অহনবদা পাওমেনখিয়ে।।

খোইয়ুম্ পল্‌থৌ পোকমাপা।। নপারী ঐবু।। করমনা ইমোম্ পোইরে খুনথোকও।। হায়পানো।। হায়না পাওমেল্‌লপতা।। খোয়য়ুম সীতাপানা।। [illegible] (চীংঙু) মাগী ওইরমকী।। লীকলা পীসীলয়াই মারুকুমনা।। [illegible] মতম্‌পাকতা তারকলে।। কোন্‌লোই মামীংথোংপু লৈমা লৈনাওতাপীও তৌনা মীংহোংখিয়ে।। মমোম্ লৈমা লৈনাওতাপীপু মপারী লৈনুং খোংফাং আতোল্‌পাকা।। মালেম্ খুল্‌ফা মানাখীও।। হাইনা পাওমেল্লপাতা।। মপল্ স্না মখোংখাকী।। খমনুং লমতাং সীৎনা মালেম্ খুলফাওকে হায়না তৌকুমলে।। মাতই লইমা লৈনাওতাপীসুং মসানৌগী স্না মমৈ ব্লাইখৎলক্‌লে।। মসানৌ খোংফাং অতোলপাতী খমনুং কোনপী থাওচু নীকপাপু কোক্‌লেল মঙাল্‌নাইনা মালেম্ খুলফাওরকেলে।।

পাললেম্ মমা খুলপী, সললাইহল্‌পীবু।। য়ীল্‌তাখীঙৈতা।। মসাপী মাতৈ লাইমাতী।। মাললেম খুলফাওরক্‌লে।। মসানৌকী চেংলৌ মসক্ উতরপকী মারাল্ খোংখুল্ থীপা খংদনা।। মদোম্ কৌবা মাচীংলেল্‌দবু য়িলতালখী [illegible]।। মসানৌ খোংফাং অতোলবাদী।। পলেম্ মমা সললাই খুল্‌মাপীতা ব্লাইথুংলুরে।। পললেম্ মমা ([illegible]) সললই খুলমাপিনা পাওহংঙকয়ে।। পারী কোন্‌লোই নামীংথোলবু নাপল্ কুরু শীতাপনা।। কারী থোলপিরকপানো।। হাইনা পাওহংলবতা।। মপারী লৈরাংহ্ অতোল্‌পানা পাওখুম্‌খিয়ে।। কোনলোই ইমীং থোংতী।। ল।। লৈনুং খোংফাং অতোল্‌পাও।। হায়না মীংথোলপীবকএ।।

হায়না মপল্ পলেম মমাতা ৱাকৎচখিয়ে।। পললেম্ মমা সল্লাই খুলমাপীনা পাওমেল্লকয়ে।। নাপল্ খোয়য়ুম্ সীতাপানা।। কোনলোই করম্ন । মীংথোল্ পীরক্পনো।। হায়না মাপল্ পলেম্ মমানা।। অনৌপা অমরক মীংহোংখীয়ে।। পাবী পামীংনাপা নঙতী।। নামুপোংপু ওইনা পাল্সীনসে।।

হাইনা পাওমেল্লপতা।। সমু মহাকসাংনা নামুপোংপু ওইনা মামীংনাপাও কৌয়ে।। নোংপাল্ পামীংনাকাতী।। তাইপং মালং কানা পালহৌরে।। খোইয়ুম্ কোনলোই মমীংথোল সীতাপা।। লইনুং খোংফাং অতোল্পা।। থৱাই মীরাংপাল্ অতিংঙাতী।। মাল্লেম লৈথোং থীংবনা হাল্লাপাকী লইনুং মাপুংয়াইতা হলৱাইখীরে।। অসাইঙৈগী চীংখোং পোইনাওতোলতী।। নোংপাল্ পামীংনাপা কৌনা লৈহৌরে।। হোরেল্ য়োইমায়াই তাওতল্পানা।। ময়ুম্ চংকে তৌকুম্লকপাতা।। মন্লং হুম হুম চল।। লাইচা যাঁচীক্ হুললকলাপাতা।। পোয়রৈ চীক্নেম্ চীক্লেব্রবগী চানা য়ীহৌননা।। মরাল্ য়াঁমলৈতানা পাল্পানীকীনা।। নোংপাল্ পামীং নাপাতী।। চানা তোংতম্ খোমনা।।

মারাল্ য়িয়ুমকা ওইনরে।। মাপল্ পলেম্ মমা সলাই খুল্মাপীনা।। পারী নোংপাল্ পামীংনাপা নংপু।। লৈরাং ৱাওচু নীকপাপু।। (ꯂꯩꯔꯥꯡ) কোক্লেন লুফম্ হেননলা।। পোলপীমসুং লাংকুমনা চানা মারেল্ নুংতা।। কারীকী সালথুপপানো।। হাননা কোনলোই অমারক মীংহোংখিয়ে।। নোংপাল্ পোলপী লুৱাওপা তৌনা কৌয়ে।।

অসাইঙৈগী মাল্লেম্ খুলফাওমীনারকপা।। লইনুং লমচাওথোং থীংখিপাবু।। অসাইঙৈকী খোইয়ুম্ লায়য়ীংথৌনা।। মাল্লেম্ খুলথোং ছীংচীললপাকী।। মীৎয়েং সানখৈরকতরে।। অসাইঙৈকী নোংপালপোলপী লুৱাওপাতী।। কোনলোই আমরক্ মীংহোংখীয়ে।। নোংপাল্ খুলথীপা কৌরে।। লৈনাওতাপীতি।। অৱাং কৌবরু অসুপপাতা।। ৱাইথুংলুরবদা অৱ

াং কৌবরু অসুপ্পনা পাওহংলম্মে।। ইমোম্ লৈরাং শাফবী নংবু কনানো ঐদি ইপারী শাংতে, ইমোম্ কুইদে হায়বগীবু ঈপল্ ইবুঙো খোয়ুম্ শিদবনা ললকুবিরকলঙৈনে ঈমোম্ নংবু নাক্লৌ শিন্না লাঙ্গোলগে হায়না লোন্না থুপ্ন া কৌএ।। কোলোয় মমিংথোংবু কৌব্র নামোইনু হায়না কৌএ।। মমোম্ কৌবরোন্ নামোয়নুসুং মপল্ মরান্য়াইদা য়াঙ্গোইরে।। অসায়ঙৈগী চিংখোং পোইরৈতোন্ অতোন্বদি লৈনুং মপুয়াইদা ব্রাইথুংলুরবদা মশাবী লৈনুং থোঙরেন্না পাওমেন্থিয়ে।।

ইশাবী লৈনুং থাঙারেন্ অহনবও, নশাবী ঈতৈ লৈমবু পোইরৈ খুম্হোকমীন্নরকপদি লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে। চেংলৌ শকু উবা ফংলক্তে। শাবী স্না নখোংখাদা হলব্রাইরক্লবরা হায়বগীবু নদাইরেম ঐসুং সাবী স্না নখোং খাবু ইতাল্লক্লে।। হায়না ব্রাকৎচরবদা মশাবীনা শাওনা নংদি করম্না য়াংনা সোয়না খম্নুং লৈখানুংদা হস্থরকপনো হায়না শানৌ পোইলৈ তোনও হায়না মীংহোংখিয়ে।। নোংবান্ পান্মীন্নবদি তাইবং নোংশাপান্দা সস্থোং হুইমুলৈমগা তালোয় খাচিক্লনা লুম্লেন্ খাপাংননা লৈরবদা মপারী নোংবান্ পোন্বীলুব্রাওবা হোংনেম্ লুব্রাং খুনথিববু সায়োনলক্লে।। পারী নোংবান্ পোন্বী লুব্রাওবদি অচাও লেপ্তম্ ফারবা শাংবসুং শাংলবদা পাখং ওইথোক্লকপা ঐদি ইদোম্ পাহাং নোংচেং ওই পাখং শংবাই লোনতম্বা চালৌ কুম্না ইতোম্ পাংশোয় নিক্লে।।

নুরা ঙাইখোং লুককুম্ ইপা হাংনা নোংবান্ সলাই লেপঙম্লোয়।। হায়বগীদমকপু লমপোয়ববু ওইরগে। হায়না মরান্ পোইরকপদা অব্রাং কৌব্র অসুপ্পা কৌবা মপু নিংতৌনা পাওকৌঙম্মে।। অদু নোংগীবু কৌবা মশুমাংও থোন্নেয়ে।। অসুম্না পাওমেনঙম্মে।। হোয়দা ইমান কৌবা মপু নিংথৌও লুব্র াং খুনথিবা মপারি নোংবান্ পোনবী লুব্রাংবা কৌর্বাদ ঐনে।। অসুম্না পাওখুম্লবদা।। অব্রাং কৌব্রনা মাক্লৌরেল্ নব্রা অখংবা নংবু অঙাং নংগী চেংলৌ শক্ খংদে।। লোইনাই ঐগী অপম্বো হোংনেম্ লুব্রাং খুনথিবদি ইঙাই

ঙাইরংচান্নে।। মাক্লৌহরেন্ নোংবান পোম্বীলুব্রাওবা নংবু তরা চাক্ লাম্মরিগনি হায়না তরা লুকমায় শেম, শরেন্ ফাহাপ্পানা য়ৌচান্নরে।।

অসুম্না য়োইচান্নরবদা কৌবা মপুং নিংথৌগী পলেম্ পীনায়দনা চীওইবী চক্ মোম্ খাম্বী মৈরাং কোনগুম্বী শংতিং থোয়নাপী।। নুরা মেলোং খুৎশাবী মমোমলোন্ শমতে ঙাইনুবীবু চেংলৌ মীৎথীৎলবগী।। তরা খুৎপুন্ পীগে ব্রাংলৈ চিন্খুন্ য়েংগে য়েংঙদনা নোংবান মরান্য়াইদা থিংলৌ নিক্লা তেরক্লে।।

য়োইময়াই তাওদনবনা নুমীৎ মহুম্নুংদা চংখ্রবদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা ব্রাহমখিয়ে।। ইপন্ পম্বৌ নিংথৌও।। নোংবান্ অঙনবা পলেম্ ইমা সম্বোং হুইমূ লৈমা ইপন নখোয়না নপাড়ী ঐবু অব্রাং কৌবা চিংলেনবু খারৈ লৌমাং ওইয়ো হায়না থৌদাবা মীকীনা থোংঙা হেপা লৈকায় কোয়রুবদা মীৎয়েং শাংখৈরকপবু লৈয়ে।। কৌবা মপু নিংথৌগী মমোমলোন্ কৌবরোন্ নামোয়নু পাইমা নুংচংবী তিলাং খোয়দাবীবু তালোয় তুরাংচান্ ওইননবা শংলৌ ঙমতমবীও।।

মপন্ নপা চান্না নমতা সেনপুথৌদিংতা য়ুমচিন্ কাকফৈ থা, সুমাং উরোং খিন পামেল উরায় হক্লবরা হায়না পাওহংবীরুও।। পাথৌ ইঙাইরোয়দা ব্রাচিনগে ইপল্ও।। হায়রবদা পলেম মমা সনথোং হুইমূ লৈমনা মপারীগী চিনকোয় ময়াথংবু থুম্নাও হেনসোন্ নীকপগীদমক্ হৈরাং নিংথিবা তাওজিং ওম্বোকপবু হৈরাং লুথোং পুনা মথংলেনগী মীংকোয় ময়াথংবু পুনা কৌবা মযুমনাক্তা ইতানলক্লে।।

কৌবা মরান্য়ায়দা ব্রায়থুংলরবদা খোইনৌ মতা লাইরোক লেম্বীনা পাওহংঙম্মে।। খোইনৌবা ইতা সম্বোং হুইমূ লৈমও।। থাঙ্ঙা হেপ্পা লৈকাই কোইথোকতনা কোয়থোকলকপা অসিবু খোইনৌ করি পাও লৈবনো।। হায়না চরৈ ফানতেং থানা পাওহংঙম্মে।। হোইদা খোয়নৌবা ইতাও।।

ইহুইরোয় মীংতা শাফবী কৌবরোন্ নামোয়নু চেংলৌ সককোয় হেনবীবু লৈ হায়য়ে।। দুগীদমকপু নদু লোয়নায় ইপারী নোংপান পোনবী লুৱাওবনা পাইমা নুংচংঙে।। তিলাং খোইদায় হায়বগীবু।। পাৎচানরবগী হৈরাং লোনচৎনা তাউজিং য়েমপৎনবনে।।

নমোমবু য়ুমচিন্ কাকখৈ থা সুমাং উরোং খিনববু লৈরবরা হায়না নাপা চীক্লা থেম্না পাওহংলবদা।। হোয়দা খোইনৌ ইতা হুইমূলৈমও।। নহুইরোন্ লৈরাং শাফবী অসিবু নদু নিংথৌ অৱাং কৌবা মপু নিংথৌনা ইমোমগী হৈরাং মনিংনা তাওজিং মতানবদা ৱাইথুংহনগে হায়বগীদমকপু পাচা ননমদা শোনকু থৌতিংতরিএ।। হয়েং কৌবা মনুং শোয়রবদা কৌবা মপু নিংথৌদা ৱ াহম্লাকও।। (ৱাহমলরাওও)।।

ইঙাই নংবু ঙাইরংচান্নে।। কৈকু নংনা পোৎতম্ শেম্ তাওজিং লোন্না পুরকপা অসিবু তংখিরোইয়ে হায়না ৱাকনববু।। ৱাকনতাবগী মথংলেন কৌবা মপু নিংথৌও।। নমোমকীদমক্ পাচা ননম লৈয়ে হাইনা পাওতাক্লবদা কৌবা মপু নিংথৌনা ৱাহমলকএ।।

নোংবান্ ঙাইনোংশাং লুৱাংও শেলৈ ঙাইবনে।। ইমোমগী চিঙুবা মরাইবক্ য়ামচেং মতু লোয়গিনে।। পাওখুম্লবদা।। মপু নিংথৌগী চিনগোয় ময়াথংবু তারবদা নোংবান্ ময়ুম্ নাক্তা হলৱাইরকক্লে।। লৈমা লায়রোক লেম্বীগী কোলোয় মপাও মেনবু মথংলেন নোংবান্ পোনবীনবদা পাওমেল্লে। নোংবান নংগী পাইরৌলেন্ অৱাং কৌব্রু অসুপ্পনা ইঙাইরোয় নংবু ঙাইনোংশাংনে।। ইমোম্গী চীঙু মরায়পক্ য়ামচেং মতুরোয়নী হায়না নোংবান্ পানবীন্বদা পাওমেল্লবদা তালোয় মরুম্বীনা নোংবান্ খুলায় মপিদা পাওমেনখিয়ে।। ইশানৌ নোংবান্ খুনলৈমা নংদি কৌবা মরাল্ চৎতনা নোংবান্ চামন্ হৌববু থৌরাংঙো হায়না পাওমেল্লবদা তালোয় মরুম্বী, নোংখন্ লৈমাপীসুং হয়েং কৌবা মনোং সোইরবদা হৈরাং লুথোং পুনা থুম্লোং

নাথং লোন্না।।

চোংলুক্ ঙাঙোয়সু ঙাবা পাওতোংইন্ কাওরেল্ শলফাং হোয় মলামসিংসু লাংনা নোংবান্ হুপ্না য়াংনা মরাং হৌনা কৌবা ময়ুম্ নাকতা ৱ াইথুংলুরবদা পাওমেনখিয়ে।। ইদু নিংথৌ অৱাং কৌক্রু অসুপ্পগী চীংলেন্ নাপোম্ অমদি খাবা উলেন্ চিংনে, চিংলেন নাপোম্ ১দি কোরৌ তত্তনা চুবা চিংনে।। চিংলেন নাপোম ১দি তুবী অঙন্বা লাইরেন্ অরেম্বানা হাকোক্ফম্নে।। কৌবা নাপোম ১দি খোয়ুম লাইমৈকক, লাইমৈসাং নেমতা সোয়তা পুম্নমক্লা হাথফম্নে।।

চিংলেন্ নাপোম ১দি পান্বা য়েক্লাবা কৈরেন্ অথৌবনা হাথফম্নে ।। চীংশাং নাপোম ১দি কাইবী এক শওম শওম থরা চানা থোকফম্নে।। কৌবা চীংশাং নাপোম অমদি সদুক সঙাং য়োংমু যোংশেন্ খুপিং খুপায় ওইখিফম্নে ।। কৌবা লোকসা ১দি চরিক্ পোকএ।। চীংলেন্ নাপোম ১দি নোংথ্রে পোকএ। নাপোম চীংশা ১দি হৈরাং খুৎশাবা তাওজিং পোকথোক্পা পালিৱ ায়নে।।

াচংশাং নাপোম ১দি লৈরাং মশিং শুনা শাৎপা লোক্লে।। থন্না পাফন্ াচংনে।। চীংশাং নাপোম্ ১দি তলা অঙন্বা, পামেল্ অরেম্বৱু মশিং লাক্ঙমদনা হংলিৱায়নে।। নাপোম চীংশা ১দি চক্মোম্ ময়ায় লিক্লা থোক্ল ফম্নে।। কৌক্রু নাপোম ১দি মাক্লং অয়াংবা পোক্লফমনে।। চীংলেন্ নাপোম ১দি চেক্লা পুম্নমক্ ফুইনাফম্নে।। চীংলেন্ নাপোম্ ১৬মক্লা ফুরিৎ সুম্তিন্ লামগুম্ লাক্শিনবা কৌবা নংগী লোক্চাওরেন্নে।।

লিক্লা উনকোয় তাক্তবা অরানবা ঈদি ৱায় চৎই অশাংবা ঈদী ৱ াইকোয় ঈ, কোরৌ মচী ঈ, ৱাংবল্ মনাও ঈবু নোংলেন্ চাইথবা চীংনে।। ইদু নিংথৌ কৌবা নংগী সেলৌরেম্ ইথৌলেন্ নোংবান পানমীনবনা খোইনৌ ইতা লাইরেন্ ঙাঙোই য়োইমোংমা মমোম মবিঙাদা থৌশিরকএ।। নোংবান

সেনচং কৌবা পাইচংনহৌসে।। লহান্ নংগী নঙাই ঙাইনোংশাংনে হায়বগীবু নোংবান্ ঐনা মানচা হোন্লকপনে।। ইদু নিংথৌ চিনকোই নয়াথংবু তাজনিংঙে।। অসুন্না পাওমেল্লক্লবদা কৌবা মপু নিংথৌনা পাওমেল্লকয়ে।। ইমোম্ সম্বোং হুইমুলৈমও ! সম্বোং ৱাখাই চেং খাইচেং অহনবনা য়েনবী নংবু ইঙাই ঙাইনোংশাংনে।।

চিনগোয় নয়াথংবু হেন্দোক্ফরোইয়ে হায়দবরা।। তাওজিংগুম শিনবী ইমোম্ অসিবু লাংপল্ তৌদ্রিগুম ইমোম্ শকমাবী কৌবা চীংতোযলং লংকুম্ তোয়নবগীদমকপু হৈকোয় মশিং শু লাইজি ফি ফম্ফাদে।। ইয়োং লাইজি থোংদ্রিবীনে।। যাৱা পুতুতে।। চকমোম্ খাওহনতে।। হয়েং নোংবান্ চাবোক্ কদাংসিন্ নৱা নাওদা খোংফাংলেংবু তোংঙমদ্রবদা নোংবান্ নংনা মীরাইবক্কনি লুৱাং নংনা মীথাদবনী।। নোংবান্ সেনথীনোং লুৱাং পার্হাথনোংদা ইমোম্বু লোক্লৌ শানা কোন্না নাউয়োক্পীঙম্মো হায়না পাওমেল্লবদা মদু নিংথৌ কৌবা মপু নিংথৌনা মমোম্বু থৌজান মাইযোক্লনা কুবীঙম্মে।।

মমোম্ সম্বোং হুইমু লৈমসুং মরাল্ উনতেরকএ।। কৌবা ময়ুম্ নাক্তা ৱাইথুংলবদা মথংলেন্ নোংবান্ পানমিন্নবদা কৌবা মপু নিংথৌনা মমোমবু কুবীঙম্মে হাইদবরা।। হয়েং লোইদাম্ থা মপীদা কৌবা মবাল্য়াইদগী কৌবরোল্ নামোয়নু সমতে ঙাইনুবীগীদমক্পু অওং অউন, সন্সেন নাওরোয় মসিং থিঙমদনা পুংপু লেমথেল মৈলাংনা কৌবা মনিল্ নাইরকপবু নোংবান্ মরাংহৌ লুৱাং মথিন্ নাইনা ঙাইখিমঙমগে।।

নোংবান্ ময়ুম্ নাক্তা কৌবা মনিন্ নাইনা ৱাইথুংলরে হায়দবরা।। নোংমান্ মনিন্ নাইনা হৈরাংপুংবু পুরেম্না মাইখংনরবদা কৌবা মনিন্ নাইবসুং মরান ওনতেখিরে।। কৌবা ময়ুম্ নাক্তা ৱাইথুংলুরে হায়দবরা।। অসাইঙৈগী নোংবান্ মনিল্ নাইবসুং অনৌবা লুৱাং মরাং হৌনা পাল্লে হায়দবরা। তয়ুম্

চিনকোয় ইৰাক্ মানা নমু পুন্না অয়াম্বা লৈতরিঙৈগীবু নাতৈ চুমহনগে হায়বগী শিঙেল লৈপুম্ ফাননবা অসে তেংথারম্বনে।। হে লিক্লায় নোংথৌরেলও।।

অসাইঙৈগী নোংবান্ মনিন্ নাইবদি লুৰাং মসুমাংদা লিক্লাই উজাও হৌববু কোরৌ খোংচেন্নুবী কুমদা কুপমায় লেংহৌ লিক্লাই মঙান্ নাইনা নোংবান্ ময়ুমদা মালেম লৈকংলাদা চল্লৌ য়োয়থমপাল্ থম্বাল লাংঙাং পোকএ হাইদবরা। লোইদাম্ থা মপি নৰা লাংহে কুম্মোল্লবদা ৰাংবন নকা শানা খোংহৌরবনিগীনা খম্লুং লাংওল্লে। মশাবী পন্‌কেল্লে।। নোংবান্ য়ুমশেংলে হায়দববা।।

হয়েং লোইদাম্ থা ওল্লবদা লৈনুং থোঙারেল অহলবদা তালোয় ঐগী আতবা লুমলেন্ অপাম্বী ঙানবা খম্বা খমচিং কোন্ মমোম্ লোলায়চম্ থোংশেম্বনা খবা লৈহনবীনা পোকপীবু খোয়ুম ঐনা তরা চাথোৎনা নুংথিল শংলৌ যেলাং নহি ঐগী তালোয় অপাম্বীনে।।

নহান ইশানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনগী হৈনা মতুং ইন্না পোইরৈ মনুং ওইহন্নবা তাইবং লমচৎ শিলহনথিববু কৌবা মপু নিংথৌনা নোংবান্ পানমীংনবা মপারী লুৰাং পোনবীলুৰাংদা করিগী কাউজনবিবনো। খম্লুং ইপুংয়াই নুরা চীংখু থোনবা খংঙাইতে। লৌশংথক্তা পাম্বা হৈ পামেন্ উতোন থক্তা পাল্লীঙৈদী হৈরাং শীংথাঙৈ শমু খুক্তা পাইরবদি তাওজিং সংপুমলেন্ হৈরাং মচেৎ ১ তংলবদি পলেম কাওনা হৈনে।। তালোয় তু কাইনহৈনে, থংলেন্ ৰাকাও হৈ।। মপারী নুংচানবা মমোম্ নুঙোনবী শেৎনহৈবু খম্লুং মকপা লৌওনবাদা হৈরাং খুক্তা শুনা নোংবান্ ময়ুম্ নাকপু য়াংকোইরিবী কৌবরোন্ নামোযনু শমতে ঙাইনুবীদা ৰাহমনুও।।

লৈনুং থোঙারেন ঐনা পাওমেল্লকএ হাইরুও।। লহান্ তাইবং মরমচৎ থোকতরিঙৈগীবু হিংনা চাবা মরম ১০০ মুন্না চাবা মরম ১০০ শুনা পোইরৈ লমচৎ শিনপীরুও হায়না থাখিবদি করিগী নোংবান্ ময়ুম নাক্তা

য়াঙ্গোয়রম্বনো কল্লকএ।। খম্নুং মপুংয়াইদা কুম্লক্ও সব্রা য়াচারকও।। হায়না হৈরাং খুংতা পুনা পাওমেল্লুও হায়না থৌশিখিববু কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীনা খোম্লেন্ তুমখুনখিবদা খম্নুং মাকপা লৌওনবনা অমন্ খম্লে পাওথেম্বনা ব্রাহ্মণম্মে। কৌবা মপু নিংথৌ চনু নংম্বু নশাবী লৈনুং থোঙারেন্ অহনবনা পাওমেল্লকএ।।

নংবু করিগী নোংবান্ ময়ুম নাক্তা য়াংকোইরম্বনো।। য়াংনা খম্লে কুমলকও।। শব্রা তারকও হায়না মশাবীগী হৈরাং মখুৎ খুৎথোন অসিনে হায়না লমমোক্নরে।। কৌবা মপু নিংথৌ চনুনা হৈরাং খুংতা পাইনা পিরেম্ খাকমা তাবা ব্রাহ্মলকএ।। ইয়ুম্ খম্নুং মাকপা লৌওনবও ঐদি পোইরৈ চিক্লেম নেম তৌরাং খাংপাক্শানা ঈহৌ ঈহৌনা পাল্লে।।

তাইবং খুনথাকনু হায়না হাব্রমবগী ঈশানৌ চীংখোং পোইরৈতোনগা পোইরৈ মনুং ওইননবা পোইবৈ লমচৎ শীল্হনবদি চানা মমায় ফাওনা পাংঙবোই হায়রে।। খম্নুং তেঙম্লরোয শব্রা য়াতা ঙল্লরোইয়ে হায়না থব্রাই মিরাং পান্না মীকপ্না হিক কপ হাযকপ্না খম্নুং তৈনা খোম্লেন মীকপ থোক্লকপবু খম্নুং মাকপা লৌওনবনা তাওজিং খুৎতা সুনা পীজবা অদু তারুরবদা কৌবা মপু মমোমলোন্ কৌরক নামোয়নুনা ইশাবী নোংবান্ পোনবী লুব্রাংবা ইবুংঙো তাবীও।।

নশানৌ ঐদি খোয়ুম্ লৈরক্ শাথৌবা কোনসাং শরা য়ানবা করম্ববু লমওক্লরুরবনো চুবা কৈচা যেক্ খ্বাংনুং চেংলৌববু থোইচিন্লম্লে।। ঐবু অমন্ শিংকুমলৈ মীনুংকোন্ শব্রা খম্লে মীথুংরোনবু তাখিও।। হায়বগী কোরৌচি নোংথৌনা লান্তারকরে।। ব্রাংপল্ ঈকাইশানা নখোং হেড়বরা খংদে।। মশাবী ইবুঙো নশানৌ ঐবু ঙকথি লুমাং কোন্না খরাই লাইকন্নববু মকন্ ফবীও।। ইনুং শিনয়োম্ লান্না ময়োম্ ফবীয়ো।। শাবী ইবুংঙো তাবীয়ো।। কোংকোয় ঐবু মীশা পোন পোনঙমদনা চেংলৌ মীৎপু ফিংবগী নমু পোং ওইরকপা

ঙমদনা থোইচিললক্লে।। শাবী কোরৌ ঈনোংথৌ ইপল ফৈরা তাজিল থক ইদু লাক্লৌ (নোক্লৌ) তুচিন থক্কী লমওক্লবা নংবু লাংলেন্ ৱাপুম্ খাইগুম কবম্না খাইনসিবনো কল্লকএ।।

শাবী ইবুঙো তাবীযো।। অমাইবা পংথোংমাং উনবি চফম হোং মালং মথিন্ নায খমকোন মরাং হৌনা লাইজা ঈথক্ হৌবনা থোইজিনলক্লে।। সিঙেন্ ইবুঙো সেৎনগববা খংদে।। হে ইবুঙো তাবীয়ো।। নরুম্বী ঐবু কবম্না খল্লে কুমসিবনো ঈশাবী নংবু হুল্লানবা ঙম্লোইযে।। খাবী থীংলৌ থৌনা মাইশম্ তোংলববু থৌনেকপীকও।। হাযনা অসুম্না পাওমেল্লবদা নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবনা মোনু তালোই মকুম্বীগী চীনকোই মপাও মেনবু উনবী খোইখৈ নিক্, নুংশি পুক্লিং লাকঙমদনা পীবেম খাকমা তানা লাইজা মীৎপান্ চেন য়াৱা খোঞ্জেন হিক্ হেক্লা ইমান্ কৌবা মপু নিংথৌ পলেম্ লেপ্লৌনিগুম লাংকোনবী নংবু নমোম্ যোইবু নাইগীদমকপু খাবা লমকোৎপা অমাই লমথোইবা খল্লে মীনুংকোন্গী থৌখাম্ ঙম্ববু কনা লৈবনো পাওহংববু মমান কৌবা মপু নিংথৌনা মাক্লৌরেম্ ঐগী ইপাবিগী পাইরৌলেম্ ইপাবি লৈশং খেক্বায়ববু লৈবনে।। মাবু পাউকৌকও হায়না পাওমেল্লবদা নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবগী পাইবৌলেম্ থোনাং লৈচিং ফম্ববু পাওকৌকবে।।

কৌক্লগী মচা অহনবা থোংনাং লৈচিং ফম্না খাবা মথিন নায অমাই মবাং হৌনা লাইকন্নববু কন্বা ঙম্লোইদৌবাগুম্লবদা কৌববোন নামোইনু শমতে ঙাইনুবাদী লাইজ ইথিন তৎ পাইমা নিংশা খম্ তিনপান খোংমৈ নেমগে তৌগুম্লবগীনা চেংলৌ মমিৎ কুপতনা খোঞ্জেন লৈত্রবগী নোংবান পোম্বী লুৱাওবদি খোইজি চেনগুম্ চেনগাননা চেক্লা য়াম্বী চক্ৱাযনা শমু মখুৎ পাইনা ঙকথি লুমাং কোন খজাই লেংওন্ চুপ, শমু মখুৎ পাইনা খ্বাংপম্ সিকোনননা খোইজি মিহুন য়েংনা পোনবীগুম্না মায়োক্লরিঙৈদা অনৌবা মবকনা পাওমেল্লকএ।।

হে পাইরৌলেম্ ইবুংঙো তাবীয়ো।। খাবা অমরক্লা মথিন নাই।। অমাই মরাং হৌবিয়ো।। নমোম্ য়োইনাই অসিবু চিংলেন্ নিংথিববু তেরান্দা য়াথং অনৌববু চিনসিন্নদনা চেংলৌ ঐবু সক্ উখিদরে।। কল্লকএ হাইনা থৌনেক্পবু।। হোয়দা সেম্লৌরেম্ নোংবান্ শহাও।। খোয়ুম্ মকুম তম্ চিঙু মব্রা য়েনবু হেনথোক্ফরোইয়ে হায়না পাওমেন্নরিঙৈদা কৌবরোন্ নামোয়নু শমতে ঙাইনুবীদী লাইজা ঈথিন চাওবা মালং মরাং হৌরে, চকমোম্ মথিন নাইনা উবা লাইয়ুম চং সনা চীংতোন্ লোম্লা ৱাকয়ে মহিরমদা শিনা ফুরা লাইয়ুম চংনা কুরু সনা মখোংখাদা ৱাইথুংখিরবদা শমু মহকচাংবু লাইজা ঈথিল্ চৎখিরে।। পাইমা মনিংশা খম তিনপান্ খোক্লে নেম্লে।।

মদোম্ খল্লে কুমখিরে।। মথংলেন্ নোংবান্ মনেম্ মচাদি কোরৌ নোংদা কাগে কাঙমদা মালেম লৈদা লিৎকে লিৎঙমদনা মোনু য়োইবুনহি নংবু খল্লে কুম্লবসু ইপীী কুমীন্নসে ঙাইরমখিও।। নদোম শৱা পনকেনহিকুনো হায়না খল্লে মীনুং কোন্ শৱা মীরোনবু য়াংকোয়ববু ইপীঙা ওইমিন্নসে।। হে পেম্মাও।। সমু লেংলোইতোন্ লৈরাং অতিংঙাগুম, নোংবান্ ময়ুমনাক্তা য়াতাখিও।।

থিংলৌ চাওবা য়াপীপ্পা লাইরেন শাংবা য়াতাখিয়ো হায়না শরকি খিং খিং চৈরে মাইখন্নদনা অমন খাংলেন চল্লে।। উনবী মখোয় শাও য়ারেল খোংখৈচিক্ তাক্লৌ সিনতং শোন্ পানপোম্ তিংনা শমু খোংবু থিন কোরৌ নোংথৌবু য়েংনা তেসিনখিরে।। মোম্নু তালোয় ইরুমবী সমতে ঙাইনুবীগীদমকপু খম্নুং থোঙারেল্ অহনবা শৱা কংলৈ পুংফাবা খোয়ুম্ লাইনিংথৌবু নোংবান্ ইমাই ওনদনা চাইনা খোংফেন্ননা মরোং চুংফুননা খোকলাং পমসিৎনগে।। সয়েং পাম্বোম থৈনগে।। হয়েং নোংবান্ ঐবু ইমাই ওল্লবদি কোরৌ নোংনা য়েং মালেম্ লৈনা খংসুনো।। মোম্নু তালোয় ইরুম্বী খল্লে চীনুংকোল্ শৱা মীখুরোন্দা থৱায় মীরাং পান্ অতিঙাবু লৈনুং থোঙাবেন্ অহন্বা শৱা কংলৈ পুংফাবা খোয়ুম সনা মখোং খাদা য়াংকোইরিনৈ হায়না

নোংবান্ পাংমিন্নবা মপারি লুৱাং পোম্বী লুৱাওবদি ওক্লেন্ মশোং মান্না তন্বা কাচক হৌ ওক্লেন্ মথিন্ নাই চুংলোং ঙক্তা হুক্ তিমেন খুক্তা শুনা নোংবান্ মশুমাংদা ঙাইখম্খিয়ে হায়দববা।।

হে লিক্লাইও নোংবান্ পোনবী লুৱাওবনা পাওমেন্খিয়ে।। নোংবান্ ইশুমাংদা চাক্তাবা নোংদা চিংখনয়াং য়াওশাবী য়ামা তোম্বা খুনবী য়াংলিশা লেবা অতোনবা নংবু নোংবান্ ঐনা থৌনেকচগে।। খমনুং মথোং চিন্দা শৱা মবাংচিনদা খোয়ুম্ লৈনুং খোঙারেল্ অহনবা সনা মখোংখাদা য়াংকোয়বরা হায়না মীৎযেং শাংখৈবীরুও।। লৈনুং থোঙাবেন অহনবা শৱা কংলৈ পুংফাবা খোয়ুম্ সনা নখোংখাদা যাংকোয়ঙল্লবদি নদাইরেম্ নোংবান্ পোম্বী লুৱাংবনা খুংফাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না পুরুমজরকএ।। মোমনু তালোয় মরুম্বীগী থৱায মীরাংপান্নু অতিংঙাবু ওইরে।।

খোয়ুম্ সনা নখোংখাদগী হূৱায় হনবীরকও হায়না পাওমেন্বীরুও হায়ববদা কৌবা মসুমাংদা চাকতাবা য়াওসাবী য়াম্মা তোমা নোংদা চিংখনয়াং খুনবি যাংলিগা লেরা ততোনবও।। লৈনুং থোঙারেন্ অহনবনা হলৱা ইবিহনলকপা ঙল্লরোয় হায়ববদি নদাইরেম্ পোম্বীলুৱাওবানা খোয়ুম্ নংবুসুং হুয়েন লান্ হৌবীরকও।। নদাইরেম্ ঐসু নোংবান্ ইশুমাংদা তরা চাদা লাসজা ঈয়েংদনা নোংহমঙমগে।। চাইনা খোংফেন্ননা চরোং চুংফুনসে খোক্লাং পমসিংনসে হাযনা পাওমেনবীরুও।। হায়ববদা লেরা অতোন্বনা নোংবান্ মশুমাংদা খুংমাং লৈচেং ফম্না হোৎনা লৈমু তুংহন্ননা মথক্ পুংগা থোন্ মখা খোংগা তৌ লৈনুং ময়ুম নাক্তা ইতানখিরে।।

খম্নুং মপুংয়াইদা ৱাইথুংলুরবদা খম্নুং খোঙারেল্ অহনবা ইবুঙো তাবীয়ো।। নদাইরেম্ পোংবান্ পোম্বী লুৱাওবনা খোয়ুম সনা নখোংখাদা পাওমেনজরকএ।। সনা নখোং খাদা কৌক্ক্র নামোইনুগী থৱাই মীরাংপান্ অদিঙাবু নদাইরেম্ ঐঙোন্দা পীবীরকও হায়না মোমনু তালোই মরুমবীগী

সমু মহ্কচাংবু হাওসি মংথিংতা সিংপাক্ পাউহুনতা খুনুং পাওতাকতা য়াইথোং সিংহুনতনা ৱাংলেন্ পুংহৌহিরোয় হায়না শমু মহ্কচাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবদা নোংবান্ ময়ুম নাক্তা চরৈ মাইখন তৈ, শৱা চুমথোং হাং চরৈ মকা খোংনা অমন্ খাঙেন্ চনখিরোই।। থৱায় মীরাংপানবু নদাইরেম ঐঙোন্দা হলৱায়বিরক্ও হায়না পাওমেনজরকএ হায়না হায়রবদা।

লৈনুং থোঙারেন্ অহন্বনা নোংবান্ পোন্বী লুৱাওবগী কোলোয় ময়াথংবু তারবদা উনবী মখোয় লহাল্ ঐগী তালোয় মরুন্বী লুপলেল্ অপান্বীনে।। ইশানৌ চীংখোং পোইরৈতোনগা তাইবং মনুং ওইননবা শেন্বী শাবীলুও হায়না হিংনা চাবা মরম ১০০ ৱাঙম সিংহনখিববু নোংবান্ ময়ুম নাক্তা করিগী য়াঙ্গৈাইন্বনো হায়না ইদাইরেম্ খম্লুং মাকপা লৌওনবা য়াইথোং ান্বা চাবু চিনকোয় ইকাওমেনগী হৈরাং খুক্তা পাইনা পাওথেমহনবনে।।

স্না ইখোং খাদা য়াংকোয়রে।। তয়ুম্ নোংদা চিংখনযাং লেরা অতোনবও খোয়ুম ঐগী মরুন্বী অপান্বীগী থৱায় মীরাংপানবু নোংবান্ ময়ুম নাক্তা হলৱাইহনবা ঙম্লরোইয়ে হায়না অসুম্না পাওমেল্লবদা নোংদা চীংখন যাংনা খম্লুং লৈমাবা ইবুংঙো তাবীয়ো।। লহান ঐঙোন্দা নোংবান্ পোন্বী লুৱ াংবনা কোলোয় মপাও মেল্লকপবু লৈয়ে।। অসুম্না পাওমেল্লকএ।।

ঐগী তালোই মরুন্বীগী থৱায় মীরাংপানবু হলৱাইহলবীরক্লরোই হায়রবদি লৈনুং থোঙারেল্ অহলবও খোয়ুম সনা নখোং লেংবীরকও। চাইনা খোংফেন্নসে, মবোং চুংফুনসে, খোক্লাং পমসিংনসে, হয়েং কোরৌ নোংনা য়েং মালেম্ লৈনবু খংসুনো হায়রকএ।। অসুম্না পাওমেল্লবদা লৈনুং থোঙারেল অহনবনা নোংবান্ ময়াথংবু তারগা উনবী মখোয় শাওনা পাওমেল্লকএ।। চীংঙুবা ঐবু তাংশক্তনা লৈনুং ইপুংয়াইবু করিগী হুয়েন লাংশিননরকপনো কল্লকএ। ইশানৌ চীংখোং য়াইমবা ৱাক্লেন্ তোংয়াইবি নংসু সানৌ লৈরাং অতোনবা নংশুং শাবী নপীংঙাবু লাওও হায়নর পাওকৌরবদা মশানৌ

অনিমক্না খোয়ুম্ স্না মখোংখাদা পুরুমজখিয়ে।।

তয়ুম তাইবংপানগী নোংবান্ ময়ুম নাকপীবু তালোই মতু মুল্লুদে অদুবু করিগী খোয়ুম্ ঐবুসুং তানা করিগী হুয়েল্ লানসিংনরকপনো লাকচৈয়ে।। তয়ুম্ন নোংদা চিংখনয়াং লেরা অতোনবা নংবু ঙাইরমখোও।। ইশানৌ চীংখোং পোইরৈতোন, শানৌ লৈরাং অচোনবও নশাবী ঐদি চীংঙুবা মহিশাং পুম্নমক্কী মমাংদা তাংজা ইকায়য়ে হাইনা লহাল্ ঐবু হুয়েল্ লানশিংনববু পুম্না কনা লৈতেয়ে।। লাকচৈয়ে।।

নশাবী ঐবু কংলৈ পুংফারে অহোং তান্‌ফংলে, লময়াই কায়খিল্লে। চীংয়া থেনকৎখেৎলে শীংলেন্ ইতিক নত্তে।। ইশানৌ লৈনুং খোংফাং অতোনবা নংদি হুয়েল লাল্ হৌখিয়ো।। নোংবান্ মতিক নত্তবা লুৰাং নপা নত্তববু চাইনা খোংফেংনরুও হায়না পাওমেল্লবদা মশাবীগী চীকোই ময়াথংবু য়াথং লুদা খোংনা নোংবান্ ময়ুম নাত্তা যাংনা ইতানখিবগে হায়না পাওমেল্লবদা উনবী লৈনিং শিংনা পাওমেল্লকএ।। শানৌ ইবুঙো তাবীযো। নশানৌ ঐগী চুংলোং ইনম খাং তিম্মেন্ ইখুৎশুসুং কবি শুও, করি খাংও হায়বনো হায়না পাওমেন্‌জরবদা মশাবী লৈনুং থোঙারেন্ অহনবনা ইশানৌ নংগী তুংলোং নননম খাংদি থৌদু অরেপ্পা চেংচা অখিনবা নুংলাং মথিননাইববু চুংলোং ননমখাং ওইনখিযো।। তিমেন নখুৎসুদি ইমা মালেম্ লৈরেনহনবীগী শমু মখুৎচু খাকপা নোংমৈশিংজং অরাববু তিমেন নখুৎসু ওইনখিয়ো।।

থাংলেন নখুৎসুদি খিং খিং নিংথাবা খাম্বী মৈরাম্থাংগুম্ববু থাংলেন নখুৎসু ওইনখিয়ো হায়না মশানৌ লৈবাং অতোন্‌বগী শমু মখুত্তা থুম্না পীনবীরে।।

হযেং নংনা খোইমা নমাইলৈ য়ামচেং ননম্ মুক্লবদি লৈনুং তাংজ ইকাইগনিয়ে। হু য়াই সেনকোয়গনি। পাইমা নপুক চেৎলো অসুম্না পাওমেল্লবদা হয়েং কৌবা চীংলেন্ নোংগা সোইরবদা ঈশানৌ নপল্ লাইরেল

হুমচাওবনা পোকপী মালেম্ লৈরেল হনবীনা য়েনবী নংবু ইশানৌ লৈরাং অতোন্‌বগীদমকপু তরা চয়োম্মো।। ঙাবা য়েনয়োম্মো।

হাওমন্ শিংকুপতৈ হৈরাং অশংয়েং তাওজিং অমুল্ খল্লো। অসুম্না পাওমেল্লবদা মশানৌ চীংখোং পোইরৈতোনগীবু তরা লুকমাই শেম শারে ফানা ফনা য়োইচান্নরে। মশাবীগী চীনকোই ময়াথংগীবু মশানৌ চীংখোং পোইলৈতোন্‌দী শীংতুম লাংমৈথেৎ থেৎতাং চরি খম্ লাংমৈ পুংলেন্ চিল্‌য়েনতু খোংলোয় থেৎ, কোক্লেন্ লুফম্ হেল্ চুপ্লেল মচি নাইনা শংতিং মকা ফোংলে।।

চুক্লোং ঙক্তা হুক, খাকপা নোংমৈশিংজংবু শমু খুক্তা শুনা মশাবী লৈনুং থোঙারেল্ অহলবগী সনা মখোংখাদা মশানৌ চীংখোং পোইলৈতোন্‌না শয়েং পাম্বোম চিং য়ারেল্ খোংফৈ চিক, শমু খোংবু থিন্না ব্রশক্লিঙে খমুং নিনতুং নিন্‌না লৈনুংয থোঙারেল অহনবনা পাওমেল্লকএ।।

শানৌও নোংবান্ পোনবী লুব্রাওববু ৱাইরা নশা ওই হুয়েল্ নরল্ ওইরকও হায়না চীনকোয় য়ায়ফববু য়াথং মাংওই মাংওইননা পাওমেল্লবদা লৈনুং থোঙারেল অহলবনা অসাইঙৈগী নোংতা চীংখন্ য়াংদা পাওমেনখিয়ে।। তয়ুম্ নোংদা চীংখনয়াং লেরা অতোনবা নংবু লাওও।। যয়াংনা য়াংনা লমজিংবীরুও।। ইদাইরেম্ নোংবান্ পোনবী লুব্রাওবদা খোইমা নমাই লৈ য়ামচেং ননম্ মুক্কনো হায়না ঙাইঙমমো।। কোরৌ নোংনা য়েং মালেম্ লৈনা খংসুনো।। তালোয় ইতু মুনবও হাইলুও।। ইশানৌ চীংখোং পোইলৈতোনবু হুয়েল্ লাল্ হৌরক্লে হায়না পাওমেল্লুও হায়না নোংদা চীংখনয়াংবু থৌশিখরে।। মশানৌ লৈরাং অতোনবসু মশাবী লৈনুং থোঙরেল অহল্‌ববু খুৎফাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্ মালেম লৈদা পক্লা পুরুম্‌জখিয়ে।। মশাবীনা শানৌ নংবু ইয়াইফরকও হায়রবদা চীংখোং পোইলৈতোনসুং লৈনুং নিনতুমনিননা হুয়েল্ লাল্ হৌরকলে।। য়াংলৌ লমমাং মতা অৱা শেনখৈ

নিক্না ৱাহমখিয়ে।। তয়ুম লেরা অতোনবা নংবু নোংবান্ মশুমাংদা য়াংনা খুনফাওখিরো।। হায়না পাওমেল্লবদা নোংদা চীংখনয়াংনা কৌবা মশুমাংদা য়াংবা ফাওরক্লে।। নোংবান্ পোনবী লুরাওবনা হংলমমে।। নোংদা চীংখনয়াং ইবুঙো তাবীয়ো। লৈনুং থোঙারেল অহনবগীদা মোমনু তালোয় ইরুম্বী কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীবু মীয়েং শানখৈরকপরা হাইনা পাওহংলবদা নোংদা চীংখন্ য়াং পাওখুমল্‌য়ে।।

তালোই নরুম অপাম্বীদী লৈনুং থোঙারেলন অহনবীগী সনা মখোংখাদা য়াংগোবিয়ে।। ঐনা নোংবান্ নয়াথংবু পাওমেন্‌লুববু তয়ুম্ লেরা অতোনবও। লহাল ঐগী তালোয় ইরুম অপাম্বীনে।। ইশানৌ লৈরাং অতোনবগীদী হাইনা মতুং ইলহনখিববু করিগী নোংবান্ নয়ুম নাক্তা যাংকোইরম্বনো হাইনা উনবী মথিন নাই কনজাও মৈরা হৌনা পাওমেললকএ।। লৈনুং থোঙারেল ঐবু অমল খমলৈ কুম্না কোবৌ মথোংজিন বাংবন মকাই ফমদা ঐবু অমন কোংকাদবিয়ে।।

করিগী তালোয ইতু মুনবনো লাকচৈয়ে। থৱাই মীরাং পানবু পীমলগেইয়ে।। ঐবু খোয়ুম্ ইঙাইরোই পুম্নমক্লা ঙাইনোকনঙেনে। তাংজ ইকাযয়ে। নোংবান্ পোন্বী লুৱাওবানা অৱাং কৌব্রুদগী হোইথিরুবনো কল্লকএ।। নোংবান পোনবী লুৱাওবনা চাইনা খোংফেন্‌ননা মরোং চুংফুনসে হাযবন্ খোযুম্ ইমাই ওল্লোই।। য়ামচেং ইনম মুক্লোই।।

হয়েং কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খংসুনো শিলেল্ ইতিক নক্তা লৈবাং ইপা নত্তবা নংবু নোংবান্ মাংদা ঙাইখনঙম্মো। ইশানৌ চীংখোং পোইলৈতোন্ অথৌববু খম্নুং ইথোংচিন্দগী হুযেল্ লাল্ হৌথ্রবনে হায়না উনবী মখোয় শাওনা তযুম নোংদা চীংখন্ য়াংঙো নংদি নোংবান্ পোনবী লুৱাউববু কংলৈ নসুমাংদা খোইমা নমাই লৈ য়ামচেং নেনম মুক্কনো হাইনা য়াংনা পাওমেন ভম্মো। অসুম্না পাওমেল্লকএ হায়রবদা।।

নোংবান পোম্বী লুৱাওবনা হে পেম্মা কৌবা মপু নিংথৌ ামতে ঙাইনুবী অকন্ খাঙেন চল্লিবী হে পেম্মা নংবু য়াৱা সুনা নমকুনো খোয়মা নমায় লৈহিগীনো হে পেম্মা নংবু ইপারি নুংচানববু শাৎনদা ইমোম নুওনবীবু ফুইনরিয়ে। খল্লে মীনুংখোনগী থৱাই মীরাংপান অতিংঙাবু লৈনুং থোঙারেল্ হলবা সনা মখোং খাদগী হলৱাইবিরকএবদি নথংলেন্ ঐগা খল্লে মীনুংকোল্ শৱা কংলৈ পুফাবা সনা মখোং খাবু ইপীংঙা য়াঙ্গোইমীনসে।। থৱায় ঐগী মীরাংপানবু চুপতরিবা মখৈদী চাইনা খোংফেন্নবা মরোং চুংফুননা খোল্লাং পমশিংনসে হায়না মশানৌ অমল য়াৱাবু কুল্লিববু শঙনা য়েংনা পীরেম খাকমা তানা হেকঙাই মপাও চাও, নুংকোই শিমা ওন্না নোংবান্ সয়েং পলগা তিং তাক্লৌ শিনতং শোন্ য়ারেল্ খোংফৈ চিক্লা নোংবাল্ মসুমাংদা লাউয়ে।।

কোরৌ নোংথৌবু লৈতরবরো। অচুম্ববু খাইবীরকও হায়না কোরৌ থোইনা য়েংনা ঙাইখমলিয়ে।। লৈনুং থোঙারেল্ হলবগী মতু মুল্লুদে, ইমাল্ কৌবা মপু নিংথৌগী মমোমলোল পলেম মমা লাইরোক লেম্বী পাইমা সনা পীবুকমনুংগীবু ঐনা হৈরাং লেননা চৎ চাওজিং ফোংনা পুনা হোইথিরববু করিগী অমন্ খল্লেবু কুমহনবনো।। কল্লকএ। হায়না নোংবান্ পোম্বী লুৱ াওবা উনবী মখোয় শাওনা চুংলোং তা হুক তিমেন্ খুৎতা শুনা নোংবান্ কৌবা মশুমাংদা ঙাইরিঙৈদা লৈনুং খোংফাং অতোনবদি হুইয়েল লাল্ হৌরকএ ।।

নোংবান্ ইশুমাংদা ঙান্তুম ঙান্না থোক্লকপা নংবু কনানো হায়না পাওহংববু লৈনুং খোংফাং অতোম্বনা পাওখুম্লকএ। ঐনে লৈনুং থোঙাবেল অহনবগী মশানৌ লৈরাংহ্ অতোনবা চীংখোং পোইরৈতোননে।। ইশাবীগী তালোয় মতুবু মুনবা নংবু কনানো। লাউও ঙসি কোরৌ নুমীৎ মাদি ইপীঙা চাইনা খোংফেন্ননা মরোং চুংফুনানা তিমেন্ তা চাইনাসে। ইপীঙাবু কোরৌ নোংনা য়েং, তালেম লৈনা খংসুনো হায়না পাওখুমখিয়ে হায়দবরা।। নোংবান্

পোনবী লুৱাবনা পাওমেল্লকএ ॥

লৈনুং খোংফাং অতোন্বও নংনা নশাবী লৈনুং থোঙারেল্ অহন্বগী তালোয় মুল্লুদে। অৱাং কৌবা মপু নিংথৌগী মামোমলোন্ শংতিং থোইন্বীবু নুরা মেলোং খুৎশাবী পল্লেম্ মমা লাইরোক লেম্বী লৈরুম্ চেংবী লৈরুম্ লাংবী পাইমা স্না লিনকোইনুংগীবু ঐনা হৈরাং লোনচৎনা তাউজিং ফোংনা পুনা হুইথিকবনে। ইপিঙা চাইনা খোংফেন্নবদি কদৌগবনে। চুংলোং ননম খাং তিমেন্ নখুৎশুসুং মালেম্ লৈতা হুনেতোক্লো। শমু খুৎনা ফংনা লাক্লসে। হয়েং কোরৌ নোংনা য়েং মালেম্ লৈনা খংসুনো॥ মোমনু তালোই ইরুম্বী অমন্ খাঙেন্ চল্লিয়ে। পাইমা ঐগী নুংচানবী তিলাং ঐগী খোইদাবী থৱায় মীবাংপাল্ অতিঙাবু নশাবী লৈনুং থোঙারেল্ অহনবদা হলৱাইবীরকও হায়না নোংতা চিংখন্ যাংলেরা অতোনবদা থৌশিখিবনে॥ নশাবীনা উনবী মখোয় াাওনা হলৱাইবীরকতে॥ হায়না নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবনা য়ারেন্ খোংখৈ চিক্ সমু খুৎপু ফংনা লাক্লসে। তৌগুমলক্লে। লৈনুং খোংফাং অতোনবসু উনবী মখোয শাউনা চুংলোং মনমখাংদি হুকতোক্লে। তিমেন্ মখুৎসুদি মালেম লৈদা ফেনথোক্লে। শয়েং মপাম্বোম অনিমদি সমু খুৎনা ফংনা হাউমুক লেংফাই চল্ মোংবা তাচিন খুরৌ য়েৎনরে। তমব মপিঙাদি পাখং হুমাং সেকোই ঈ, শমখোং চারিন ঈ, লেক্লৌ নমখুম ঈবু চুবা চাইচুম থল্লে। পাখং থবক্ লেংচললম্বু লাজা ঈরম চেল্লে॥

তনবা মপীঙাবু অৱা হক্লা শোক্লরবদা নোংবান্ পোম্বী লুৱাউবনা সয়েং মপা তম্বা, লৈনুং খোংফাং অতোনববু মালেম্ ফুবাক্ নম্লা নাতোন্ কুরোন হুনা শমু খুৎনা নল্লে। নোংবান্ মশুমাংদা পরৈ লানকা শা শমু তুংদা লৈরে। লৈনুং থোঙাবেনগী মশানৌ লৈরাংও অতোনবদি কোরৌ নুংশামৈদা থৌদু নুংনা নন্না কোরৌ অচু লাং, ৱাংবন্ অশা খাংনা লৈহল্লে॥ নোংমান্ মশুমাংদা ৱায়রা মশা ওই। হুইয়েন্ মরান্ ওইরে॥

তরা চবুম্ হুক্তা লাসজা ঈখুন্ য়েংদনা লৈরিঙৌদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাউবনা পাওমেল্লকএ। লৈনুং খোফাং অতোনবও নশাবী লৈনুং থোঙারেন্ অহনবনা মোমনু তালোই ইরুম্বীগী থব্রাই মীরাংপান্না হল্লকত্রবদি (হলব্র ইবীরকত্রবদি) লৈনুং খোংফাং অতোনবা নংদী ব্রায়রা ঈশশনে। হুয়েন্ ইরাননে।। মোম্নু তালোয় ইরুম্ অপাম্বীনা হাউসি মংথিংনোং শিংপাক্ পাউহুনবা খুনুং পাউতাকপা ব্রাংলেল্ পুংহৌবদা অমন্ সিথিন্নুংদা য়াংলৌ মংকা মরান্বু ওইনগে। খোইমা নমায়লৈ, য়ামচেং ননম্ মুক্কনো ব্রায়রা ইশানৌ। হুইয়েন ইরান্ ওইরে। নয়ুম্ কৌবা মশুমাংদা নশানৌ ঐবু কোরৌ অচু খাং ব্রাংবন্ অশা লাংনা থৌখামলে হায়না ইশাবী লৈনুং থোঙারেল্ অহনবদা ইদাইরেম্ নোংদা চীংখন্য়াং লেরা অচোন্ববু পাওমেনহনগে।।

হে শাবী ইবুঙো তাবীও। ঙাইবিখিও হায়না পুরুমজখিয়ে হায়দবরা। ননদাইরেম্ তয়ুম্ ইব্রাক্মানা সৈথিরক্কে। খম্লুং খোংফাং অতোনবানা নোংবান্ কৌবা মশুমাংদা চাকতাবা শাবী নোংদা চিংখনয়াং অতোনবা নংবু লাউও হায়না পাউকৌখিয়ে হায়দবরা।। হে লিক্লায়ও লৈনুং খোংফাং অতোনবনা কোরৌ থোইনায়েংনা পাউমেনজরকএ। নোংদা চীংখন্ য়াং লেড়া অতোনবা তাবীয়ো ইশাী লৈনুং থোঙারেল অহনবদা পাউমেনবীরুও। নশনৌ ঐদি নোংবান্ মীরান ওই লুব্রাং মীশা ওইরে। সমু তুংদা হন্না হন্না খুদোপ য়াইচা য়েৎলে। কোরৌ নোংশা মৈদা থৌদু নুংদা ননা হুইয়েন্ লানশারে করিগী নোংবান্ মীতু মুল্লুবনো। থব্রায় মীরাংপানবু হলব্রাইহনবীরকও অসুম পাওমেনবীরুও হায়রবদা। নোংদা চিংখন্ য়াং লেরা অতোনবদি খুৎফাং লৈচেং ফম্না হোৎ লৈমু তুংহন তুহননা লৈনুং থোঙারেন্ অহনববু পুনেমজখিয়ে। খম্লুং ঈপী পাইনা পাউতমজখিয়ে। খোয়ুম্ থোঙারেন্ অহনবনা পাওহংলক্য়ে।। ইদাইরেম্ নোংদা চীংখন য়াংও ইশানৌ খোংফাং অতোন্বগা ইদাইরেম্ নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবগা চাইনা খোংফেননবু উরকপরা হায়রবদা। নোংদা চীংখনয়াংনা লৈনুং থোঙারেন্ অহনবও নশানৌবু নোংবান্ মশুমাংদা

ৱাইরা ইশা ওই হুয়েন্ মীরান্ ওইবা সমু তুংদা লৈ, খুদোক্ য়াইতা য়েৎনা কোরৌ নোংশা মৈদা থৌদু নুংনা নন্না তরা তাথুংদনা নোংথোইনরে।। সশানৌগী কোলোয় মচিন্মেনবু তাবীয়ো। ইশাবী লৈনুং থোঙারেন্ অহনবনা শমু নখোং লেংবীরক্লোয় হায়রবদি নোংবান্ পোশ্বী লুৱাওবগী তালোয় মরুম্বীগী থৱায় মীরাংপানবু হল্ৱাইবীরকও।। অমন্ খাঙেন চন্না ঙাইখমজরিয়ে। নশানৌ ঐদি নোংবান্ তালোয় মরুম্বীনা হাউসি মংথিংনোং থাঙ্ঙা লৈরেন্ চনবদা হুইয়েন মংকারানবু ওইনগে হায়রে

অসুম্মা লৈনুং থোঙারেল্ অহনবদা পাওমেনজরবদা খম্নুং নিনতুম্নিননা শমু খোংবু থিন্না মীকপচরে। হায়দববা হৈ লিক্লাইও লৈনুং থোঙাবেল অহনবনা চিংনা খম্নুং পুম্নমক্ হুপনা পাওমেননখি। ইদাইরেম অথৌ লিচা হেপ্লা অখম মীপোকপা অথৌ লাংকোনবা কনা লৈবনো।

ইশানৌ লৈরাং অতোন্বগীদমকপু কারোং খুৎকুম্ লাকও হায়না পাওমেল্লবদা মদাইবেম্ খম্নুং বাপীহাইবা পাইমা লিনতাং শাংবনা চিংনা পাউখুল্লকএ। ইয়ুম্ খম্নুং লৈমাবা ইবুঙো তাবীয়ো। খম্নুং ইপুং মাইগী কোংয়াং ৱাচিন চাওগুম্বদি নশানৌ চীংখোং য়াইমবা খম্নুং লমকেৎপা পাঙ্গন্ মপা তম্বদুম্ নোংবান্ মতিক্লে। লুৱাং মপা চাবনে। হাযনা ৱাকৎলবদা তোইগীদী ইশানৌ চীংখোং য়াইমবা ৱাকলেন্ তোংযাইগীদী নংবু লাকও।। নশাবী ঐদি কংলৈ পুংফাবে শুমাই ঙখিল্লে। পুংলাং উহৌবে। থেরেবা ফালে। শমু ইখোং লেংফবোযয়ে। ইশানৌ লৈরাং অতোনবগীদমকপু লাংবন অরোনলুক্ চোংকুম মনাউতোনকুম্বব চেৎনা চান্না লনশিংবীরুও। নোংবান্ পোশ্বী লুৱাওববু শমু তুংদা লৈ খুদোক ঙাইচা য়েৎ শল্লাং তারৈ তালৈনা পরৈ লানকাশারকও।

খম্নুং পুম্নমক্লা চীংয়া থেনখেৎনা লময়াই কাইখিল্লে। নশাবী ঐগী তালোই ইতু মুল্লেয়ে কল্লকএ।। ইশানৌ চীংখোং য়াইমবা নংবু হুইয়েল লালহৌথিল্লগনো হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবদা হুইয়েল লাল হৌখিয়ো।

তন্‌বা খোইমা নমাই লৈগনো। নশাবী ঐবু শমু উখোং লেংশি হাইববু নশাবী লাইরেন্ তাউরোইনাই, তুবী য়াংয়েকতবনা কোড়ৌ নোংলাংপানগী লীক্লা পীশিনয়াইগুম্না য়ারেল খোংকাংনুংদগীবু থারকএ। চীরেন্ মাগী লাংয়েন্ থক্তা লৈনুং য়াবীলোক চখা নুরেন্‌বী লেয়াম্বী, নুয়াম্ শাফবীদী নিংথৌ লকপু শায়োন্‌বা লৈমা অহুমলকপু তানফংবীনা লীক্লাই তুবী ইয়োই নোংদা লাইরেন্ পাখংববু নমু পোংবু ওইনা পোইরৈ মীমাং ফাক্লগে ইনুং শোয়াইমা নোংয়াই শোয়বা য়াতা মাদা লোক্লৌ শানা কোন্না নাউয়েকএ য়োইবু মহকচাংদগী খোইনৌবা মতারোয় য়ামচেং মফেৎলেয়বু উনবী পুক্লিং মান্না মান্না নুংশি য়ব্র া খোম্থং খোনথংননা মচেং হকমা ওইবী য়োইবু খাম্বী ময়ায় লৈমা তম্ফা লাইচা ইমাবী য়োইহে মালং হুম লেনলৈমা খোইনৌ লোইদাম্ থা মপী ১০০ (চাম্মা) সায়োন্ কোরৌ নুমিৎ লৈমা, মালেম লৈপাক্ লৈমা কোরৌ নোংওইবী খোইনৌবা ইতাও। নখোং খোঙ্গুন্ থিখংদবী। কোরৌ নুমীৎ তরেৎ মানা নোংলেন্ লাইজা মাবু লাইজা ইপাল লাং।। ইমু ময়োন্ শৎনা নোংদা লাইরেন্ পাখংববু শায়োল্‌হনগে হায়বগী তরা চাতংদা শংহলৌ য়েনমাংতা কোঙা য়েনসোইতনা কোকচা চামজখিববু নুমীৎ শিংবুম্ থেক্লা শীংথাববু খম্লুং ব্রাকাউতরিয়ে হায়না পাওমেল্লবদা মানবী খুৎতপনা মুকমু লৈতোন্ কোন্না ব্রাকৎচখিয়ে। শাবী ইবুঙো তাবীও নদাইরেম ঐদি চুংলোং ইনম খাংবু করিনা ওইয়ো হায়বনো। অসুম্না ব্রাখৎচরবদা হোয়দা শানৌও। কোরৌ চিনতুম তিনবা ব্রাংপন্ মংতুম মংবদি চুংলোং ননমখাংবু ওইনৌও। নোংলেন্ লাইজা ঈমাসিনবু তিমেন নখুৎসু ওইনখিয়ো। থাংলেন্ নখুৎসুদি নশাবী ঐগী থাংলেন্ ইখুৎসু ময়ি য়েকতৈবা থাংলেন্ ওইববু শমু নখুক্তা থুমবিরে। শানৌও।। উনবীনা থীনাইও, শানৌ লৈরাং অতোনবগীদমকপু লাংবন্ অওন লুক চেন্‌গুম মনাও তোনগুমববু লমন্ শীংলুও হায়না লুকা লেমবগা চোন্‌না লনশীংবীরুও। হয়েং কৌবা চীংলেন নোংকা শোইরবদা হুয়েল লাল হৌখিয়ো।। অসুম্না পাওমেল্লবদা মশাবী লৈনুং থোঙারেল্ অহনবগী কোলোয়

মপাওমেনবু তারবদা থৌথোকখিয়ে হায়দবরা।

হে লিক্লাই ও কৌবা চিংলেন্ নোংগা শোইরবদা মশানৌ মপল লাইরেল্ হুমচাওবনা নাওপোকপী পলেম মমা মালেম লৈরেন্হনবীনা শাৎপীনা মশানৌ চীংখোং য়াইমবা লৈনুং থোঙালকাবগীদম্ তরা লুকমায় শেম্ শারেন্ ফাহাপ ফাহাপ্পনা, হৈরাং অশং য়েং তাউজিং অমুনবা খন্না মশাবী লৈনুং থোঙারেন্ অহনবগা তরা খুৎপুলনরবদা মশানৌ চীংখোং য়াইমবদী থেৎতাঙ চরি খম্, পাকলৈ ঙৈচা য়েৎ, লাংমৈ পুংগা চিন্ শংতিং লানচৈ থেৎনা কোকলেন্ লুফম্ হেল্লে। মশাবীগী খোয়ুম সনা মখোংখাদা চুকলেন্ ঙক্তা হুক তিমেন্ খুৎতা শুনা থাংলেন্ নামৈ য়েপ্পা লৈনুং থোঙা লকাবনা মশশবী লৈনুং থোঙারেন্ অহনবদা ৱাহমজখিয়ে॥

খম্নুং পুন্নমক্লা হুপ্পা য়েংনরবদা, মশাবীনা পাওমেল্লকএ। ইশানৌ থোঙালকাবাও নংবু নোংবান পোনবী লুৱাওববু সমু তুংদা লৈ, খুদোপ নাইচা য়েৎ নোংদা লৈনালৈনা শানশারকও। অখম্ মীপোকলকও। অথৌ লাঙ্গোললকও। অসুম্না লনকুবীরবদা মশাবী মতৈ লৈমনা শানৌ থোঙা লকাবা নংগী লাবা সলাই বৈরে। পাকলৈ সলাই খোম্ববু চুনদে সানৌও কল্লকএ। অসুম্না পাওমেল্লবদা খোয়ুম ইশাবী চীনকোই মপাও মেনগীবু নোংবান্ থুমবী মৈমাংচল্ শাইবু মৈতান্ পক্লা হুইয়েল্ লানশারক্কে হায়না পাউমেল্লবদা।

লৈনুং থোঙারেল অহনবনা ইদাইরেম লেরা অতোন্বা নংবু লাউও হায়না পাউকৌরবদা তয়ুম লেরা অতোনবও। ইশানৌ লৈরাং অতোনবদা পাওনেঙম্মো। নশাবী লৈনুং থোঙরেন্ অওন লুক, চেংকুম্ মনাউতোন্গুম্ববু চেৎনা তাননা লন্শিংলুও হায়না মশাবী চীংখোং য়াইমববু হুয়েন লান হৌরক্কে হায়না পাউমেল্লমও। তয়ুমও। নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবসুং খোইমা মমায় লৈ, য়ামচেং ননম্ মুক্কনো হায়ঙম্মো।

তালোয় মরুম্বীগী থৱায় মীরাংপানবু হলৱাইবীরকলোয়য়ে। ঐবু অৱ াং কোরৌ নোঙ্গাদরিয়ে। লেমচিং মৈরা মুত্তনা খম্লুং খুৎনিংথৌবু ওইরিয়ে হায়রুও হায়না লেরা অতোনববু পোইরৈ খুনফাওখিয়ো হায়না থৌশিখিরে।। মশানৌ চিংখোং য়াইমবসুং খম্লুং মথোং চিন্দগী হুইয়েন লান্ হৌরক্লে। লৈনুং থোঙারেল্ মশানৌ থোঙা লকাবনা খম্লে মিনুংকোনগীবু ফাওরক্লবদা অসাইঙৈগী নোংদা চীংখন য়াং লেরা অতোনবনা শমু মাংদা চৎপা খম্লুং পোনতে পাওহনবনা নোংবান্ মশুমাংদা মালেম্ খুনফাওরকপবু নোংবান পোনবী লুৱাওবনা মীৎয়েং শানখৈরবগী মোনু তালোই মরুম্বী, অমন খোকঙেন্ চল্লিবীবু সরেল্ য়েৎনা কোন থিক্লেন্ থাগা ফুনা কোরৌ থোয়না য়েংনা মোনু তালোয় মরুম্বীগী থৱায় মীরাংপান্বু খম্লে মীনুংকোনকীবু হলৱ াইবীরকপরা হায়না ঙাইখমচরিঙৈ। খুনবী য়াংলিসা লেড়া অতোনবনা শাবী নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবও খম্লুং কোলোয় ময়াথংনে, মোমনু তালোয় মরুম্বীগী থৱায় মীরাংপানবু হলৱায়বা ঙম্লোয়য়ে। খম্লুং ঐবু নোংগাদরী, করিগী তালোই ইতু মুনগে হায়বনো ইশানৌ খম্লুং থোঙা লকাববু হুয়েল্ লাল্ তারুও থৌশিরকএ। নংবু খোইমা নমাই লৈ, য়ামচেং ননম্ মুক্কনো। কোবৌ নোংনা য়েং মালেম্ লৈনা খংসুনো হায়না পাওমেল্লকএ হায়রবদা। নোংবান পানবীন্নবা মপারী লুৱাং পোম্বী লুৱাওবদি ওক্লেন কাচক্ হৌ নিংলৌ মথিন্ নাইনা তেমশিংখিয়ে।। ঐদি লৈনুং থোঙারেন্ অহনবগকী তালোয় মুল্লুদে। ইমান্ কৌবা মপু নিংথৌগী মমোম্লোয় কৌবা লোক্লে কুম্না লৈরাং মতোম্ শাৎপীবু চেংলুক কংকোয় শু কাউরেল শলফাং হোই। মল্লা মশিং থি হৈরাং লুথোং পুনা হোইথিজরুবনে। করিগী তালোয় ইতু মুনগে হায়বনো।

কোরৌ মচিন্ পান্দরবরা, মালেম্ ময়াদা পান্ননা ইপিঙাবু ৱ াচুমসনো। খম্লে কুম্বা তারবসু ইপীঙা কুমীন্নসে সৱা তাল্লবসু ইপীঙা তানমীন্নসে। তাইবং মালং কানা খম্‌কোন ময়াই লৈবসুং ইপীঙা লৈমীন্নসে চীংঙুবা ইরাইবক্ য়েংনরগে।

নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা পাওমেন্জরকএ। লৈনুং থোঙারেন্ অহনবগী মশানৌ য়াইমবা থোঙা লকাবও। নখুৎসু থাংলেন্ মনিন নাইবা তিমেন মরাং হৌবা নশাবী লৈনুং থোঙারেনগী মরনকু পুম্নমত্তি অরেম্বনে। তাইবং নোংশাপানদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবগা শয়েং থৈনবা পাম্বোম্ ঙানবদা খুৎলায় পাইরবদি চীংঙুবা নতিক্ লৈররোয় খোয়ুম্ নয়াই খংলরোয় হায়না নোংবান্ পোনবীলুব্রাওবনা মপাও লাউরকপবু তারবদা লৈনুং থোঙারেনগী মশানৌ চীংখোং য়াইমবা লৈনুং থোঙা লকাবনা শমু খুক্তা পাইরম্বা তিমেন্ মখুৎসু থাংলেন্ নাম্মৈ য়েপলম্বসু মালেম্ লৈবাক্তা হুনতোক্লে।।

তম্বা কাচক্ হৌ, থিংলৌ মথিন্ নাইনা নোংবান্ মীনম্বা নংবু য়াংনা চোংথোরক্লো হায়না পাওকৌরবদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা মোমনু তালোই মরুম্বী, অমন খাঙেন্ চন্না চরৈ মাইখন্ নুংদবু চিংনা য়েংনা পাওমেল্লকএ। মোমনু য়োইবু নাই পেম্মা নংবু চরৈ য়াকু নুংদা য়াতাঙম্মো হায়রগা নোংবান্ শয়েং পানগা তিং লৈপুং কোয়চা লাউবা তানা চরৈ ফাসেৎননা হাওমুকনা লেংফাই চন্ মোংবা তাচিন্ খুরৌ য়েৎনরে। তনবা মপিঙাবু লাইরেন্ য়োইমযাইনা খেন্কারকপা নোংপোক্ মঙান্ নাই, থাওবীলোকমাই হেন্না শদু চীংলাই ঙাঙৈগী মখৈবু তন্বা মপিঙাবু খ্বাং পমশিং কোন্না কোরৌ নোংলাংপান্দা ফীবুন লেপতম্ হুনগুম হুন্নরে। শয়েং থৈনবা পাম্বোম ঙানবদি পাথৌবা ইপীঙাবু সয়েং হেন্নতা পাম্বেম্ থোয়নদবগী, উফুল্ নৌংলৈ হৌবনা চেংলৌ মিৎথোং মল্লবগী পাখং শমখোং চারন্ ঈ, লোক্লৌ নমখুম ঈ, চুবা শইতং ঈ, থবাক চেংচম ঈবু লাইজা ইরম তেন্না ঈপীঙাবু অব্রা শানখৈ নিক্লে। নোংবান মশুমাংদাসুং হাওমুক লেংফাই চন্নবগী উফুন্ নোংলৈ হৌবনা খুকউ তাচিন্ য়ৌ, নুমীৎ ৱাংনা কা, খাপি তলায় ওন্ মীরেন্ চেপ্পা হাইগে তৌগুল্লবদা মশানৌ খোংফাং অতোনবনা পাওমেল্লকএ। শাবী ইবুঙে তাবীয়ো নোংমান্ মবৌ চাওবনে, পাইমা নবুক্ চেৎলো নশানৌ ঐবু চীংঙু

লাইবক্ থিরবগী নোংবান্ মরাল ওইরে।। কোরৌ নুমিৎ নিনি শুনা তরা চাকথংদরে, শমু খুৎনান্ থোক্তনা মালেম্ ফুবাকনগনি, পাইমা নবুক্ চেৎলো হায়না অসুম্না পাওমেল্লককিয়ে হায়দবরা। তনবা নপিঙাদী অৱা হুইরাং শোল্লবগী লাইজা ইচীক্ হুল নুমিৎ মমি লোৎকে তৌগুন্নবদা খম্নুং থোঙা লকাবদি শমু খোং নান্থোকপদগী নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবনা মালেম্ কুবাক্ ফুবাক্লনা চীংথুরে। নোংমান্ কাচক্ হৌনা শম্লাং তারৈ তারৈননা শমু তুংদা লৈ, খুদোপ য়াইচা য়েৎনা হুইয়েল্ লালশরে। নোংবান্ পোম্বী লুৱাওবনা পাওমেল্লকএ। নশানৌ নচীন্ ননাওবু মোনু তালোয় মরুম্বীগী থৱায় পীরাংপানবু হলৱাইবীরকত্রবদি হয়েং হাওসি মাংথিংনোং চিংপাক্ পাউহুনবা খুনুং পাওতাকপা নোংদা হুয়েল্ মংকারনবু ওইনগে খোইমা নমায় লৈ য়ামচেং ননম মুকফরোয়য়ে হায়না কুরাও হংগা চন্না নুংথোইনবে হায়দবরা।। খম্নুং খোংফাং অতোনবগা থোঙাক্ লকাৱগা শানৌ মচিন মনাওনা নোংবান্ কবম মীশা ওই লুৱাং করম্না মীরান্ ওইশিবনো। শানৌ ইপীঙানা নোংবান্ কৌবা মশুমাংদা কোরৌ থোইনা য়েংনা নোংমনবা অসিবু ইশাবী লৈনুং থোঙারেল্গা শাবী ইতৈ লৈমা লাইখুরেম্বী লাইরেল্ হুমচাওবনা পোকপীগা ইশাবী অনীমাদা কবম্নবু খমনুং পোনতে পাওহনসিবনে হায়না পাওমেনববু নোংমান্ তৌবা মশুমাংদা চাকতাবা নোংতা চীংখনয়াং লেরা অতোনববু থৌনেকখিয়ে। শাবী খৌরৈ য়েৎপুরোস ইবুঙো তাবীয়ো। ইশাবীলৈনুং থোঙারেল্ অহনববু তাকপীরুও হায়না পাওমেল্লবগা খুনবী য়াংলি শানা পাওখুমখিয়ে। চিনকোয় নখোয়গী নচিন মেন্ নুংশি কোলোয়না ৱারেপ্পবু করি মের্নবীরুও হায়বনো হায়রবদা। হে ইবুংঙো তাবীয়ো। নশানৌ অনিমত্তি নোংবান্ মশুমাংদা ৱ য়রা মীশা ওই হুয়েন মীরান্ ওইরে। নোংবান্ পোনবী লুৱাওবগী মোমনু তালোয় মরুম্বীগী থৱাই মীরাংপাল অতিংঙাবু হলৱাইবীরক্লোই হায়রবাদ নদাইরেম্ ইপিঙাদি লুরক কাং তৈ থি খৌনাও লোনথোং লেন্না নোংহামও হায়রে। নোংবান্ মশুমাংদা কোরৌ অচু খাং ৱাংবল্ অশা লাংনা

নোংথোয়নরে। ইশাবী পরেমবী মচা খল্লেনুং লৈমাবা নংদি মালেম লৈবু খোন্না হ য়ুয়েল লাল্ হৌবীরকও।।

ইশাবী নংনা শমু নখোং লেংলক্লোয় হায়রবদি কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীগী থব্রায় মীরাংপানবু হলব্রাইবীরকও। নশানৌ ইপীঙাদি কোরৌ নোংদা কাগে কাঙম্দা, মালেম লৈদা লিংকে লিংঙমদনা চেক্লা শাগন্ তুফাং লিংনা শাবী সনা নখোংখাদা করম্না পাইরক্কদবনো।। কল্লকএ।। শাবী নংবু পল্লেমবী মানে খম্নুং ব্রাকাও হৈগীনো। ইশাবী লাইরেল্ হুমজাওবনা পোকপী অব্রাং নোংমতোনগী মালং মথোংচিন্দা খোয়ুম্ য়োইকোন্ নুংগী খুনকুম্বী মালেম্ লৈখারেন্দা য়োইহৈ মতোম্ থৌরাংবী নংবু চেংলৌ নশক্ উদা নুংশি মখৈ লৈতা তরা চবুম ১বু হুত্তনা নুংথোইরে। ইশাবী অব্রাং কোরৌ নোংমতোনগী খুনকাবা খোয়ুম্ থব্রায় য়াই মরুশীদবগী খুনকুম্বা নংবু পুন্নুং লেপখাংদনা করম্না নোংমনসিবনো। হায়না পিরেম খাকমা তা, হেকমাই মপাও চাওনা কোলোয় ইপীঙাগী ইচিন মেনবু অশুন্না পাওমেনজরকএ হাযবীরুও। নোংদা চীংখনয়াং লেড়া অতোনবা ইবুঙো নংবু য়াংনা খম্নুং ওন্তে পাওহনবীরুও হায়না থৌনেকখিরে হায়দবরা। নোংদা চিংখন য়াং লেড়া ওতোনবনা খুৎফাং লৈচেং ফম্না হোৎ, লৈমু তুংহন তুংহন্না খম্নুং য়াংলৌ মবমলেনবু ইতানখিরবদা লৈনুং থোঙারেল্ অহনবগী যুম্বী পাইনা পাইনা ব্র ইথুংলুরবদা। লৈনুং খুন্নিংথৌ মালেম লৈকোয় ঙাকপনা পাওহংঙস্মে।

নোংদা চীখনযাংও ইশানৌ শীংলেন্ মথোৎ কারকপা থোঙা লকাবনা ময়ুম অবাং পোইবৈ মনিন নাইবগী নোংবাল্ পোনবী লুব্রাওবগা তনবা মপীঙানা চাইনা খোংফেনননবু পুরকপরা হায়না পাউহংববু নোংতা চীংখন য়াংনা পাউখুল্লকএ। লৈনুং থোঙারেল অহলবা ইবুঙো তাবীয়ো।।

নশানৌ পমেলবী মচা অনিমাদি নোংবান্ মরাল উরে, লুব্রাং মীশা ওইরবগী শমু তুংদা লৈনা পরৈ লনকা শা শম্লাং তারৈ তারৈননা খুদোপ

য়াইচা য়েৎনা হুইয়েন্ লানসারে। নোংংবান্ মশুমাংদা কোরৌ অচু খাং, ব্র াংবল্ অশা খাংনা তরা চাথুদনা পাওমেনজরকএ। অসুম্না পাওমেনজরবদা লৈনুং থোঙারেল অহনবনা উনবী মখোয় শাওনা পাওমেল্লকএ। লৈনুং মনিল্ নাইবা নখোয়বু লাউও।। হায়না পাওকৌরবদা ময়ুম্ খম্নুং পুম্নমক্না করিগী নোংবান মীতু মুলবা ব্রাগী নশানৌ পলেম্বী মচা অনিমাদী নোংবান্ মীশা ওই লুব্রাং মীরাল ওইখিবনো।। হে ইবুংঙো খম্নুং লৈকোয় ফম্বা নংবু খোয়ুম্ নঙাইরোই চিংঙু মহিশাং পুম্নমক্পু ইকায়দবরা। কল্লকএ।। অসুম্না পাওমেল্লবদা লৈনুং থোঙরেল অহলবনা খম্নুং ইকায়ব্রাগী খোংবী লৈখৈ য়েংনা পাওমেল্লকএ ঐদি খম্নুং মখোয়বু তাংজ ইকাইয়ে। হয়েং কৌবা চিংলেন্ নোংবান্ সোয়রবদা সথোংহলৈনা ঙাল্লকলবদা হুয়েল লাল্ হৌখিয়ো। ইশানৌ তুমবী অঙনবা লাইরেল্ অরেম্বানা পোকপী নপল্ লাইরেল্ হুমচাওবা পাইম্না সনা লিন্কোয়নুংগী নংবু শংলৌ থৌরাংও য়েলাং নঙম্ তম্ববু থৌরাংঙো।

লৈনুং ইপাক্ খোম মালেম লৈহৌখোম, ইমা মালেম লৈরেলহনবী চখা খোংচোমনুবীবু নুংমা খুক্তা থা, খোল্লাং অনি লোংবা, খোল্লেন পিশিনতোম্বদা ইদাইরেম লৈনুং য়ুঙানবা শম্ভোং হাথয়ু য়োইময়াই তাউদনবা খোইরেনয়ু লাইরেন্ নোংচুপ লানতাইয়ু, থবা মনিং থৌ, হুইয়েল, চেংচা লোংথা পানফবা য়ুবু ইশানৌও, হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবদা হাওতৈ খোমখাল্লো। তরাবু পুরেমও। হায়রবদা লৈমা লাইখুলেম্বীসুং শাকু ব্রালোং তৈ, হাওমল, শিংকুপ তৈ, থিংবা লাপেংশা, খরি খোমগা হাল্লবদা, খম্নুং থোঙারেল্ অহলবসুং চরৈ মঙাল নাইববু শংতিং লান্লৈ থেম্ কোকলেন্ লুফম্ হেন্না, লানপোৎ মঙান্ নাইরবা হাব্রমলকএ। হে ইমা মালেম লৈরেনহনবী নংগী শমু নখুৎসু কোরৌ চুমিংতাও ব্রাং৺ল নোংমিংতাং অব্রাং মরোন্ ফালবা, থাংলেন্ নখুৎসু ঙাংত্রং তরংবা মিরাংথাং, কজেং নোংথাং লৈমা মশায়োন্ তিমেন্ নখুৎসুসুং তুবীয়োই নোংদা লাইরেল পাখংবদা লনকু পীথরকও। নোংবান্ থেংনরুগে। লুব্রাং ঙানরুগে হায়না পুরুম তাইশিকচরবদা

মালেম্ চনিং লৈখারোন্দা নোংশাবী মরনকুবু কুবিরবদা মরোং ঙক্তা হুক্ তিমেন খুক্তা পাইনা থাংলেন্ নামৈ য়েপ্লে।। মশানৌ অনিমক্কীদমকপু লাংবন্ করোং খুৎকুমজে হায়বগী কৌবা শোইফম সোয়দা চীংলেন্ ঙানতুম ঙান্দনা খাখোং ঈমরু, লাইখোং লম নামুং, লাইজা মরু, লাইখোং লম নামুং, লাইজা মরেংখোং, মালং নোংহুম্ লমবু নাতৈননা অসাইগী খুনবী সলাই য়াংলৈগী লেড়া ততোনবদবু পাওমেনখিয়ে।

শাবী নংদি ইশানৌ অনিমক্তা পাওমেল্লুও হাইনা থারক্লবদা শাবী য়ামাতোন্বানা মশাবীগী চীংকোয় ময়াথংবু মশানৌ অনিমক্তা নশাবী লৈনুং থোঙাবেন্ অহনবনসুং হুইয়েল লাল হৌরক্লে হায়না পাওতাকখিয়ে।। নোংবান্ পোনবী লুৱাওবসু তালোয মকম অপাম্বীগী থৱায় মীরাংপানবু হলৱায়বীরক্কবরা খংদে। খম্লুং লৈমাবসুং হুইয়েল লাল হৌরক্লে। খোয়মাই নমাই লৈ, যামচেং ননম্ মুকনো হায়না পাওতাকলিঙৈদা লৈনুং থোঙারেল্ অহনবদি থোইনু অহোংবী যাতাশল্ পাওরল্ মাইপাকপা মাননী চীরুকপপু শমু চোংলেই খোংলোইননা কোবৌ কুপতুম কুপ, চেংলৌ মীৎপু লংনা নোংবান্ মশুমাংদা হুইয়েল লাল্তাবক্লে হায়দবরা ।।

নোংবান্ পোনবী লুৱাওবনা তালোয় মরুস্বীবু হলৱাইবিবক্কবরা খংদে হায়না পীরেম খাকমা তানা শমু লেংলোয়তোন্ অতিংঙাবু শরিক্ খিং খিং চরৈ মাইখননুংদা অমন্ খাঙেন চন্না নোংবান্ পাংমিন্নবা মপাবীনা ঙাইখমজরিঙৈদা লৈনুং থোঙারেনদী কুপতুম কুপ্না লংতুম লংনা, ঙানতুম ঙান্না, সাতুম্ শানা থোক্লকপবু মশানৌ পলেমবী মচা অনিমানা মালেম লৈবু পাই, পিরেম খাকমা তানা পুরুমজঙম্মে।

লৈনুং থোঙারেন্না মশানৌ অনিমক্কী চেংলৌ মশক্ য়েংনা নুংশিখিয়ে। পুনুং মরেপ য়েংনা নুংওল্লবগী লৈনুং থোঙারেল্ অহলবনা ওক্লেন্ তোমচৎপগুম, কাচক্ হৌ, সয়েং পাম্বোম তিংনা য়ারেল্ খোংখৈ চিক্লা

পাওমেল্লকএ ।।

নোংবান্ মীতু মুনবা নংবু লাউও। খোয়মা নমায় লৈ, য়ামচেং ননম্ মুক্কনো। ইশানৌ অনিমক্কীদমকপু নোংবান্ নংবু খাম্বী মৈমাংচল শায়বু মৈতান্ পক্লা হুইরেল্ লালশিং মুৎনা পঙ্থেংনগে হায়না পাওমেল্লক্লবদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা খোয়ুম্ মতিক খং, চীংঙু মঙাল খংনাসোং কিখিয়ে।। নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা উন্বী লৈনিং শিংনা হাওমরে লৌনা পাওমেন্জখিয়ে।

নোংবান্ ইসুমাংদা সাতুম্ শানা থোক্লক্পা নংবু কনানো হায়না পাওহংজরবদা। লৈনুং থোঙারেল্ অহনবনা পাউখুমলকএ। ঐনে মালেম্ লৈখারোলগী খুৎনিংথৌ সব্রা কংলৈ পুফাবনে। ইশানৌ অনিমকপু করিগী কোড়ৌ অচু খাং, ৱাংবল অশা লাংনা কোরৌ নোংশামৈদা থৌদু নুংনা নন্না হুয়েল্ লালসা ঙম্বনো কল্লকয়ে।।

নোংবান নংবু থোক্লকও তনবা ইপিঙা ঙসি কোরৌ নুমীৎসিদা চাইনা খোংফেংনসে, মরোং চুংফুনসে, খোক্লাং পমশিৎনসে, লৈনুং ঐবুসুং নোংবান্ নংবুসুং কোরৌ নোংনা য়েং মালেম্ লৈনা খংসুনো কৌবা নরম্ খৈনা ব্রাচুমসনো। মোমনু তালোয় মরুম্বী লৈমা লাইনাও তাবীদী ঐগী ইশানৌ চীংখোং পোইলৈতোনগা হিংনা চাবা মরম ১০০ মুন্না চাবা মরম্ ১০০ পুনা ব্রাঙম সিলহনখিববু পোইরৈ সিবুম হৈরাং মতা নরুমহৈ, সন্থোঙ খুলাই তরেৎ মাবু তায়বং নোংশাপান্দা শিনবী শাবীরুও হায়না থৌশিখিবনে। ইপারী অব্রাং কৌবারূ অসুপ্পগী মমোম্ কৌবরোন্ নামোইনুদি তালোই নরুম্ অপাম্বী করম্মা ওইরম্বনো।। নোংবান্ লৈরাগনো। লুব্রাং ওল্লাগুনো হায়না লালশিংলবদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা চীংঙু কোলোয় ময়াথং তারবদা নোংবান্ কৌবা মশুমাংদা চোংথোরক্লে।

খুৎফাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না য়ারল্ খোংচিক্ মতায় কাং মুকমু লৈতোন্ কোন্ মালেম্ থৌলৈ লৈবু পক্লা পুরুমজখিয়ে। হে খোয়ুম্ লাইনিংথৌ

খমুং থৌদু নুংশেংবা, চেংচা লাল্ওইবও থৌদু নুংপাক্ থক্তা লিচৈ তেরান্ ‌‌ুনা খন্নে মিঙান্ থোক্ সবেল্ মীসৌ লাংববু তেশল্হৈবও। তালোয় তুপুম্ খায়, থংলেল্ ৱাপুক্ খায়বসু নংনে। তাইবং নোংশাপান্দা নুমীৎ থা পালহন্বসু নংনে।

তালোয় খচিক্লা, লুপলেন্ খাপাংননা নপাড়ী নুংচানহৈ নমোম্ নুংওড়হৈসীতু শকপামৱা, মীমৌ তাংথাৱা, খুনথোক্ সলায় ৭মকপু খাইহৈতেম্- হৈবসুং নংনে। মালেম্ লৈখোং কায়, কোরৌ নোংখোং কাইরসুং তেমসিন তাইসি হৈবসুং নংনে।। চীংঙুবা নখোং খাবু শৱা কুমসিং ১০০ শুনা কোবৌ লানশাজববু তানফংবা ঙম্লোয়য়ে। চীংউবা নথৌজান খোযুম্ নবনকুবু চানা লাংকা মোইকুম্ববু খোইমা মাযো মায়োক্ননা তানফংজরে।। ইকুস্বী কৌববোন্ নামোইনু শমতে ঙায়নুবীবু লাংলেন ৱাপুম্ খাইগুম করম্ন া খাইদোকপীবনো। পোইরৈ শিদহৈ ৱাঙম নাদহৈদুম লনকুবিরমও। নাদাযরেম্ ঐদি চিংঙুবা নৱা য়েন্ খোয়ুম্ নথৌজান্গীবু নোংবান পাচা লিংগে লুৱাং সলায় লেপকে নোংবান্ খুলখিলও হায়না থৌতাপীবদি। পহাংঙৈবু নোংচেং ওই পাখং সংপাই লোন্তম্বা লৌকুম্না ইদোম্ পাংসোয় নিকয়ে। নুরা ঙাইখোং লংলুককুম্ ইপা তম্মে। তালোয় নাক্তা থানা ইতোম্ মকায়রম খুলখিন্ ঙম্মোইযে। লুৱাং খুললেপ্লো হায়বনো, খুল্লেপ্পা ঙম্লোয়য়ে হায়না পুরুমজরবগা খোয়ুম লাইনিংথৌনা নোংবান্ মীনম্বা লুৱাংনৱাংবও নহান্ খম্নুং কোন্তে পাওহনবা, য়াওসাবী য়ামা তোম্বদা কোলোয় নচীন্ মেন্ নুংওননবা কোলোয়না ৱারেপ্পু ৱাকৎচবক্লমবদি খম্নুং থোঙারেল্ ঐবু হুইয়েল লাল হৌরকলম্লোইদবনি। তোইগুমসুং ইশানৌ থোঙাক লকাবা চীংখোং পোইরৈতোন অনিমাদুম্ থৌদু নুংনা ননববু লৌথোকও। খম্নুং ইপুংয়াইদা চৎমিন্নখ্রগে। খন্নে মিনুংকেবনগী তালোয় মরুস্বীগী থৱায় মীরাংপানবু হলৱ ায়বীরক্লগে হায়না পাওতাকপীববদা খোয়ুম্ নংসুং সুমাই লাথাকোযগুং করিগী খোয়থানবনো। নতাইবেম্ কৌবরোন্ নামোয়নু পাইমা ঐনা নুংচংবীবু

নদায়রেম্ ঐনা কৌবা চীংদা তোয়লংগুম্ কোরৌ নোংজা খুদিংগী তোইনববু লৈমা য়াংতেন্ তাওবী শরক্ খাইগুম্না খাইখিরবনো। নোংবান্ লেপঙমলোয় লুৱাং খিনঙমলোয়য়ে।। মোম্নু হৈনা নতুং ইন্ সনা নামৈ ৱায়না খম্নুং পাথি য়াম সৱা কোম্থি হকপা চীংঙু সনা নখোংখাদা য়াংকোইজরগে। তাইবং নোংশাপানবু হুললাললম্লগে হায়না পীরেম্ লাইচী হৌ, তরং মীংলু লাইজা ইচেন্না খুতাং পীফম্ নাই পুক্লিং ইরাং হৌনা ৱাকৎচরবদা নোংবান্ পোন্বী লুৱাওবগী চেংলৌ মশক্ য়েংনা নুংওল্লবগী পারী নোংবান্ পাংমিন্নবাগী মশায়োন্ লুৱাং পোনবী লুৱাংবা চীংকোয় ময়াথংবু নুংশিখিয়ে। খম্নুং বু অবিা লুংঙে তাইবং অচংবসুং লুংঙে। খম্নুং ঐবু ৱাচিনারীও নংদি নপন্ ঐগী ইরুমপানগীবু নিংথৌ মঙারকপু শায়োল্লগদবনে। হৌজিক্ অমরকসুং লনকুবীহৌগে। মোমনু তালোয় মরুন্বী কৌবরোন্ নামোইনুসুং পোইলৈ 'দসয়েন, ৱাঙম্ নদয়েন্ চাখাবা চিংমৈশাংদা পানবা য়েন্, মরিং শনথোংচিংদা পানবা য়েন, নরাবসুং সিদয়েন, শিরবসু পুমদয়েন্ মালং অৱাংবা ঈয়োইনা য়েন, খমকোন্ অহুন্বা খোইরেন য়েন্, হুপলেন তরাং তাচিন য়েন, হুপলেন পোংপৈয়েন্, সনথোং তাইমু য়েন, অখোম্ শীংওন য়েনবু শমু খুক্তা থুম্না লৌজরো হাইনা লনকুবীরে।।

নোংবান্ পোন্বী লুৱাওবনা হৈরাং সিদববু শমু খুক্তা থুম্, চিঙুবা মায়োক্লনা লেপ্লা খোয়ুম্ মপাও তাকপু নিংশা থিংকাম থিংকাম্লনা য়াৱা খোঞ্জেন ৱাংনা কৌবরোন নামোইনু তালোই ইরুন্বী নংবু চীংঙুবা মরনকুবু কুবীরক্লে হায়না কোলোই মমিং থানা পাওকৌরবদা কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীগী অমন খাঙেন চল্লিবী চরৈ ফীবুনুংগীবু তাইবং মাক্লং কারক্লে, খমগোন্ ময়ায় লাক্লবদা অসাইঙৈগী নোংবান্ মশুমাংদা থৌদু নুংনা ননবা মশানৌ মচিন মনাওবু নোংবান্ পোন্বী লুৱাওবনা থৌদু নুংপাক্ থাংদোক্লবদা পুরুমজখিয়ে।। নদাইরেম ঐনা নমু পোংনাওতোন্ অতোনবনিনা পাঙ্গল খুৎঙম থীবা অসিবু ৱাওইবীগনো হায়না পুরুমজববদা খম্লে মীনুংকোন্দা ৱ

াঙন্‌বা, খোয়ুম লয়িংথৌনা পাওমেল্লকএ। তয়ুমও খম্লুং ওস্তেখরগে শব্রা পনকেনখিরগে হায়রবদা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবনা হোয়দা খোয়ুম্ লাইনিংথৌও চীঙুবা নতে য়াম্, খোয়ুম্ নত্তন্ হকপনিনা খংঙমদে। লাইরিক লাইশেং লোয়বদা উতি শমখোংশেং চেংহি শল্লাং খায় থৌদু নুংভাই শিংনা লৈজবা নশানৌবু হাইবীয়ো। মোম্ল তালোয় ইরুম্বীনা লাইজা ঈপাল লাংবীনা খোয়ুম স্না নখোংখাদা পুনেমজখিসুনো হায়রবদা তালোয় মরুম্বী লাইচা ঈপাল লাংবীসুং খোয়ুম সনা মখোংখাদা পুরুল্লরে। নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবদি নুংশি থৌরিৎপবু উনবী পুক্লিং চীক্লবগী খোয়ুম্ লাইনিংথৌগীদমকপু কোরৌ নোংলুম্‌পান্ তাঙৌববু লুপা লীফকথক্তা ক্লাংমোন্‌তেক থানা য়োইচান্‌নরে। মশানৌ অনিমক্কীদমকতসুং ক্লাং মোস্তেক্ থানা অনৌবা অমরক্ ব্রাকৎচখিয়ে। চীংঙুবা নংবু নোংবান্ ইশুমাংদা চেংলৌ মীৎকুপ মরমতংবু ঙাইবীখীও হায়না ফমহল্লবতা অনৌবা অমরক্ ব্রাকৎচখিবে। নদাইরেম্ ঐবু নমু পোংনাওতোন অপংবনিনা কৌবরোন্ নামোয়নুবু খল্লৈ মীনুংকোন্‌গী হলরাইবীবকপবু পাইমা পীবুক্লীংদা থাজা পুক্লিং পেনফাৎত্রিয়ে। থব্রায় মীরাংপান অতিংঙাবু করিগুম্বা নারিকবরা খংদে। হৈরাং অসং য়েং, তাওজিং অমুন খন্না পুরুমজখিসনো হায়বদা কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীনা হৈরাং অসং য়েং তাউজিং অমুল খল, থিংবা লাপেং শৎ নোইনু উমমাই ফোই ঙারোং শিংকুপ তৈ লাবোং ঙাইশিং চন্না লুক্লেন পম্না হানা মতে ঙাইনুবীনা পুরুমজরে হায়দবরা। খোয়ুম্ লাইনিংথৌনা পাওমেল্লকএ। ইদাইরেম্ নোংবান্ পোম্বী লুব্রালবগা কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীগা তালোয় তু নুংশিনা থংলেন্ মমান্ মচা নোংবান্ পোম্বী লুব্রাওবগা, কৌবরোন্ নামোইনু শমতে ঙাইনুবীগা অনিমানা লুব্রাং সলাই স্না পানচখিয়ে হায়দবরা হে লিক্লাইও হৈ হয়া, হয়ুম, হায়ুম, হয়ুম হায়না কোনসিনজরমগে॥

*ইথোকচবা -*
*ব্রাহেংবম ভৈগো লুব্রাং*
*থাংমৈবল*

# লুহোংবা (মরান য়ুমকাবা) হোংনেম্বা

- লাই, ইবোচা, মোইবাং

খোয়ুম লাইয়িংথৌ পাখংববু পুনেম্না ইজরক্কে তাথিবীগনুকো। মরাং কাওচনবা লুহোংবা হায়বদি লু, হায়ববুদি মৈতৈশিংনা হকচাংবু লু হৌই। অহোংবা অমা লাকপবু লুহোংবা কৌই। অদুগা অমনা নুপা নুপী ২বু লাই তিল থাদ্না হোংববুসু লুহোংবা কৌই। মরমদি নহাল মখৈ অঙাং নৱা ওইদুনা পল্লেম পম্লৌগী নাক্তা ওইনজদুনা কেনা মৌনা লৈদুনা লৈরমবদু হৌজিক্তি য়ুল্লেপ চারা তমদুনা মপি মপা ওইনা লৈরগে হায়রক্লে ইপা ইপুগী মীংখৈ অমদি লাইগী মীংখৈ ফংববু লাইমীং লৌবা হায়না কৌই। অহল লমলশিংনা ময়ুম মকৈ পানত্রবদি লাইনিং পরৈ চৎফদে হায়না তাকপিরমই। অদুগা লাইমীং লৌদ্রবদি ময়ুম মকৈ পানবা য়াদবগী চৎনরোন অমা লৈরমই। অদুগা কনাগুম্বা নুপা নুপীনা চেল্লবদি লুহোংবা য়াদে মরমদি নুপা নুপী ২দু হৈমন লৈমন চিংলে লাইদা মপূদা কৎপা য়াদে হৌজিক কবুই তাংখুলশিংনা চৎনরি।

নোংদা লাইরেন পাখঙবা কংলা থোল ৭ থোল্লাং মৈ লাইহুই ফলাংমৈ তোংদুনা লাইগী হুইথ মীগী তেথৎ মী লাই খাইবাতানা পাল্লে নুংঙাই শিয়োম হুক য়াইবী হোইরৌ য়ানা লেপ্লে অসুম্না নুং য়ানা ঙাইনা পাল্লববু লৈমরেল ফমথোল হাঙবদি নুংহিক্লা নুংনৈএ। লৈমরেল ফমথোল থিন্দোকসি নয়ু ওইবা মখৈনা লালুপ য়াবা লাইশিংগা য়াৱা পাউতান্নেয়ে লাইগী নুপা থিলবদি লাইদা অসুম মহায়য়ে সনাখোংনাং লৈমা নোংথাং লৈমসু অহেনবী কোলো থানী শিংথানৈ নমু ওইবা কনানা হোয়য়াদে তাইবঙ মীরক্তগী লৈমরেল ফমথোন য়াজগে হায়ববু নমু চক্তি ওইবনা লাল্লুপ লাইয়াম থিঙমদে মার্জিং মরু লুকখরে কৌব্রু মাসু থিংমদে, ৱাংব্রেন থাজিং মশিল থা নমু তাইবংনা পাইমা খৈনা

থাবদু থিজরো হায়বীরে। অসুম্না লাইগা মীগা মান্নরদুনা তাইবঙ ওইবনা লাল্লুপ থাদুনা লৈমরেল ওইবদা মতিক চাবী মশক মতৌ চঙখোনবী চনু নিঙোল থিরকপদা কৌবরোল নমোইনু মপারী লুৱাং পুন্সিবগী মচা লাইস্নাবু থেংনরে। লাল্লুপ ফমদৌ লাংদগী নমু অহল ওইবশিং লুৱাং মশাদা তেথ লাইস্নানবু লৈমরেল ফমথোল হাপনবা হায়না মপা লাশ শিংনা মউ লাই হৈরাং হৈসিং তম লৈরাং লৈহুল হললুববু নিংথৌ ঐগী ইচাদি লুৱাং চনু ৬ খোংজোমনুপী লুৱাং হাওকু শোইদা মথংলেন হাউকু পাখংশিংগা অহিং য়ারেকলুবৈ অমম থরৈ চল লৈখা তারববু কোরৌ নোংদোল থাবীকোন্দা থম্বীবা ঙম্বা অদুঙে লাইগী লিক্লাং অসুবা লাইয়াম্না মুন্নবদা কৌব্রু ঈশংথোক লোলোৎ লৈশংলেন্দা চোইনা তাদুনা মাঙখ্রববু হৈরু মশিং শুনা খোমখৎতুনা পরেং লেংলগা ইমোমগী শমু ঙকশমদা শিবিবা ঙম্বা তম্বা ওইবদো কাউজ মমল লেপ থাজগনিয়ে হায়রবগী। নমু অহল ওইবশিং কংলা মপুংয়াই থোলাং মফমলাং হরাও হরাও লাকখিদো কোলোই মপাউবু মমেঞ্জে। পাউ অসি তাবদা পাখঙবও লাইনিংথৌ ৱাবগী পন্দোম লোমখরে নমু মীহুৎথোক মানা মরল ঙমজবী ৱাফম অদুদি পাখঙবা ইতিক নত্তেদো পন্থৌ ওইবা শিংগী মাগী মঙননি। অসুম পাওমেল্লবদা লৈবাক ৱানরে লৈবাককী মীয়াম্না মপল পন্থৌদা ঙমদাইয়ু তাকপীরে। অসুমনা পাখংবনা নোংদোন থক্তা নোংনাংকোন থবী ফমথোল পুরিবা পন্থৌ মপাবু কৌদুনা লৈমাই থক্তা ওন্না থোইনা পাওমেনজে তেংবাং হিকথোংজৈ লৈমাই থক্তা মীৎকী পিনা লৈলৈনা পুকমেন্নববু মচাগী শিয়োম হুকচাংনুং পন্থৌ মানা হুইচংচৈ হুইথরে য়াৱা মপাউ মেল্লকই "পারী ওইবা নংবু কৰি অদুক নুংনাংবা নংনা ফমথোল য়ানা মরান য়ুমদিন্না থাজ য়োঞবা কৌরৌদো ৱাংলেন্দো কোরৌ নোংনাংকোন্দা লৈখ্রবা শিংনা চিংঙু খোয়য়ুমদা লৈমাই ওন্সিন্না কৎহৈদ লৈ লৈনপ লৈসু ওইহৈদবী লৈ নাপ্পা ওং নাসু চীন্নদবী নিঙোলগীদি শমজিরৈ লৈরাং লক্তা লৈরোং ওইনা কৎপদা নিংবা পন্থুং য়ৌঙমবী লৈ। নুরাগী উনবী খোন্থেমলৈ নোংপোক শেকমু পনখৈলৈ, লৈহৌ থাগী নুংশিরম লাঙ্গোল লমদা হৌরগা খুনবীরোক্তা ওংবী

লৈ হৈবোক চীংমাই ঙান্নরে। হুইয়েন লাল্লোইগী মায়োকলৈ মচ্চু ৭না তাংজবী লৈখল ১০০দা হুইথবী চীঙয়া তময়া কোনঙাকলৈ নিঙোলগী উনবী খয়োমলৈ নুরাগী পক্লিং লোক্লরে। পাখঙ পরৈ হুক্রলৈ মঙাঙ লুৱাং খুমল ৩মবু ঙমদাইবী হয়িনা শিংলেন ওই হয়ানা লোং ওই হাদা কুন্দো লৈনুংশি অসুম্না লৈরাং মাবু হেক্লগা কাব্রং লংলানা লেংনা পাখঙবগী ঙকতা লুহোংবা মতমদা হুখিয়ে হায়দব্রা।

## (য়িমচিল কাকফৈ থাবা)

*- লাই, ইবোচা মোইরাং*

য়াথং থানবগী থৌরম লৈথা লংথা থাবা কৌই। নক্লবা শাগৈশিংদা খংহলনবা ওইবা দুবু হায়না শিংনবগী ৱা লোইশিনবা অদুবু ৱারোইপোৎ পুবা কৌই। ৱারোইপোৎ পুবদা ষন পাবোৎ ১, লাইগী হৈরম লৈরম লশিং মরু ওইনা লশিং য়াম্না মরু ওই নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা নুপা অদুগী নুপী ওইরগদবনি মানা শিরবসু নুপা অদুনা থৌরম পাংথোক্কদবনি পুরক্লিবা লশিং দুনা নুপী অদুনা নুমিৎ থা চংবা য়েংদুনা চবৈ ফি শাদুনা মাগী হয়েং লুহোংবা নুমিৎ দুদা শেৎননবা ওইনা থমখ্রগদবনি। হৌজিক হৈজিংপোৎ নুমিৎতা কোইথাং থাংদুনা শান্নরি শিজিন্নফম খংদে নুপীগী শেৎনবা ফি লিক কোলনি কনা অমত্তনা চরৈ ফীমল শেৎপা য়াদে য়াম্না চেকশিন্নামৈতৈশিংনা শিজিন্নরমই মসিগী ফি অসিবু ফিসেং কৌই। ইপা ইপু অমদি লাইয়ামগী মমাংদা অমদি মপুদা শোন্দুনা কৎপা মতমদা ফিমাং চরৈ ফিমল শেৎপা য়াদে ফিগী ৱারি য়াম্না লুনা লৈএ হৌজিক ফাওবা নোংমাইখোংদা চৎনরি হৈজিংপোৎপু শুম্মাং উরোং খিনবা হায়না কৌনৈ মসিবু হৌজিক্লা হৈজিংপোৎ কৌনরে। হৈবাং লৈখল শুনা হাপ্লগা নিপা ময়ুমগী মীনা নিপী ময়ুমগীদা পুরকপবু হৈরাং হৈশু খরাই পুবা হৈজিংপোৎ পুবা হায়না কৌনৈ মসিদা য়াওগদবনি অপোকপগী

পোৎলম লমলাইগী পোৎলম হৈনিং হৈক্রু হৈজাং লৈখল সুনা হাপ্পগা পুগদবনি। পোৎলম শুদবা য়াদে নহালনোংদা পাম্থোইবীনা থাবগী ময়ুমদগী হৈজিংপোৎ পুরকপা অদু হৈরাং হৈখল শুদে হায়দুনা ইমা পাম্থোইবীনা হৈনিং হৈক্রু য়াওদে হায়দুনা লাক্তুনা লংথোকখিবা য়াম্না চাওনা পুয়ানা তাক্লি। লাননবা মতমদা নুপা ময়ুমগী মীনা মীগী ফমমেল কাবা য়াদে মীতোপনা লৈরম্মলিবা মীগী যুমগী ফমেল কাবা অসি চৎনবমদে মরম অদুনা নিপি ময়ুমগী মপানা মমাই অৱাং ওনগনি অদুগা নুপা ময়ুমগী নুপা মপানা মমাই নোংপোক ওনগনি অদুক্কী মতিক লুই হৈজিং খরাইগা নিপিগা শিন্নগদৌরিবনি। হৈজিং খবাই অদু নিপী ময়ুমগী শলাই পোকপদা কৎলগা হায়জগনি নমোম লাংলেন ইবেম্মবু পীনবীবো ঐগী ইমৌ ওইজবগে হায়না নিজগনি। নুপা ময়ুমগী শলাই পোকপনা নুপী ময়ুমগী শলাই পোকপদা নিগনি। মশিবু হৈজিংপোৎ পুবা হায়না খংনৈ অদুগা হবাই থংপাক মরু শিন্নগনি কুঠিসু শিন্নগনি।

হৈজিং খরাই পুরকলিবাশিংনা লাক্লিবা মাইকৈ অদোমদা হায়েং পিবানা (বরনা) লাক্কনি মসি লাইগী লমপানি তুবী লাইরেলগী শাথেকনি। মকোক মমৈ কাইবা য়াদে কুজা পোৎথোল পুবী অদুনা চৎখিবা মাইকৈ হোংবা য়াদে চেংপোৎ পুবী শাকোকনা পুবী নুপী অদুদি লুহোংদুনা লৌবা নুপী মচা নুপা পোকপা নৎত্রগা অঙাং নুপী মচানা পুগনি। য়েক য়াদে য়েক শলাই অশেংবা ওইগনি।

# "থৌরম তৌবা"

- লাই, ইবোচা মোইরাং

ইবাৎফু লাৎলগা শলাইলেন লেংশিন্দুনা পীবা ওইবনা সোনগনি ইবাৎফু হাযবসি মলেম ইমানি, যান্না মলেম পুবা পাফল যেক্কনি। পাফলগী মথক্তা ফৌ লাকোয অমা থমগনি মবমদি ইরাৎফুনা মলেমনি মলেম অসি লিল্লাই শিদবা ইবুধৌ পাখংবগী মথক্তা লৈ ইবুধৌনা সনানা ফৈজা শাদুনা মলেম অসি পুই অদুননি যুহা হাবদা ফাৎথিবনা কবিবা পুই যেংবদা থেঙ্গুনা, ওকনা, লিন্না পুই হাযবিবা ইবুধৌগী লাংওন যান্মী। মালেম অসি হাযদোকখিদনবা চুক মবিনা ফাই অমনা নোংমাইজিংদা লৈ, চুক অমনা লাংগোলদা লৈ, চুক অমনা থাঙ্গাদা লৈ অমদি লোৎলগে তৌহৈদে হাযনা মঙলশিংনা তাকপী অসুন্না মালেম অসি ফাই অদুগা ইবুধৌ পাখংবনা মলেম কোইনা ওাক্কুনা মমৈনা মযানা চিক্রুনা লৈ হাযবগী খুদম থৌবমনা লোইনা তাকই। ইবাৎফু মনুংদা চেং থোইদিং হাপ্পা যাদে। মবমদি লাই ইকৌবিবনে। লাই ইকৌবদা ইশাইফুদা কবি অমত্তা তাবা যাদনগুম ইবাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ হাপ্পা যাদে। থোইদিং হাপ্পা যাদে মবমদি নহাল নোংদা ফৌওইবী ফৌকৌবোনদা যাওবিবনি। অকোংজানবগী মমা থোইদিংজানবীনা শুমচিৎনা কনগে তানবদা ইমা ফৌওইবীনা শাউদুনা হাযখি নংগী নমিংদগী হযেং কৌবৌদা লাইকৌবা মতমদা থোইদিং যাওববদি লাই লাক্তবা ওইযু হাযনা ইমানা যাথং পীবমই মবম অদুনা সোনবা মতমদা খোইদিং যাওবা যাদে পীবা ওইবনা শোনবা হৌখিবদা উখোং ৯ অদু সোকপা যাদ্রে মবমদি মাগী মাগী মফমদা লাইযাম লেংশিন্দুনা লৈখ্রে। লৈশেমলোন "তুথেক লৈবোং শাবা পুযাশিংদা মবিক চুন্না যাওবি। পিবানা লৈমা, পিবা অদু মপুগী মীংখৈ শোনগনি ইপা ইপুশিংদা লৈ কৎকনি ইবাৎফুদা লাই কৌগনি শোনবা লোইবগা নিপা নুপী অনিমক পুন্সি লৈপুল পুনগনি পুনবা মতমদা মীতমলোন কৌবা পুব্রাদা

।

পুম্লৈনা লৈশেমলোন অরিবা মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী মতমদা মকক (মক্রিক) কৌবা মাইচৌনা নিংথৌ ককসুবা মহাক্তগী লুহোং লোন থৌরম পাংথোকই ককসুবা নিংথৌ খ্:গী মমাং ১৭,৫০০গী মৈতৈগী নিংথৌনি তিংথৌ অঙৌবনা পুনবা লৈশংনা পুনবা তৌরমই। পুনবা মতমদা নুপানা মথক থংগনি নুপীনা মখা থংগনি মরমদি মসি মীয়াম্না য়াম্না লাইবা মওংদা নুপানা নুপী লৌবা লাকপনি হায়না লৌই নুপানা মখা থংবা চৎনৈ মসি য়াদে। নুপানা কৌরৌগী মশকনি নুপীনা মলেমগী মশকনি পি, পা ওন্নবা য়াদে তেংবালবা মপুদা পি, পা, নুপা, নুপী অনিবু হৈরাং লৈরাং ওইনা কৎচরি লৌবীয়ু কুবীয়ু য়াবীয়ু হায়না হায়জবনি অদুননি মমানা কুজা য়ারিবা অসি মসিবু (কুজাপোৎ) কৌই।

অদুগা লুহোংবা কোইবা অসি মৈতৈ ইপা ইপুশিংগী পুয়া অশেংবদা থেংনদে অদুবু কোইবা হায়না চৎনরবনিনা নুপীনা নুপাগী তুংলোমদা চৎলগা কোইগনি মরমদি মসি লাইনা তাকপনি। হৌজিক ফাওবা খুদম কয়ামরুম পীরি - ১) লমজেল ১০০ মিটব রেস চেনবদা, ২) লাই হরাওবগী চৎকোই শাবদা, ৩) নোংলৈনা উংবদা, ৪) উরিনা লৈবদা, ৫) ষনপোৎ খোইবদা অদুগা মী অমনা মী অমগী মমাংদা হেক্তা লান্না চৎপসি তৌনদে মপুরোইব লাইনি মপুরোইবগী মমাং হেক্তা লান্না চৎপা অসি তৌনদে অদুগা অমনা তৌহৈখিদ্রবা মওংনি অসিবনা কোইবদি হিন্দুনা লুহোংবদা লৈ কোইবা অদুগা চপ মান্নে অসিবগা অচংবগা মান্নবা য়াদে ওন্না তৈননা চৎকনি। অসিবগী থৌওং অমত্তা অচংবনা তৌনদে অদুনা অসিবনা কোইবা অদুগুম্না কোইব য়াদে। য়াইফ নুংঙাই তানলকপা মতমদা ফত্তবা অমত্তা তৌবা য়াদে।

উখোং ৯গী মমিং - ১) নোংপোক- য়ুং মরিংবা, ২) নোংচুপ - চং মরিংবা, ৩) খারম - তৌ মরিংবা, ৪) অব্রাং পা মরিংবা, ৫) লিকলম - তুমহাবা, ৬) নুংশিৎলম - ~ মরিংবা, ৭) ইমরম - মানচিবা, ৮) লাইভি হাইৎলা

লাইমুরেন্না লৈরোল ৩ পুই : ১। তরং খোইনুচা, ২। লৈনুং হি পোকপী, ৩। লৈয়ারেল, ৪। হিরৈমা

থোংদি ৩নি মপানথংবা চকমবিংবা ময়াইথংবা পামরিংবা মখা থংবা তমহাবা

থৱাই মীচাক ২৭কী মমিং : ১) শজিক, ২) থাবা, ৩) থাদোল, ৪) থায়াই, ৫) শচুং তেনহৈবা, ৬) লিকথা শাফাবী, ৭) চিংচবোইবী, ৮) চুং শেননুবী, ৯) নিংথৌনাকা, ১৯) নোংথৌ তুরেল, ১১) নোংথৌ শামু, ১২) শামু অপিশা, ১৩) উপোং ঙাবাই, ১৪) মোইরাং সাকোল, ১৫) লুর াং শাকোল, ১৬) নানবম সাকোন, ১৭) ওকপুয়োই, ১৮) তাও হুইবোং, ১৯) তোংজোমনুপী, ২০) উইতোংকোন, ২১) খোংজোমনুপী, ২২) কোরৌ নুপী, ২৩) মনি মমৌ শিলতাক্লবী, ২৪) হাওরৈমাঈথোংথাং, ২৫) খাবা লৈতাং, ২৬) সলপী লৈনিং, ২৭) য়াৱা খুরোল

# ( কুন্দোগী হৌরকফম)

*- লাই, ইবোচা মোইরাং*

ৱাকচিং থানা মরাক মচন কাংলক্লে ফাইবেল লমদা ওইবনা য়েন্নৌ মহৌ ওইররে তাইবঙ মাহৌথা নুবা পাখঙ থেমোই থা কুন্দো লৈবাং যে দল্লেঃ হৈরোং লোংলিবা লৈচিক চিক্লিবী চনু লুৱাং ঈদা ঈতিনবী মপন পম্নৌ পুন্সিবগী পুনুং ঈনা ঈরাংপী লাইস্না কৌবী লাইবেম্বী পম্নৌ শবি ঙাক্লা হৈজিং মাগী কাওজ ওই শিন্নৌ মাগী নৌথা ওই মথংলেন নোংদা লাইবেন পাখংবগী মদাইমা কংলা থোল তরেৎ থোন্নপু, মবান খুমগাবমদাই লুৱাং মুপী মৰমদম নিঙোল মাগী লমথোককোন শাবন মাগী মনুং লম পাইমা সনা ইং [illegible] উবু যেংলে উনুংশি লৈবু যেংলে লৈনুংশি লোয়ুন্না (পাখং) মাবু পোঙ্গনা

উনবী পুক্লিং নিকচখি। নুরা ইশুং লাংগী পাখঙবও লোয়ুম্বা কয়াগী মতিক ব্র
াজবা ঐবু শেম্বা লৈমাবা পষ্টৌও পুন্সিবৈ য়াব্রা পন্দোম লেপ্লবা নমু কনানা
ঙমফদ্রবা তাইবং কনানা ঙমফদ্রবা মতিক থোক মথব্রাই লুব্রাং হাউকুসোয়দা
অহিং য়াবেক্লা লৈতাই পীথেৎনকুবগী অমন থবৈ চল্লবী (লৈখা তাববী) লুব্র
াং চনু ৬পু (খোংজোমনুবী) নোংনাংকোন্দা থাবিখিবী কৌব্রু চীংগী চীঙখোঙ
লোক ঈশংলোক নুংগাইলক্তা চোইনা তৎতুনা মাংখ্রবা লাইগী লিক্লাং অসুবসু
হৈক হৈশিং যাওনা খোমগৎ লিকখোম পবেং লেংলগা নিঙোল ইঙক্তা
শীন্বিববা অসুক হকপা থৌদাংবু নিঙোল ইশুংলাংগী কযাদা ব্রানা থৌ ওইখিবা
কবিনা লমন শিংগবা পাইমানুংদা পবৈহল হযেং ইনুং ঙানবদগী লোয়ুম্বা
মাগী মদাইমা নিঙোলনা যুমদিল তমদ্রিঙৈ চীংউ খোযুম লাইমাংদা শীঙঙেল
লৈবাং পবেং অমতং লিকখোম মহুৎ শিন লোয়ুম্বা মাগী ঙক্তা ঙকথোল
তমজা হুকচা। ঙমহলবীযুকো হাযনা মবোল অহুমদা লৈঙাক্লিবা থবিকো
দাসু লৈপান্নবিবী যোইমযাইও তাউদনবা লাইবেল ও অহাংবদগী মফমদা লৈস্না
কৌবী ইবেম্মা মিৎস্লা পীবাং ঈবোইননা থৌনি পুমেজববু কুবীহৈবা যোযমযাই
নিঙোল পুক্লিং ঙমদাইনা নোংদোল থবী কোন্দগী ভৌবা লৌদি লৈপুললৈ
লৈবাং মাবু খন্দুনা থাবিকোন্দগী মালেম লৈবু লৈওইযে শিংঙেল মাবু লৈনুংশি
শিংঙেনও লৈনাংবু চিংনা যেংলগা নিঙোন্নদি তেংথাজৈ লৈবাও লৈনুংশি
শিংঙেলও ঙমদাইবী ইপল পন্থৌনা কোইবদসু লৈখাদবী নিঙোল ইখুৎসু পা
দাং চুকলিংখিদবী ইযুব্রা চাঙখোং পোইবৈতোয়া খুম্বোবকপদসু লোইনলক্তবী
লৈ লৈনুং থাকুক অশৈবনা লৈবাং শৈথাবদসু যাওদবী লৈ নমুগী চেংলৌদসু
মেঙবী লৈ নিঙোলগীদি উনবী পুক্লিং বাইন লৈ শীংঙেল নঙগী লৈহুন্না
লৈবাং নংগী কোলোযদি নিঙোলগী কোন্দোলদা লৈবাং লৈশাৎ তম্লবগীব্রু
শীংঙেল কোনদোনলৈ লৈবাং কোন্দোল কৌগেকো লৈবাংগী চৈথাদা
থাকুদনসু তৌজবী মবোন ১২ মহৌ ৬তসু শাফোংবী শীংঙেল ওইনসু উহনবী
লৈনাং ওইনসু লৈবিবা শীন্নৌ লশিং লৈহললৈ চীংথু খোযুমদা লৈমাই ওন্সিন্না
কৎহৈদবী লৈ লৈনপ লৈসু ওইহৈদবী লৈ নাপ্পা ওংনসু চীন্নদবী লৈ নিঙোলগীদি

শমজিরৈ লৈরাং লক্তা লৈরোং ওইনা কৎপদা নিংজবা পস্থুং য়ৌঙশ্বী লৈ নুরাগী উম্বী নুংশিরম লাঙ্গোল্লমদা হৌরগা খুনবীরোক্তা ওংবী লৈ হৈবোক চীংমাই ঙান্না লৈ হুইয়েন লান্নাইগী মাইয়োক লৈ মচু তরেৎনা তাংজবী লৈখল ১০০দা হুইথবী চীঙয়া তময়া কোনঙাকলৈ লোক্লা লৈ পাখঙ পরৈ হুক্ল লৈ মঙাঙ লুব্রাং খুমল তমবু ঙমদাইবী হয়িনা শিঙেল ওই হয়ানা লৈ ওই হাদা কুন্দো লৈনুংশি অসুম্না লৈরাং মাবু হেক্লগা কাব্রং লংলানা লেংদনা পাখঙগী ঙকতা লুহোংবা মতমদা হুখিয়ে হায়দব্রা ? লাইস্না লৈ লৈতে হায়না নিবদা হিংখোল মতোন্দা থাদরকই হায়দুনা কোন্দোল (কুন্দো) হায়না কৌই।

## (হৈজিংপোৎ) (শুমাং উরোং)

মমৈ পুনশিনখৈনি নুপা ময়ুমদা লুহোংনরিঙৈ নুমিদাংব্রাই লু, লৌবা হায়দুনা (নুপী) লৌবা চৎনরমই। হৌজিক চকপশিংনা চৎনবসু য়াওরি লুহোংবগী চনুনা চরৈ লমখাং শেৎপা মতমদা কোক খুম্বসু চৎনরমই মথং মথং হোংদোকখিবনি চনু ওইবীশিংনা মপা মমাবু নুমিৎ খুদিং লাই ওইনা নিংই হৈজিংপোৎ পুখিবা হব্রাই থংপাক মরু শিন্নখিবা নুমিত্তগীদি মপুরোইববু লাই ওইনা নিংখ্রে। নিংজববু ওনখ্রে নিঙোল কৌএ ময়ুমদা পলেম পস্থৌবু শেনরম্নে পিবা ময়ুমদা মৌ কৌখ্রে। লাইস্নানা লৈ লেংবা লেংনা ব্রাখল নুংনাংই উনবী পুক্লিং নিক্লি ঐবু করম লেনখিবা হয়েং কৌবা নোংদা ব্রাঙম তানবা য়ৌরক লাইস্নানা পোইরৈতোন্না খুস্থোরকপদা য়াওরকপীনি হায়না মপাওথোক মউ লিংখিগদৌরি। অসি ব্রাখল উরিবী লৈমরেল লংওন চংখোনবী নিঙোনগী কাদা শিস্তাকপি লাঙ্গোললৈমা থোংঙাকপীনা চনু মীওইনা মতা ওইনা লাক্লুনা লাইস্না কৌবী ইবেম্মবু নাওথেমলক ইতা লক্তগী অথোইবী করিগী নিঙোননা থারক ইহৌবা উনবী পুক্লিং খোইরাংই। লাওল পুপী নহৌশা নুপী ওইবী মহৌবু খংদবনা খংসনু ইতা লৈনুং ইথা কোম্নলৈ মহৌ লাংবু ১কনি

খুন্থোকচৈংদা মহৌ ৬ ওইখিদো লুৱাং কাদা মহৌ ১২ ঈহৌবা (রিতু) তাইবং চনু ওইবিবী ৱাংঙম মানা খঙগনি মহৌ লং ১২না লাংহৈ মপু ওইরিবী নোংপোক অপানবী লৈ নোংপোক লৈসু লাংবা থবৈ লাংথরৈ মওইখি। কবিগী চিংনবি হাযরমল্লগা মী কনানা তাহৈদ্রবা পোং কনানা উহৈদ্রবা শক্তমবু মমখিএ হাযদলবা। অদু নোংদগী ঙসি ফাওবদা লুহোংবদা কুন্দো লিকখোম পবেং হুক্রবি। অউলপোৎ হাযবগা ঐখোয়না অবং অবাক, গাডী, লৌ, সনা উপু, কাংথোলবু অউনপোৎ কৌনৈ মসি নত্তে কবিগীদমক্তা সুমাংদা চেংফুদা চেং হৌবিনা মবম লৈ ইচা নুপিবু নাদা যেক্কনা পুন্সি নুংশাংনা লৈনবা ইপা ইপুনা। হায কবিগীদমক্তা ইচা নুপীবু নাদা যেকপা [illegible] মাঙগদৌবিবনে [illegible] মদুদি [illegible] অহানবা লৈ মাবু [illegible] শেং [illegible] অমসুং মশা [illegible] মসিনসু মাদোমদে মদুদি ইমা ৭ অসি নুপীনা থৌনিদনা পগনি। ১) [illegible] ওইবী, চেংলেমা, ৩) শিল্লেমা, ৪) [illegible]লেমা, ৫) [illegible]মা, ৬) ইবেমা, ৭) লললৈমা অসিনি হাযবিবা অসিনু [illegible]পোক [illegible] ইমা [illegible] ফঙ্গা লাইকদা থমগনি। [illegible] নুপী সিবু [illegible] পাদনা নাদা যেক্কনা কোননীবুকো [illegible]মগনি। ইমা ৭ লৈ[illegible]দা [illegible] নুপী (মেক শল্লাই) অসি [illegible] নামা [illegible] শিন্নবমগনি।

## (পোৎলোই)

*- লাই, ইবোচা মোইরাং*

পোৎলোই ঐখোযগী [illegible]লবাক্তা শেম্বনি শাবনি অদুদি ভৈগচন্দ্র নিংথৌনা গোবিন্দা নিপোজ তৌববা মতুংদা লংথবালদা বাস লীলা শান্নদবা

যাদে হায়রে ইমা ইবেলশিংনা করি ফি শেৎকনি হায়রবদা ময়াংগী কোকতুম্বী শাবি শেৎপা তারবদা ইমা ইবেলশিংনা মদুদি ঐখোয় হৈনরোয শেৎপা ঙম্লোই হাযদুনা শেৎলু হায়বা যারক্ত্রবদা ফবে হাযদনা খুদক্তা পোৎলোই শেমলে পাখংবগী ময়েকনি হাযজিল্লে মদুদি ফবে হায়না ইমা ইবেলশিংনা শেৎতুনা বাস লীলা শান্নকি মসিদগী পোৎলোই হৌদোকখি। পোৎলোইঅসি যাম্না কজে ঐখোয়গী লৈবাক্তা শেম্বনি অদুবু মসি শেৎপা যাদে যেক শলাই মাগী ঃপা ইপুগী মফমদা অর্মদি তেংবালবা মপুগী মফমদা পুন্সিগী অহানবা যুমলেপ ওম্বা অসিদা ফিমাং শেৎলগা লৈকৎ লৈকৎ তমবা অসিবু হৌনব্রা পোৎলোই হযবসে নুপী মাগীদমক্তা অতম্লনা শেম্বা শাবা নত্তে কবিগীনো শেংগাদা শংনব। ফিবোল লিক কোল হাপলিবা '! মসি শেৎলগা লুহোংবা অমদি যাম্ন চকাশন্না থম্বা ফান নুপী মশামক্লা শাবা ফিনি লাই হাকতকতগী চীনবকপগী খুদম্নি। অদুনদি হৌজংপোংতা অমুক গুবকপা অদুদগী অমুক পত্র।। লুহোংবদা অমুক পনক্কান শিজিন্নফম খংদে মনমাদ পোৎলোইনা মহুৎ শনাথবনা কবাইদা শিজন্নগনি কনা লাইদা কৎপনো হাযনা হংবীবু মখোযসু খংলোই কোইথাং থাংদুনা শিজিন্নফম খংদে। মদু হোন্নেল পোৎলোই হংদোকপদা শেৎহাল্ল পোৎলোই শেৎপা লাইন। যাদে হানবগী খুদম যাম্ন চংনা লৈ মফম কবা পির্জাব। মদুদি ১) কোম্থৌজম লাইবেম্বা, ২) নমদেং, ৩। নোংপোক সেকমাই । মসিদসু নত্তে যাম্না লৈ লুহোংফল থাং যাদবা পোৎলোই শেৎপা যাদবা মফম যামনা লৈ। মসি লাইনা যাদনগী খুদম্নি। এখোযনা নমদুনা শেৎচবান। লুহোংবা কোইবা অর্মদি সোনবা মতমদা পোৎলোইনা ফল্লগা কোইসোক শোক্কনি লাইদসু পোৎলোইনা কুপলে মপুবোইবা ওইগদৌবিবা অদুসু পোৎলোইনা শোক্কনি অহল লমনশিংনা হাযনৈ ফনেক্লা শোক্কনি তাশিল খোমজিন্না চৎলু হাযনা অদুবু পোৎলোইনা লাম লামদুনা শোক্কনি। মসিবু ফবিব্রা নৎব্রগা ফৎব্রিব্রা হাযনা খঙদে কুম্মৈ ওইনা যেংনৈ লাইগী খন্নদে।

## (চেংপোৎলন মকোক) যাত্রা

- লাই, ইবোচা মোইরাং

ইমুং অমদা লাইনিংথৌ সনামহি লৈমরেল ইমোইনু অহোংবী মপুং ওইনা যান্নে। লাইনিংথৌদি অথুপ্পনি যুমগী মেল উরেপতা লৈখ্রে। লাইনিংথৌগী মমি পাবা উরেপকী মনিংদা লৈমরেল লাইফম য়াগনি। মিৎলম শস্তোং কাচিন্দা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুভম য়াই ইমোইনুগী খুভমদি ফুনাক লাইকদা য়ানৈ। হৌজিক্তি ইমোইনু খুভম ননলেন কাদা থম্লগা শিন্নগনি। লাইনিংথৌ সনামহিগী নকনহৈদে লৈমরেলগা নক্লনা যাগনি। হৈয়েল মন্নাবীগী মচা হৈচেৎ হৈকাই নাইদবী মকোক মরু শুবী নুপিনা পোৎলেন পুহলগনি। চেংপোৎলেন ইমুংদা পুশিন্দুনা মাই নোংপোক ওন্না ইমোইনু ইবেলপোক্কী খুভমদা কৎতুনা খুরুমগনি মৈতৈগী অরিবা মতমদা খাগেম্বগী মতমদা চেং পোৎলেন পুরিবী নুপী দু ফি অঙৌবনা খ্বাংচেৎ লাক্লদুনা পুবা চৎনবমই হাযবা ব্রারি লৈ, হাযনা শিংমদুনা লৌবা মচা নুপা অহানবা পোকপনা চেংপোৎলেন পুনরমই। মসি খাগেম্বগী মতমদগী চেংগৈদগী খাগেম্বা লাইফমলেন তাননা চেংপোৎলেন পুরকই মসিদগী চৎনরমই।

## চৈ লাওবা (চৈরাওবা)

- লাই, ইবোচা মোইরাং

মমাংগৈদা শুগুনুগী নিপা অমনা চৈ পায়দুনা পারাওনা লাওনা চেল্লকই। অদুদগী নিপা অমনা ব্রাংউ লমখাইদগী অমুক নিপা অমনা চৈ শিন্নরগা চেল্লকই অদুদগী ব্রাইখোং ফাওবা অসুমনা মথং চেল্লকপনা সন।

কোনুং য়ৌবা মতমদা নিপা অদুনা চৈ থাই চৈ থাবগী থৌরম অমাইবা অমাইবীনা তৌই। মসিবু চৈ থাবা কৌই দুগা চৈ পাইদুনা লাওববু চৈবাওবা কৌই। ঐখোয়না থোঙ্গালদা চাক থাদোক্লগা চৈবাওবা নত্তে মসি শজিফুগী নোংমা পানবদা লাওনৈ লমতা হায়বদি লাই পুম্নমকনা লৈকুদগী চিংদগী তাবকই হাযদুনা লাইতা হাযবদগী লমতা হায়বনি লাইযামশিংনা লাইনিংথৌ ইপাদা হায় ইপা ইবুংঙো ননাই ঐখোযগী কুম অমগী নমু তাইবং মী পীবিবো হাযনা তকলকই। অদুদা লাইনিংথৌ ইপানা সে সে নখোযগী নমু তাইবং অসি তল্লবনি হাযদুনা চৈ থাই ইপানা হায মসিনা লোইবা নত্তে হযেং ঐনা ংশিবা কননিংবা তাইবং অদু শজিফুগী নোংমা পানবা অহিংগী নোংযাইদা অমুক শংকনি। মবম অদুনা নোংমা পানবদা ঐখোযনা লাইনিংথৌদা অগেলপোং কংতুনা চেংবী চেংবা হৈদুনা হৈকং লৈকং তমই অদুগা চাক ...লগা থোঙ্গালদা চাক থাদোকই। ব্রাহৈদি লমমাবা তুম্মাবা লমশেনবা ...শেনবা কুমম্না কুমলিকলাই হনুকোকচাও হনুলৈখম লৈবক শাখৌবা ...ংবাল লাল্লুমবা নখোযগী কুম অমগী নচিঞ্জাক লাইনিংথৌ ইপানা তল্লবনি মসি চাবগা চংলো নহলযমদা হনখ্রো নতেকমদা তেখ্রো (মীং) ঐগী ইমুংগী শোকপা যাবোই হাযনা লৈই ৭ মাংলোমদা চিংথোক্কনি কুম্মাইখুম কুম্মাহতেক কুম্মাইথিং থিংঙবনি হাযনা লৈই ৭ থাংনা মপাললোমদা চিংথোক্কনি অদুনা যাম্না লুবদি অকোনবা শিবা লম অদগী মী মমিং যাওনা তৌবসু লৈ হৈত্রবদি ফত্তে কুম শুবে হাযবগী কুমশুমলৈ কৌএ মবম অদুনা শজিফু থাদা হাযবিবা লৈবাং অসি শাংলি মসি শজিফু থা নংননবা শাংলিবনি কুম পিবে হাযবগী কোম্নীবৈ কৌএ মহাক লৈবি হাযবগী লৈবি কৌএ মবম অদুনা চৈবাওবদা যাওদবা যাদে হাযবদি মসি যাওদ্রবদি কুম ব্রাংলি হাযবা খংই। চৈবাওবা নুমিৎতা উশিন শিন্নৈ কুমজা অমগী লাই তিল পুম্ন.মক চৈবাওবা নুমিত্তা তাইনৈ। হামোক যাইঙং চাইগনি হামোক্লে, যাইঙংনে চেংনে ৩ সি তোংলগা চাইগনি মসিনা লাই অমদি তিল কাং কাকফৈ লৈতে

হায়না অতলশিংনা তাকপি। হোরেল নোংয়াই চাবুক য়ৌরবদা হৈবোক চীংগী থারোই লোক্তা খোয়ুম লাইয়াম্না লাইনিংথৌগা ফমবে ফমদুনা শিং শৎপগী থৌরম তৌই মৈরাওবদা মচা ওইবা মশুশিংনা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা হায়জা চৎচখিবগী মতুং ইন্না লাইনিংথৌ ইপানা হায় সে সে ঐনা থাখিবা চৈ অদু শৎলেসে মানা যাম্না কন্না হাযজরে মসি শৎলগে হায়দুনা শিংশৎলি মসিবু শিংহশৎপা শিংকাইবা কৌএ হৌজিক ফাওবা কোনুংগী মাইচৌশিংনা তৌনরি। মরম অদুদা লাইনিংথৌনা লানথোকখ্রবা মতুংদা ঐগী ইচা ইশু কনবীয়ু হাযজরুবা যারবোই মবমদি ইপানা লান্থোকপা লোইখ্রে মরম অদুনা অতৈ মতমদা চৈবাওবা কান্নদ্রে চাক য়েঙ্খ্রাং হাওনা চাবদি যাই লাইগী থৌরমদি অবেম্বা তারে লাইনা কবি অমত্তা কনবা ঙম্লোই মাগী ইমুং মনুংগী মীশিং লাইনিংথৌনা লানথোকপা লোইখ্রে।

## (চন্দোল শেলখাই)

*- লাই, ইবোচা মোইরাং*

চুরাচান্দ মহাবাজনা পানবা মতমদা মৈতৈ ইনাত্তা চৎপা লমশিংদি হৈঙাং, থাংমৈবন, থৌবালখোং অসিনি চুরাচান্দা মহারাজনা মাগী প্রজাশিংদগী চন্দোল শেলখাই অসি লৌই মতেক যাসি মীপুম খুদিংমক্কী খোমকৎলমই। খুল ১০ অসি মাগী ফমনাইবশিংনা পুই। বিনাবোলদগী চাং দাল মোল অমমম, লৌরমই। মতম দুদা নিংথৌগী ফমনাইবশিংনা চন্দোল শেলখাই খাইবা চৎপদা হৈঙাংদগী গৌন্তনি কৌবা নিপা অমা চন্দোল শেলখাই পিরকউ হায়না য়াদ্রে। নিংথৌগী ফমনাইবাশংনা গৌনর্হা নং তৌগনু নিংথৌগী চৈবাক কিদ্রা ? হংবদা গৌরহানবনা হাযনে. ঐ পিবা শুকঙম ঙমলোই হায়রবদা মতম অদুদা চংলিবা নিংথৌগী ফমনাইবশিংনা নিংথৌদা তমলে ইনিংথৌহৈঙাংদগী গৌবতনি কৌ[illegible] অমা চন্দোল শেলখাই

পিরকউ হায়বা য়াদ্রে হায়না তমলবদা নিংথৌনা অদুদি হৌজিকমক ঐনা লাও হায়য়ু হায়না নিংথৌনা তাকপিরে। নিংথৌগী ফমনাইবশিংনা গৌরহরিগী ময়ুমদা লাক্লে অদুগা তাকপিরে গৌরহরি নহাক নিংথৌনা লাক্তবা য়াদে হায়না তমলে গৌরহরিনা খুমলে ফরে নখোয় চৎলমলো ঐহাক শোইদনা লাক্কে হায়রবদা নিংথৌগী ফমনাইবশিংনা হলখ্রবদা গৌরহরিনা ঈরু লুজবদা মানা তৌগে হায়দুনা নমশা পাকলৈ অমা মরাইবক্তা পাক্লা নমলে নিংথৌগী কোনুং কারকলে অদুগা নিংথৌদা ইনিংথৌননাই ঐহাক খুরুমজরি হায়দুনা খুরুমলে। নিংথৌনা গৌরহরি ফমমু, ফমমু হায়রবদা গৌরহরিনা খোংগ্রাই চন্দুনা নিংথৌগী মাংদা ফমলে নিংথৌনা গৌরহরি নংনা তৌরিবা মতৌ অদু করিনো নংনা নরাইবক্তা নমলিবা অদুনা করি কৌই হংবদা গৌরহরিবা খুম্লে ননাই ঐনা নমলিবা সি নমশা কৌই হায়না মসিদি ইরু লুজরে হায়বা খংনবা তাকপনি হায়না খুমলবদা নিংথৌনা নমশা হায়বদি করিনো হংবদা ইনিংথৌ ননাই ঐখোয়গী উমংলাই অসি চন্দোল থিন্দে হায়না হংগৎলবদা নিংথৌনা ফরে অদুদি শংলাকপা কনা কনা লৈ পালা লোইশং লৈব্রা ? বামোল লোইশং লৈব্রা গারোৎ লোইশং লৈব্রা হৌজিকমক শুগুনুদা চত্তবা য়াদ্রে হায়রু হায়না মনাইশিংদা তাকপিববদা মনাইশিংনা হায়রুরে অদুদগী থোঙাম মাধোপ যাওনা শংলাকপা পুন্নমক শুগুনুদা চৎলে নিংথৌনা সুগুনু হঞ্জবদা তাকপীরে শুগুনু হঞ্জবা হৌজিকমক লাইগী থোং হাংউ হায়না তাকপীরবদা সুগুনু হঞ্জবনা ইনিংথৌ ননাই ঐ হাংজবা ঙমলরোই হৌজিক্তি নুমিৎ তারে হায়রে ফবে হায়দুনা নিংথৌঅদু অহিং লেক্লে চাক খাংলে নোং ঙাল্লগা শুগুনু হঞ্জবনা লাইগী থোং হাংলে নিংথৌনা মুন্না য়েংবদা লাই অদু চন্দোল থিলম ঐ অদুদগী নিংথৌ মরাইবক লুকথনা লৈখ্রে অদুদগী মনাইশিংদা তাকপিরে কনা কনা লৈবনো হৌজিকমক বিনাবোলদা চিঠি ইয়ু ইংরাজিদা ইয়ু নখোয়গী চন্দোল মোল অমমম লৌবদু লৌররোই হায়না ঙসিদগী মানা মানা থিন্নিংবা থিল্লসনু চন্দোল শেলখাইসু তোকলো হায়না নিংথৌনা য়াবেপ তাখ্রে। অ[illegible] তৌদনা মানা মানা [illegible] মাখিবনে হায়না অ[illegible] তাকপ[illegible]।

মহারাজ বুধচন্দ্রনা পানবা মতমদা মোংশাংগৈদগী সোইবম তোল্লঙৌ কৌবা নিপা অমা লৈরমই হায় মহাক্না মাইক পান্দুনা চন্দোল অয়ুংবী থিনবা অসি লাল্লি হায়দুনা কোইনা লাওদুনা চৎপদা বুধচন্দ্রনা ফারু হায়দুনা মনাইশিংনা ফারে। বুধচন্দ্রনা নিংথৌনা হংলে করিগীনো তোল্লঙৌ তৌরিবা মওং অসি করিনো হংবদা তোল্লঙৌনা খুমলে ইনিংথৌ বামোলশিংনা মমা মখুৎ চাবীদবা সোরাৎ সোল্লগা বীনদা হুন্দোকপা মসিবু করিনো হায়না হংগৎলে। অদুদগী নিংথৌনা অমুক নংনা থিললিবা চন্দোল অদু চুন্ত্রা করি কৌই। তোল্লঙৌনা ঐজ্ঞা তোমপাপুদা হংবিয়ু ননাই ঐ খংজদে হায়রে মহারাজনা তোমপাপু ঐখোয়না থিল্লিবা চন্দোল করিনো হংবদা তোমপাপুনা চিবোল চিবোল ঙাংলদুনা খুমদ্রে। ফরে অদুদি লাল্লবনিনা ঐ ঙসিদগী মৈতৈ লাইনিং অসি চৎলে হায়দুনা চৎপা হৌখি।

মৈদিংঙু চুরাচান্দ শোক ৭৫দা কে.সি.এম.আই হায়বা লুপ অমা লিংখৎলমই। ১৮১০ শকাব্দা ১৮১৩-১৮৬৩ খৃ: ১৮৯১-১৯৪১ খৃ ১৮৯১-১৯৪০ চহি ৫৫০ পাল্লমই। শোক ৭৬তা মৈদিংঙু বোধচন্দ্রা মীতৈ পাল্লমই। হিন্দুগী জনকা শিল্লোক হায়বা লাইরিক অদুদা চন্দোলগী মরম ময়েক শেংনা য়াওই হায়।

১) সুদ্রাগী চন্দোল খুথিল V বানা তাবা

২) সতত্রি জো আধা চন্দোন

৩) ব্রাহ্মন দুই মিনরম U

৪) সুদ্রাইসো নিংবা শিংনা বানা

৫) মহাদেব নিংবা শিংনা অসুম্না চন্দোল মখল লৈ

## থবাইনা শৈথাবা

নমু তাইবং ওইবগী অমং শিংগুম লমী তানবদা থবাই মানা হাদা নুংশিবা হকচাং লৈহৌরোকো ঐদি হকচাং নঙোন্দা লৈবা য়ারকত্রে ঈশিংনা থুমহৎলক্লে চৎলগেকো ইতারোই ইতাও ও নুংশিনা চৎশি চৎঙমদা লৈসি লৈঙমদা নহাল মখৈ চারে চামিন্নৈ চৎলে চৎমিন্নৈ ঙসিদি চৎপা তারেদো পল্লেম নংবু নুংশিবী পন্থৌ নংবু নুংশিবা পল্লেম পন্থৌ হায়না কৌবদো ঙসি অসিদগী তাররোইদো তরা মাবু হরাও মোমোল নোক্লা চামিন্নবদো চাররোইকো সিদি চীংনুংগী স্নালোক্তগী পন্থৌ নত্তনা পন্তৌ শানা পল্লেম নত্তনা পল্লেম শানা কৌরক্লে চৎতবা য়াত্রে চৎলগেকো লৈহৌরোকো হাদা পল্লেম নুংশিবী হাদা পন্থৌ নুংশিবা ঐগী মরুপ মপিজা ইতারোইশিংদা পুমমেল পাওমেন্নবা ঙল্লমদ্রে হায়না তশ্বীয়ুকো পল্লেম নংনা তেংথা নাওইনা কপ্পদো তারগা থবাই ঐনা চৎঙমদ্রে মপোক লাংওন অমদা ইমা ইচা উন্নরগা হরাও মোমোন নোকমিন্নশি লৈহৌরোকো পল্লেমও চৎলগেকো ঐহাক্তি॥

## [illegible]

- অঙোম নোদিয়া

কোকতা থোংনা হন্না হন্না খুরুমজৈ।।
নোংপোক চীংখৈ ঙাললকল
খোমলেন মিৎকপ থোকলোনে।।
খোইয়ুম লাইরেমমাগী ইশৈ।।
পারী ইমোম্ পুম্নমক
খোমলেন মীৎকপ থোকলো
পন্থৌনা মাংদা থাগনি।
পলেমনা তুংদা ইনগনি।
পারী ইমোম্ পুম্নমক।
খোমলেন মিৎকপ থোকলো।
তাইবং শিনথা পাংলসি।
লাইগী ব্রায়েল লাকলনি।
মীগী ব্রায়েল তুওইনরনি।।
অচুম্বা ব্রায়েল লাকলনি।।

- - -

মৈতৈদি লাইগী মচানি। লাইবু উবা ঙম্বা অমসুং য়াব্বা পাউশানবা ঙম্বা মীওইপোকশিংগী মরক্তগী অথোইবনি। চিনজাক লাইনিং লমচৎ অমসুং য়াথং চুমলবদি লাইনা লাইনা য়াবা মী ওইরে তেংবালবগী মপু শিদবগী মফমদা চঙজরবা মী ওইরে। মহাকপু মী মরু কৌরে।

লাই হায়বদি মিৎনা উদবা ওইনিংবা শকতম ওইবা য়েক-শাগে লৈতবা পোকপা শিবা লৈতবা তৌনিংবা মনিংনি মীচঙ মীখাই লৈতবা মানা মানা তৌজবা মহে পীবীবা। তুমবা হিপ্‌পা চাবা থকপা পোৎথাবা লৈতবা মহাক্কী মরুপতি মহাকপু থাজবা অদুনি। অককনবা মিং মমা মপা লৈতবা শক উদবা পুন্নমক মহাক্না শৈবা অদু লাই কৌই।

মমা মপা লৈবা, শাগৈ শলাই লৈবা অরেপ্পা শকতম ওইবা মমিং অককনবা ঐগুম্না অথোংবা পোৎ চাবা থকপা অচান মীরাই খাইবা মীওই পোকতা অফোংবা শকতমবু লাই নৎতে মী লকতগী অথোইবনি। লাইদি নৎতে। মিৎনা উবা লাইশিংগী মনুংদা ইমা ইপানা ঐগী মিৎনা উবা লাই অশেংবনি। অহেনবা অমা লৈতে। রাম, কৃষ্ণ, যীশু, অলা, বুধদেবা, গোবিন্দ, শাই বাবা পুন্নমক মমা মপা অনিনা পোকপা ঙাইহাকনি।

হুঙ শিদবা তেংবাল মপু লাইনিংথৌ।।
লাইগী ঈশৈনি
পোইরৈ তাম্না লৈখিবা।।
চীংলোল মাপল লান্না লৈখিবা।।
চেক্লা নংবু পাইরকলো ননিং তম্না পাইররো।।
চীংলোন মাপল লান্না পাইখিবা
ননিং তম্না পাইজররো অহাংবা নোংদোলদা।।
অহাংবা মালেমদা চাকতাররো।।
অহাংবা নোংদোলদা পাইররো।।
য়েক্লা তিংখং লৈররোই।।

মপুগী মঙালনা ফাওরকলো।।
থম্মোয়গী চেক্লা নংবু পাইরকলো।
থেক্লা খুরৌ পুংনমক তুংওইনখ্রগনি।।
খোইযুম লাইগী লৈবাকনি।।
অকি তুজুং লৈরোই।। লাকলো লাকলো লাকলো।।
পলেম নমা ঐনা কৌরিয়ে।।
চেক্লা নদোম খনগনু।।
খোইযুক লাইগী লাইপাওনি।।
চেক্লা নংনা খোংবদি।
নাপপা চিকনা খোংলরো।।
লাকলো লাকলো লাকলো।।।।

(২) অলেপনা লাইনিংনি।।

থব্রাই হকশাং লানবা (অরানখুফম ফংনবা)

মৈতৈদি লাইগী মচানি।। কাওফরোইয়ে।।

চহী কুম নোংদালাই ৬৫৭ খ্ ৬৬৩দা লাইলেল নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১০০ কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাললি। নোংদা ৬৫৭দগী নোংদা ৭৫৭ ফাওবা পাললম্মী। নিংথৌ অসিগী মতিকতি থাদুনা লোইঙমলোই। কোন্না চক অসিদদি খোইযুম লাইবু তাইবং ফাওহনবা ঙমলরোইয়ে। লাইনিং চেৎপা নিংথৌ অসিগী হাকতকতা মঙাং কুলু। লুব াং কুলু। খুমন কুলু লাই অহুম অসিনা মীগী মপোক ওইনা থব্রাই অব্রাম্ববু লানবীগে হায়দুনা তাইবংপাল ফাওমীন্নরকলো নিংথৌ নাওথীংখোঙদি কুলুকী খুয়াদা থব্রাই হকশাং (হকচাং) য়াওনা নিংজরকপগী লাই অথোইবা মঙাং কুলুনা নিংথৌ নাওথীংখোংগী অরেপপবু উরদুনা কলুগী য়াথং অথুমপানা হায়পীলকলো হে নিংথৌ অথোইব- ও নিংথৌ নংগী পুক্লিংগী অপামববু হায়য়ো। নিংথৌ নংগী পুকনিং মতুং ইননা ঐগী অলেপপবু

হায়পীলকলো। কুলুকী য়াথং অথুপপু অসুম্না হায়রকপদা লাইলেল নাওথীংখোংতি মমিংতা মপী শিনথরকলো লৈপাকতা শাংনা তুদুনা কুলুদা হায়জৈয়ে।। নিংথৌ ঐবু কুলুগী থৌজাল অথোইববু পীনবীগে হায়রবদি লেপনা ফংজগে। মী ওইবা মীওইপোকতা পোকলিবা ঐখোয়না লাইনিং লিচৎ কলমবনা থবাই হকশাং পুননা করমনা লানশিপনো। (লালসিগে)।। পোকলবদি শিগদবনে হায়বা মলৈয়ে তোকপা য়ারলোইয়ে।। থবাই হকশাং লাননবগী অসিকুমববু কুলুনা অথুপপা লৈতনা হায়পীও।। অসুম্না নিংথৌ নাওথীংখোংনা হায়রবদা।। মঙাং কুলুনা নিংথৌগী য়াথঙ মতুং ইন্না হাইপীলকলে।।

হে নিংথৌ য়াইফব- ও। চক অকোনবা অসিদদি। লাই কুলুগী মতিক ফংবা ঙমললোইয়ে। তাইবংপাল অসিদা মিংলেল শিদববু হেন্না থোইবা অমা লৈতরে।। লাই কুলু মহাক্তি মী মরু মী- মহেন। মী মচঙ। থবাই চংখোলবশিংদা লেংদনা লৈবনে। নৌবসুং খোইয়ুম লাইলমলেল অথোইবা থাবাই ওইবা খৈপীকনা নিনগদবা মতমবু খজিকতা হাইরককে তাও- ও হে নিংথৌ য়াইফবা- ও।। লাই কুলু শিদব হায়বদো মশক খঙবা ঙমদবা। মহাকতি নোংথাং কুপগুম্বা চুমথাং খনবগুম্বা লৈ নোং মরোল অনিগী মনুংদা চংনা লৈলিবা। মনুং মপাল অনিমক্কী নাতৈ শমনরিবগী মনুংদা পুকনিংনা মহাক শিদবা লাই হায়বদি অতুনে। মহাক শিদবা লাই অদুগী মমিংদি অংকো নাঙ শঙ কোনাৎ কৌয়ে। হকচাংতা লৈবা মহাক কৌবা লাইদি অসিনে। অথুপপা বালম অলুপনে। য়েংদুনসু। নিংদুনসু।তাকতুনসু খঙবা উবা ঙমদে।। শোর হোনদোক হোনজিল অনিদা মিংখৈ অসিবু কাংদনা শোলদুনসু অলেপপা মাবু ফাওহনবা ঙমদে। অলেপপা ফমবী মহাকতি হোনদোকখিবা শোরগী খুদোল নিমখাই। অতিয়াতা লঙনা লৈবনে। মহাক অদুবু ফংজগে হায়রবদি কুলুনা তাকপীপা ময়েকতো পুকনিং চিংশিন্না হো লো শো অহুমমবু (মমৈ মকোক বোননা) য়াথঙ অহুমলক শোললো।। কুলুগী মশক মহাক ওইনা ফাওলককদবনে। লৈচিল নোংফাই থাংদবা অহাংবা অতিয়াদা অহিং নোংয়াই

অচিকপদা তৌও মহাক কৌবা লাই অদুবু লেপনা উজবা ফংগনিয়ে। অলেপপা বানে। অসিবু হৌজিক্তা খঙজিনলবদি হযেং ৱাববা মতম লম চৎথোকপা কুম মনিং তম্বা ঙমদবনে। হৌজিকনা খঙদববদি হযেং অৱাবা মতমদা লমথুং ঙককদবনে।। নিংগদবা লাই কুলুগী খুযাদা চেৎনা নিংচৌ- ও।। ꯁꯦꯟꯊ নুংশা খোইদৌ অনিনমাবু ঙমনবা মতম অমতাসুং হাযলমগে।। পুকনিং অকিবা লৈতবা। থবাই নুংঙাইবা।। নিংঙাইদবা পুকনিং অমাখে অহুমসিনা খোইদৌবু ফাজিলগদবনে। খোই মহাককী মমিংতি লযযোননু লযযানুলো লো নপ কৌযে। লেপনা তৌও। চননাবা বানে। চেৎনা শোলবদি পোৎশক মহাক যা ওলককদবনে। অসুম্না খংঙো মসির্গা লোইনবা খোংজোম ওইগদবদি পুকনিং তপপা /ফবা /যাথং চুম্বা /লিংজেল শেংবা /থৱাই ঙমবা /অলেপপা / কাওদবা মখোয ৭ অসিবু থাদোকফলোইযে। অসিবু ঙমলবদা থৱাই লানবা ঙমগদবনে অসুমনা খঙঙো।। হে নাওথীংখোঙ পা মশক কৌবা লাইপা। অর্দুদি মিৎ মনুংদা লৈবা শকতম অনিমা অদুনে। তাংনা খঙঙো। ৱালম অমসুং পুর্নশি লমলেল অথোইববু হাযগে। পুনশি শাংনবা অথোইবা লমবীনে। চেৎনা তৌজৌ- ও। .. নে / বো নে / শো নে / লো নে / মবি অসিনা হকশাংবু লৈ ওইনা ফালিযে। .. দি মৈনে। মৈ কৌবদি অশাবনে। অশাবনা পাঙগল ওইযে। অথৌবা মযাই কাবা নুঙাইপা অসি লৈদগী পোকপনে।। মথং শো নে - শোতি নুংশিৎনে। লাকলেলকী নাতৈনে। নুংশিৎ মহাকতি মাংখিবা তাখিবা লৈতনা মানা মানা পামলিবা মশককী মশকনে। বো দি ঈশিংনে। ঈশিংদি হকশাংনে।। লো না খোইদৌনে অনি অসিনা তিন্নবা তিন্নবা মতমদি শালেমগা খোংশাবীগা ২নে। হো, বো, শো লো মবি অসিগী ফমবী খংগে হাযববদি। মনুংদা লৈবা লাইযম ২দা হো গী মযমনে। শো, লোদা তোংলে। নুংশিৎ, অমসুং খোইদৌদা তোংদুনা লৈযে। লো দি লৈমলেলনে মহাকতি খোইদৌনে। খোইদৌ থমৱাল লাকা অবোংবা অদুনে। অসুমনা খেংঙো। হো লো শো বো (২ ল শ ব) অরুবা ৱানে। মখোয মবিনা শিননা শিননদুনা মথং মথং নুমিৎ, থা থৱানপীচাক চঙ্গী ওইদুনা তাইবংপাল সৈবিকপু শদীলিযে।। মখোয

মরি অসিনা হকসাং মনুংদা লৈতুনা অফবা ফৎতবা তমবীলিবনে। মসি খংনবা খজিকতং হাইগে।। নুমিৎ খুদিং নুং গুম মহৌশা শো । লো। না চৎলিববু পুকনিংনা খঙগদবনে। হানবদা হোনা চৎলে। চৎলি চৎতে হায়ববু করম্না খংগদবনো। হায়রবদি। শো। লো। দো মতাং কৈ ৩ পুলতবনে থাফেৎ ২ কিথি কিলুম তৌবনে। নাতোন নাকচি অনিদা মরেং মরেং চৎপনে। অশুম চৎলিঙৈদদি মহাকক্কী হকশাং খোইশাওলি শাওনা। অশাওবা ব্রা ঙাংলে অসি খংঙো মৈতি অশাওবনে। তৌরিবা খুদম অসিবু খংলবগা পুকনিংনা লৌশিংবু থেমদুনা। শো না ঈশিংনা হিদাক ওইনা চনশিললো।। অসিগী খোংচোমতি হো- হা লাওহনদনা তপনা মৈনা পুকনিং নুংঙাইবা হলাওবা অসিনা মৈবু ফানৌ- ও।। অলেপপনে। মসিবু ঙমলবদি মৈনা চাকপা ঙমললোইয়ে।। হায়বা খঙ- ও।। মথং নুংশিৎনা (শো)না চৎলিঙৈতি। নিংশা শোরাদো চুংখুল চমনা। নাতোন নাচি অনিগী মথক্তা ব্রাংনা চৎথলককদবনে অসুমনা চৎঙমলবদি নংগী হকশাংদো।। পুক লিল কামথোকপা (পুক ইকং কংবা) তিনচুং খানাং নিংবনে। পুক ইথন থনগৎতুনা চানিং থকনিংদে। পুকনিং নুংশিবগী মশকনি। নুংপংবগী মওংনে। অসুম্না খংঙৌ। নাচিননে নালৈনে ঙৌনে ৩ অমনা শাইনা শাইনা শনতরাগী মশক অকোইবতুবু লৈনা লৈনা পাশিলদুনা চনিং তানা।। থোৎথলো।। মসি পুম্নমক নুংশিৎকী তেলনে, খংঙো।।

মথং ঈশিংনা চৎলিঙৈতি। শোরদো মলিক চুমনা নাতোল অনিদা পাঙখক মাননমা থলনা মাপুং ফানা চৎপনে। হকশাংদি রুমথবনে। চাবা থকপা হাওতবনে। নাতোল খোংবনে। পুকতি অথৌবনে। পুকনিংতি অতপপা অশেংবা অইংবা পোকই। মতম অদু থোকলপদি ঐনা ঐনা পামবা মফমদো অতুদা নিংদুনা থব্রাইপু শোরগা লোইননা লোনশিলনা পুশিলহললো লেপনা পাংলবনে। লৈপাকনা পুলিঙৈতি হকশাং লুমথবনে। নাতোল নাকচি অনিসু মুরক চুম্না চৎপনে। পুকনিং পঙঙে মীনা ঙাংবা শকপাসু খুমনিং হাইনিংদে। য়াথং ঙাংবা শানিংবা লৈতে। মতম অতুতা নিংকাতাবাদি।।

নাকোংনা তাবগী নুংঙাইবা। মিৎনা উবগী অপামবা নাতোলগী মনম নুংশিবা।। মরম মরি অসিনা নিশাবু ফাজিললো। লেপনা ঙমবনে অসুম খঙঙো। লাই মরি অসিগী মনুংদা মহাক কৌবা মপুতো অদুদা মিৎকুপ অহুম চংদুনারো চুরা ওইবীলিয়ে। মতম অদুদা পুকনিংদো অফবা তমবা লৌশিং অথোইবা ফাওরকপা অসুমনা খঙঙো।। ব্রাখল অমসুং হায়গে। মৈনা হৌরকলবদি হো গী চৈখৈনা ননলো। হো খৌলিকী মখৈ মহাক লোমদা কাহল্লকনো। মিৎকুপ তরেৎলক শানৌও হকশাং ফবনে নুংঙাইবনে পুনশিবনে। ঈশিংনা হৌলবদি লোদি থম হো না পুংচৈ ওইলো। য়া লোমদা হোনদোকলো নংগী লমচৎ অবাববু লাইনা যাবীদববগী অয়োলপীলে মহৈ থাজকুবগী পুকনিং থবাই তপপনা নিংথৌকী ফমনবা ফালতো। থাম শিল্লবগী লোইলেল তাওরোইনাইনা শাওঙমলবগী মাগী চিলদোলদা শিংনা হোলবসু শো গী পুংচৈ পালননা। শো বো হো না থোকও। অসুম্না খংঙো। ব্রাফম অসিদি চাননাবাবনে হকশাং ফবনে পুর্লশি শাংবনে। অদ্গা লাইগী মমিংদি মীকিংহিং মী হিংশঙ কৌযে। লাই অসি লৈবাদি তাইবংপালপা অসিদা মঙাং লবাং ফমপী ওইনা লৈযে। মনোল অহুম সুনা লৈযে। অমদি অতিংকোক কৌই। অমনা অতিয়া কৌই। অমনা অতিংখম কৌই। অহুমগী মচাদ অমনা অমুবনে। অমনা অঙাংবনে। অমনা অবাওবনে। অহুম অসিবু অমংতা ওইনা শিল্লনাদ যামদি কনা মচনে। মামংদা সংশৈ শঅং হো বে কৌযে। সংশোনা অপোক অসি মানিলু ওমোনিবনে। চাংও অশংবনে শো অংগ নাহৌ খংনসিবনে অমনা মামংনে অমনা হকশাংনে। অহুমগী তিন ফমদি অতিংকোকনে। অসুমনা খঙঙো' হে নিংথৌ যাইফব- ও লাইফম অথোইবা অসিঙো। লাইনিং লমচৎ কামলবা কলমবগা শেদুনা য়ৌরুবা ঙমগদগে হায়বা তাংনা খংঙো। কুলু মঙাং শিদবনা হাযযে। হে নিংথৌ নাওথীংখোং- ও কুলু ঐগী য়াথং আসিবু নিংথৌ পুকনিং তপনা তাও- ও থৱাই হকশাং পুননবা লমলেন হাইগে তাইবংপালপা অসিদা পোকলবদি অলেপপা ইকাইবব্ হেনবা লাইনিং অমা লৈতবে। অলেপপা কৌর্বদি মহৌদাগী চৎপা লৈতনা অকোনবা

চককী লিশুম তোমমামা উলবদি। মশানা ইকাইবা খঙববু অলেপপা কৌয়ে।। অসুমনা অলেপ্পা য়োইলেল পসুং লাংজবা পুম ফৈদা ওইনু তালবাদা অৱাং শা অমগা লোইননা চংনোংকা অসুম খংঙো। অসুমনা লাই কুলু মহাক্লা অলেপনা লেপপীলে। তাও- ও হে নিংথৌ নাওথিংখোং- ও অসুম খঙঙো। লোইলেল নাওথিংখোংদা মাঙাং কুলু শিদবনা ৱোকশংদা হাইপীলমপা ৱ ালমদি অসিনে। হে মীপোক য়াইফবাশিংও ৱালম অসিপু তাবা ফংজলবদি অফবা ফত্তবা খৈপীকপু লেপনা কোককাদবনে। মৈতিংঙু লাইলেল নাওথিংখোংকী হাকতকতা মঙাং কুলু লুৱাং কুলু খুমল কুলু অমনা ফাওবীরমযে।।০ ।।

কুলু হংশ নিংথৌ মহাকতি থৱাই শিদবনে।। তাইবংনা পোৎথাবা (তুম্বা) মতমদা য়েৎলোমদা য়াতানা য়াহিপপীয়ো।।০ ।।

অতিয়া শিদবনা কো সনা পাখঙবগী মমা ওইখরে। অদুগা অশিবদি তৌরোইনাই ওইদুনা মালেম লৈমবু কোইনা য়েৎতুনা মমৈবু অয়ানা চিকতুনা কংলা ফমবাল ওইরে। কংলা হাইবদি থমচেৎনে। থম্পাল লৈকাগী ৱা হাইগে অৱাং থংবা লৈকাদা নেংনিংথৌ হলবানা ঙাকলিয়ে। মইকপু উননরবদি য়াইফবা ওইয়ে।। তাইবংপালতা মীওইনা পোকতরে। লাই ওইখরে। নোংচুপ থংবা লৈকাদা থোংঙা য়েং করুং অহলপনা ঙাকয়ে। খা থংবা লৈকাদা লৈমৈতোল চীংসু লৈবানে।। অদু উননলবদি মী অদুগী মহে হাইঙমলোই।। নোংপোক থংবা লৈকাদা নোংপোক অচীবনা ঙকয়ে। মহাকপু উবা ফংজরবদি অরাম খুফম ফংবা ওইরে।।

**মৈতৈ ইনাৎকী লাইগা মরী লৈননা নুমিৎ থাবালদা থৌনিবা।।**

চহীগী ওইবা শজীফু নোংবা পানবা চৈরাওবা লাইনিংথৌদা অথেনপোৎ কাদুনা চেংবী চেংবা হৈদুনা থৌনিবা লাইনা লাইচাবা ইখুদেং লাইখুদেং তাদবা অফবা অশেংবা চহী অমগী শোইবা য়াদ্রবা চৈরাওবা থৌরমনি। লাইনিংথৌদা কোমবীরৈ লৈরী নৎতনা অতৈ কৎকনু। হৈজাং

য়াই। কিহোম, থম্বাল ছমচেৎ থমবৌ, চমপ্রা অসি কৎপা য়াদে। শংগোমসু য়াদে। লফোই চং থোকপা য়াই।

লাইশোনদি - অহৌবা হয়ি হয়াহে তেংবাল মপু লাইনিংথৌ। লাইনিংথৌ ইপা ইবুংঙো ইমা লৈমলেল শিদবীকোরৌ নোংথৌদি শোরারেলগী মথক্তা নুমিৎ হুমনিগী ফুহিংগী নৱানি হায়না ইপাগী মিংলেলদি ফুহিংশি পীকলেল, ফুহিং সনা লাইজলেল, মহীলেল সনা মহী লাইনিংথৌ কৌইদো। তরাং লাইবাও পীরিবা মালংদা হীহোনবা, মালং শাহুম পুরিবা য়ৌনিংবতা য়ৌবা নোংখোং কোইবা মপুরেলনি, মালেম লৈশেম্বা তাইবংবু শেম্বা লেংলি পাললিবা পুম্নমকপু শেম্বী য়াইবী থৱাই ওইরিবা লাইনিংথৌবু হন্না হন্না খুরুমজে।।

নহাল নোংদি অতিংকোক মরু শিদবা ইপা পনথৌ য়াৱা তুংইন্না তাইবংবু শেম্বী মহাইনা তাইবং মীগী মোংপা মরানযাই য়ুম কা ৯গী কাগুপতা শনথোং পোমাই পুবীদুনা ফমবাল লাংবিখিদো অসিগী য়াৱা তুংইননা নপারিগী মোংপা ইরান য়াই শনথোং কাগুপদা সনা ফমবাল লাংদুনা লৈববনিনা নরুম থুপতুনা লৈরিবা নপারি / নমোম নসু- নচা পুম্নমক চেৎনা চান্না থাগোলবীয়ু। নপারী নমোম নসু নচা পুম্নকপু পুনশিবা নুংশাংবা কপয়াংবা তপয়াংবা য়াৎতবা পাদবা নুংঙাইবা য়াইফববু নোংদমবীয়ু হাইনা নপারী নমোম থ্রৈখোযনা খুবাক চাংজৌ ১০ লোননা ইদু কাইদা লিশিংনা ঙমতা চরৈ য়েৎ যাদা নাপী চীক কোনযাং ৱানা তাবগুম পলেম পনথৌ অনিগী ঙাকলৌখাদা হন্না হন্না খুরুমজে।

লাইনিংথৌদা অথেনশোং কাদুনা খুরুমজগদৌবা অফবা মাকমৈদি নোংমপানবা লাইনা লাই চাই শেংই। ঈ খুদোং লাই খুদেং লৈতে। নিনি পানবা লাইনা য়েন চাই ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈতে অফবা অশেংবা নুমিৎনি হুমনি পানবা লাইনা ঙানু চাই শেংই। ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈতে অফবা অশেংবা থাবাননি। মাকমৈ ১২নি, ২২নি পানবা শেংই লাইনা য়েন চাই। ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈতে। ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈবা তৎনবা নুমিৎতা লাইনিংথৌ খরুম্না য়াদে।।

# "পুরুকশৌবী লাইফমলেন"

## (ইবুধৌ পাখংবগী খুবম)

- ওক্রম মংলেম মীতৈ

সনা কোনুংগী লালোই হঞবা,

খোংমন ওক্রম চিথেক।

পীশক পীকলিঙৈদগী হৌনা মীতৈ ঈনাৎকী ৱারী শিংবুন তাজব থম্মোয়দা কিশি অমা কিদুনা থমজবা, মা মাদুদা অমম্বা অহিংদা মৈখেৎ থিবগুম্না ঐসু চংশিনজবা হৌরকই। ১৯৬৯ ইংদগী মীতৈ মরুপ্তা য়াওবা হৌই। মতমদুগী লাইনিং লম্বী, অশেং- অমাংগী চৎনলোন, হিন্দু ধর্ম্মগা মীতৈ য়েক ৭কী লাইনিংগা য়াম্না কা হেন্না তাথিনবা, হুন্নবা য়েংশিন্নবা অঙকপনি। মীতৈ হিন্দু গৌরধর্ম্ম চৎপশিংনা মীতৈ চৎলবদি মাংই, খুৎ চান্নবা য়াদে, ইহ্নোকনৈ। ওইররোইদবা অরায়বা লাইনিং লিচৎতা থৌনা ফনা য়েংথিনৈ। চহি ৭মুক হৌখরে। অপোকপা মরুপ কৌবা মীতৈ য়েক ৭কী শক্তম কনবা লূপ মালেমদা চোযভায়না তারবা মীতৈ খুন্নায়বু কন্নবা কছার, আসামদা চহি ৭ খুন্তাকপদা, ৱা লানগায়বদা লানজেন্নখরবা নাওরেম, মঙাং য়েক সলাইগী ঙসি মীতৈনা শিংথানরিবা লাইনিংহল ফুল্লোনা ঐখোয় মীতৈ, য়েক ৭ নি, হিন্দু আয্য নত্তে। ঐখোযগী লোন, ময়েক, ইনাৎ, য়ুম্বাললোন, চারৌ মৌরৌনবগী চৎনবী অমত্তা ৱাৎতনা লৈজে। ঐখোয় নিং খা তম্বা, লৈঙাকলোন, হৌরকলোন লৈজবা য়েলহৌঙৈদগী মীতৈ লৈবাক লাইরৈপাক কৌনা হিংজরম্বা ফুরুপনি। ঈবুধৌ পাখংবগী শেংখ্রবা চাদা- নাওদানি। মীতৈ ঐখোয়গী লাইনিং লাইশোন, কংলৈলোন মালেমদা পুমতোপ তোপ্পা লৈজে। ক্বাক্বা ক্বাককী মরোল, ৱাহোংনা ৱাহোংগী, কৈনা তোকপা পোকপ্রা, মপাগী

মচা- উগী উহৈ, মাগী মাগী মমাবোন্না লাইনিং লাইশোন তৌরগা লাইরৈবাক যৌগদবনি। মীগী মরোননা লাইনিং লিচৎনা ইরোন ওইনা হায়বসে অৱ যবা পোৎ শিজিন্নবগুম্বনি। মীগী মমা মশক ফজবীদো ঐগীনি হায়বা খক যারোই। মশা মবেং ফল্লবা উদা উতাংবীনা ফনা ৱাংনা চাওনা নপচ তাংজদুনা, হৌববসু উতাংবীদুনা মপান শাবা মহৈ যানবদা তাংলুবিবা উদুগী মহৈ য়ানবা হৌনদে। মীতৈনা মীতৈবু শক খংজবমদবা, মীতৈগী লু- তোংদা মীয়ান চাগী শান্তিদাসকী লাংদা থুকবা ইনিংথৌশিংগী শোইকুববা খোংথাংদু লাইনিংহল ফুল্লোনা চুমথোবক্তুনা ঙসিদি মীতৈনা মীতৈনি হায়বা ঙমজরে।

অদুম ওইনমক, চহি চা কয়া মৈদিংঙু নিংথৌরেল কযাগী মথক্তা বামানন্দি ধর্ম্ম, কৃষ্ণ হিন্দু ধর্ম্ম, মমৈদা গৌব ধর্ম্ম হাযবসি যৌরক্লবা হোৎনবদা পুযা কযা মৈ শাখিবা, , লাইফম কযা হিন্দুকী লাই মমিংদা থোল্লম্বা, লম কযাগী মমিংসু ওন্থোক্লম্বা, মীতৈ শেংলবাসিংবু বেঙ্গোল্লিগী মমিংদা থোনবীবম্বা, মীতৈ যেক ৭কী মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইৱাং, খা- ঙানবা, সবাং লৈশাংথেমবু হিন্দুগী গোত্রদা য়েক ৯ ওন্থোকখিবা।। ব্রহ্ম সভা লিংখৎতুনা যেক্তা য়েক্তা চাবৌ মৌবৌনবা যাহনখিবদগী মীতৈগী শেংলবা ঈবু নামুংহন্দুনা মীতৈ লৈখা তারকপগী মামংজবদু ঙসিগী গৌরধর্ম্ম চৎপা মীতৈনা ফংগদ্রা, পাথাং পুথাংকোক্কী ইপা ইপুশিংদা ফংগদ্রা ?

মালেমসিদা চাওখৎপগী হীদান্নবা লেপ্পা লৈত্রি। মালেমগী খুন্নায় কয়ানা মপা মপুগী হৌরকফম থিবদা পোৎথাবা লৈত্রি। মীতৈদা পোকচরবা, মীতৈনি খংজববা লাইরিক লাইশু হৈরবা কয়ানা য়েক ৭পুসু ঈপান থাদা তাউথরকপা কাওশিংগুম্না খনবীরে। ঐনা ঐবু শকখংজবা ঙসি ফাওবা ঙম্ম দ্রি। ঐ মীতৈনা ঐবু মীতৈনি হায়বা ঙমজদবসি মীথীবোং মীতম্বাল কৌই। ঐখোয় মীতৈদী মীথবোং মীতম্বাল নত্তে। ঐ কনানা পোকই ? ঐগী হৌরকফম ঈরূপ কদায়দগীনো ? য়েলহৌঙৈগী হৌরকফমনা কদায়দগী... ? লমদমসিদা

য়েলহৌগে মহৌশাদগী করম্বা ঈপা ঈপুনা খুন্দাদুনা লৈরম্বগে ?

য়েক তরেৎকী মনুংদা পোকচরম্বনা নচা ননায় ওইজরীবা ঐনা "পুরুকশৌবী লাইফমলেন" গী মরমদা খংজবা, থেংনজরকপা খরদং পাওদমজবা ওইনা শোথাজরকে, অরান অহুই য়াওরবসু মথংগী চেফোং অমদা চুমথোকচরক্কে ॥

## পুরুকশৌবী লাইফমলেন ঃ

মৈদিংঙু তুবী লাইরেন চরাইরোংবা খৃ ১৬৯৭তগী ১৭০৯ ইং কুমজা চহি ১২ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা সাপম চনু নুংথিল চাইবীদা খৃ: ১৬১২ শুবদা মচা ইবুংঙো পামহৈবা পোকই। (চৈথারোল কুম্বাবা লা: ৪৮) সাপম চনু অতোম্বীদা লোয়াম্বা পোকই। কাংজম চনুদা খপ্লাং পনশাবা সামশাউ পোকই। হিজম চনুদা খমুংবা পোকই।

খৃ ১৭০৯ শুবদা তৃবী চরাইরোংবা তাক্লখা লৈতাং পাৎতা থরো খমচেৎ চাবা, শাফা বাঙম তানবা লৈবাক নিংথৌ অমা ওইবগী মশিল ওইনা হু তোংদুনা মনায় মশনশিংগা স্না খোংলেংলম্মী।

ঈবুধৌ পাখংবগী স্না ঈ অশেংবা মঙাং কংলৈ ময়োন কংলাদগী ইবুধৌ পাখংবনা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনু মচা মশুবু কদায়দা শোইখিগদবে হাইদুনা ৬ক শেনবা ওইনা স্নাগী মচ় পানবা শজি ১ ইবুথৌনা লাংওন্দুনা হানৌ খপ .াদুনা নিংঙায়দনা লৈরিঙৈদা ইনিংথৌনা স্না মিৎয়েং তারুরে।

মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা ইবুধৌ পাখংবনা শজি ওইনা য়াথোরকই গাযবা খংহৌদবদগী মথুৎশু ওইনা পায়রিবা তিমেন তানা স্নাগী শজিদা থৌগল তৌরুবদগী মফম অদুদা শজিদু কঙাওননা কোয়চেন চেল্লম্লগা প্রুক প্রুক শৌনা সনাগী শজিদু মফমদুদা লুপখরে।

চৈবী চৈথেং ফংলবা ইবুধৌনা তরং নোংদোল থক্তগী লাওরকখি।

তুবী ঐগী ঈ শুথাং ওইবা ঙসি কোরৌ নোংদগী খংজহৌরো। কংলাগী নুংজেং ঈকোন, কংলা পুবা নবুধৌ পাখংবা ঐনা কদায়দা শোইখিগদগে খন্দুনা ঙাক শেনবীববু নখুৎমক্লা তিমেন তানা চৈথেং পীরক্তুনা চৈবী চৈথেং ফংহনলকপগুম্না নংসু নচাগী মখুৎতা তিমেন তানা থৌগল ফংজদুনা পুন্সি চেংজেল লোইবা ফংজবোহে। তরং নোংদোন্দা য়াথংসি পীরম্লগা খোঞ্জেলদো উন ব্রাইমুক চিকখবে। তিমেন তানা পানখিবা মফমদুদা প্রুক প্রুক শৌদুনা ঈবুথৌ পাখংবনা কোংঙ্গোল থাদুনা / শৌদুনা লৈরিবা মফম আ তুংগী চারেন শুবেন্দা খংহৌরসনু হাযদুনা ইবুধৌনা শৌরিবা মফম অদুবু 'পুরুকশৌবী' হায়না কৌখরে। তা মখোক তেক্তুনা তায় হায়বদগী তানখা তখোক পাং কৌনরি। ঈবুধৌনা ঙাওদুনা চেনখি খোংবু ঙাও বী য়া হায়না কৌনরি।

লাইগী লাইপাও তারুবা, মৈজিংঙু তুবী চরাইরোংবা পীবাববেলনা স্না মিৎনা মিতারুবা পুম্নমকতু নিংশিংলুরবা ইদু নাহে তম স্না কোনুং কংলাদা মনায মশনশিংগা কারকখি। থোকখিবা থৌদোকশিংবু ফম্নায়বশিং ব্রাতান্নরে।

চীঙু মতিক লৈরবা লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা পস্থবা তৌদনা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা কংলাদগী খোংশানখিবা ইবুধৌ পাখংবা স্নাকোনুংদা কৌজদুনা ঈরাৎলম্মী। পুম্নমক অরেম্বা ওইখরে। লাকউ হায়বা য়াখিদরে। চিরবা তাঞ্জাসিদা ইবুধৌগী ইরাৎপা লোইদ্রিবৈঙদা খারম হাওয়াম্না অকনবা লান হৌরকলম্মী। ঈরাৎপা লোইদ্রিবৈঙদা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা হাওয়াম লান্থেংনবা লেংখিরম্মী।

চীংঙু খোংনাংথাবা উনবী পুক্লিং লাংতক্না ইবুধৌনা মমায় লৈরক্ত্রবদা চিংন- পরৈ পন্দোল লোম ইবুধৌ পীবারেনগী মহুৎ শিন্না লাইতায়নখি।

হাওয়ামগা লান্থেংনরবা মতুংদা হাওগী লুচিংবা লালাম্বা ফাদুনা হাৎলম্লগা লানঙমদুনা হল্লকখি। সনা খোংলেঙকপদা শগোলবন্দ, নম্বুল তুরেল খোংবান্দা হৌবা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোংদা ফমদুনা অব

া ঈশোক লানদুনা পোৎথরম্বী। মপু মাগী খুজিন থৌরাংনি। ইখং খংহৌদনা নোং খাকপা লাউবা, নোংলৈ নুংশিৎ মাইকৈ সলাই খংলক্তরে। অখাক অরাওগা লোইননা (ব্রজ) তারক্লুনা খোংনাংদুগী ময়ায়দা খায়থরক্লম্মী। মৈশা মৈতিকনা য়েবদা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা অশিবা সমু হকচাং পাংখক্লা ব্র াম্বুদুনা লৈরম্মী।

পামহৈবনা মপাবুংনা লোংনা ব্রাম্বুদুনা লৈবা উবদা শাপোৎ লানপোৎ শেৎনা শেৎনা মপাবুংগী থৌগল তৌজরম্মী। নমদগী তারোন তা অমা শৎতুনা মপাবুংগী থজিন্দা থৌগল তৌরম্মী। মীরক নারক য়েংদুনা শৎকে তৌবদা মৈদিংঙু তুবী তরাইরোংবা নিংশিংলক্লে 'তাকনথা পাৎতা থরো থমচেৎ চাবা, শাফা ব্রাঙম তানবা খোংলেংবদা ইবুধৌ পাখংবগী শমু হকচাংদা তিমেন তানা থৌগল তৌরুবদা তরং নোংদোন থক্তগী পাওজেল পীবীরম্বা 'নংসু নচাগী খুত্তা .....' কনানা থিল্লিবা তানো হায়দুনা স্না মিৎনা পাংথোক্লুনা য়েংলুবদা মপারী পামহৈববু থাঙ্গৈশেংনা অশেংবা মচা ওইনা উরুরে। অশেংবা মচামক্লি খংলদুনা হারক্লম্মী -

পারী ইবুংঙো তিমেন তাসি শৎখিগনু, ইপাগী য়াইবী মাংবনা হাল্লগনি। নংসে ইপানা পোকচবা অশেংবা ইচানি। নংনা নত্তে, ঈপাগী ঈরালনি। ইরাল অদুগী তেকচাক ইপানা ইচাদগী মহৈ ওইনা ফংজবনি। তাকনখা পাত্তা ইবুধৌ পাখংববু ইপানা তানা থিল্লুবা, ইবুধৌনা নংসু নচাগী খুত্তা অরোইবা য়াহিপ .....। ঈপাগী য়াইবীনা মাংদ্রিঙৈদা ঈচাদা নিংথৌ খুভম শিন্নরবনি। ঈপারী শরি ব্রাশক অসিতনি নংনা ঙাকলকউ।

অব্রা তোংদোই নিংথৌবু নবেম শিজগী লমন শিংগে থৌরাংলকপা ঈপা ঙমলোইদৌরে। নংনা অব্রা নিংথৌবু ঙমদুনা ঈপাগী নিংবসি থুংহনলকউদো হায়রম্লগা নোঙ্গাখি।

মৈদিংঙু পামহৈবনা খৃ ১৭০৯-১৭৪৮ ইং ফাওবা চহি ৩৯ নিংথৌ

ওইরম্মী। মতমসিদা খোংমী লাম্মী, শগোল লাম্মী, হিগী লাম্মী, থাং তা হৈবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা, মুক্কা কাংজৈ, লমজেল য়াংবা, শগোল লান্দা মকোক থোংনা মরৌশিং শিংনা, মশক মমিং নাইবা অখন্নবা ৬৪ হেন্না লৈরম্মী। খৃ ১৭২৭ ইংদা মনাইশিংদা খরগা লোয়ননা শান্তিদাস গোসাইদা নো-গুন থাংদুনা লৈরকপনা খৃ ১৭৩৯গী মতুংদা রামান্দি ধর্ম্ম মপুং ফানা চৎখিরম্মী। মচিনঙৈদা রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা মীপুম খুদিংমকসু জরি তৌরম্বা, লোই থারম্বা পুম্নমক নিংথৌ মশামক্কা ধর্ম্মসি চৎলকপা মতমদদি রামান্দি ধর্ম্ম চৎতবা মীওইশিংবু শেলতেক লোই থাই অসুম্না মথক মখা ওনলকপদগী লৈবাকসি মতিক ব্রানরম্মী।

শান্তিদাসকী থৌইনশিন্দগী লৈবাকসিগী মীয়াম্না রামান্দি ধর্ম্মবু চৎতবসি মীতৈগী মীহৌরোল অরিবা পুয়া (পুরান) লৈবননি। হো নিংথৌ পুয়া কয়া খোমগৎতুনা মৈ থারবদি চৎলগনিএ। শান্তিদাসকী খুদোম্বীনা উংলবদা ইনিংথৌ পামহৈবা লাইফদিবীগুম্না তৌখরে। কংলা স্না কোনুংদা লৈবা পুয়াশিং, খুলক লৈরক্তা লৈবা কয়া'মা নিংথৌগী য়াথং পাজেনগী মতুং ইন্না অকনবা চৈরাক পীদুনা খোমগৎলগা কংলা কোনুং মনুংদা পৈরগা মৈ থাখি।

লোন, ময়েক, লাইনিং লাইশোন, মীগৌ- থাগৌ, ফিজেৎ চাকচা, চারৌ মৌরৌনবা, য়েক্কা য়েক্কা লৌনহনবা য়ারকখিবা, লাইফম তিনফম, লম লমগী মমিং ওনবা, লুর লুরবা তু খোং হিন্দুগী লাইনিং চৎনলোন্দা থোং দুনা ওস্থোকপীরকগা মীতৈগী লৈজরম্বা পুম্বা মাংহনখি। তৌহৈদবা কয়া শান্তিদাসনা ইনিংথৌ পামহৈবগা লৌতুনরগা লুখ্রবা লাইফমলেন অমা ওইরিবা ব্রাঙ্গোয়গী স্নমহি কোল্লু য়ৈখাইবগা মীতৈ য়েক ৭ লৈজরম্বদু হিন্দুগী গোত্রদা ওস্থোকখিবা, হংলাইগুম্না মীতৈগী পুন্সিবু শান্নরকখিবা, মীতৈবু অমুক হন্না মালেমদগী মরু ফংনা ফুকতৎতুনা মহাভাবতকী মনিপুর ওইহন্নবা শিনলকপদা

ইবুধৌ পাখংবনা খংহনগে মতাগুম্না মশা পুম্বা ইবুথৌ পাখংবগী ময়েক্লা লাংদুনা মশা পুম্বা অঙৌবা পক্নুনা হেদু নাহে তম্নদুনা স্না কোনুং কারকপা ঙমখিদরে। লৈবাক নিংথৌগী মশাদা মীতৈগী চৎনলোনসি লৈরমদবা য়াই, মদুদি লৈবাক নিংথৌগী ফম্নায়বা অমত্তনা তুরৌ চারৌ চুমদবা, তৌহৈদবা, লাইনা লাইথুং পকপা, পেরুক পেদিন তিন্নবা, শাইরুক তিন্নবনচিংবা লমচৎ লুদবা কয়াবু ফম্নায়বা ওইবা য়াদবগী চৎনবীদুমদি ইনিংথৌসু হেনদোক্লা খংবনি শান্তিদাস স্না কোনুং কারকতবগী নুংঙাইতদনা অব্রাবা ওইরে। শান্তিদাসকী মশাদা পকপা অঙৌবদু ফননবা চীংঙু মতিক লৈরবা ঈপু খোংনাং থাবগা ব্র াতান্নরম্মী।

মতম কুইনা ঙায়রকপা তাঞ্জাদু ফংলদুনা ইনিংথৌগী স্না য়াথং হীতোকপসু য়াদবদগী চীঙু খোংনাং থাবনা মীয়ান মচা শান্তিদাসতা তাকপীরে। হায় হায় মিয়ানমচা চংজরক্লবদি মীতৈদি কনবীদো। য়েক ৭ মীতৈদা শিংনবা হায়বসে ইবুধৌ পাখংবা শিংনবগা চপ মান্নেদো, ইবুধৌ পাখংবা শিংনরুবদগী নশাদো চৈবী চৈথেং ফংলে, অঙৌবা পকলে। মচোমপাক নাইদবা, ফমেন ফমদুনা ব্রারক্তবা, শামরক ঙামরক নতু কেনবা লোইদ্রিবা নংনসু।। য়েংঙোই তাজৌহৈ কংলাগী মৈরম পাংবা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা হাক্তক্তা ইবুধৌ পাখংবনা প্রুক প্রুক শৌদুনা লুপখিবা 'পুরুকশৌবী পাংকোয়' য়াথোকফম য়াকাপুং ঈকোলনুংদা লুপচরবদি ফগনিহৈ...। অসুম্না তাকপীরবদা শান্তিদাস চীঙু খোংনাংথাববু থিলহৌ কয়াদা শকখংখ্রবা লাইমক্লি খঞ্জবা মীগী থৌজাল ফংলবদা পুরুকশৌবীদা চৎখি।

শান্তিদাসনা অহানব চংবদা ইবুধৌ শাফোংলক্নুনা লাইজ ইকানুংদা য়েৎখি চিরোংদা .........

হী য়াইনা পুমলং লংলদুনা অঙকপা ইবুধৌগী শকলং শক্তম চুমথাং খানবগুম্না উৎলকলে। শান্তিদাসকী পুন্সিদা অমুক হন্না উররোই, ইবুধৌগী

শক্তমদগী লৌরগা অহানবা মনিগী লৈবাক মণিপুর কৌরসি হায়দুনা শান্তিদাসনা ইনিংথৌদা হায়জবদগী লৈবাকসিগী মমিং মণিপুর কৌখি। পুরুক শৌবীদা লুপ্পা ঙমদবদগী শান্তিদাস হল্লক্লুনা চীঙু মাইচৌ খোংনাং থাবা, ইনিংথৌদা ব্রাকৎপনী চীঙু খোংনাং থাবনা লাইব্রা তিনব্রা ইবুধৌ মিংলেন মিংখৈ তাকপীদুনা হৈকৎ লৈকৎ তমজবদু তাকপীরগা চীঙু খোংনাং থাবনা থারকপনি হায়রগা লংজখিবা খিবিক ঙাকপীয়ু হায়দুনা অমুক হন্না চৎলগা পুরুকশৌবীদা লুপদগী শান্তিদাসকী মশাদা পকপা অঙৌবা লাইনাদু কোকচখি।

মীতৈ য়েক ৭পু মাংননবা শিল্লস্বা, ঙসি চহি চা কয়া হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন্দা লাইচুরবা ঐখোয় মীতৈনা থওইবীদ্রবা পাথং পুথাংকোককী লাইফম তিনফমবু মীরাইজবদগী লাইনা লাইওং খংদবা কয়ানা ব্রাই চায়রক্লুনা পুমাং মাংবা, পুমুৎ মুৎপা য়ানা লৈরম্বদগী মচা মনাই ওইরিবা য়েক ৭ পীবা নিঙোল কয়ানা মশা মশাগী খংজবদা কৎথোকচদুনা লাইফম তিনফম কয়া কনবা হৌরকলে। ঈপা লাইনি, ঈপু লাইনি খংজরক্লদুনা মীতৈ শক্তম তাকপা হৌরকলে। মালেমদা মীতৈ শাফোংলকলে। মীতৈ অমুক হন্না কাংলুপ অমত্তনা নমথবা ঙল্লরোই হায়জনিংই।

মথক্তা লিজখিবা ব্রারীসি নিংশিংবীবা, খন্নবীবা মতম থিল্লবনি য়েক ৭কী মীওইবা খুন্নাইগী অমত্তা ঙাইরবা ইবুধৌ পাখংববু থাগোন্নবীয়ু লোইননা পুরুকশৌবী লাইফমলেনবু খুরুম্বীদুনা মীতৈ শক্তম তাক্লসি।

*ইবুধৌ পাখংবগী লাইফমলেন ঈকোন (পুথ্রি) গী অকোয়বা মনুং অমদি লমখৈনুংদা থোং মাপল লৈ হায়দুনা তাকপীরম্মী, লোইননা পুয়াদা য়াওবা থেংনজরে। লাইফমশিং অদু লাইরিকসিদা ফোংদোকচদরে। মরমদি অচং থোং, অশি থোংনচিংবা অরু অরুবা লাইদু লৈবনা থুপ্লা থমজরে॥*

*- অইবা।*

# "ইমোইনু ইমাগী লমচৎ"

*- সোইবমচা মংলেম, মোইরাং*

চীংঙু খোইয়ুম শিদবা তেংবাম্বা মপু অথোইবা, পিবুকনুংদা খনলকলে, মোমনু নুজা, মরাল য়ুমলেন য়ুমলৈমা ওইবীশিংগী লমচৎ, শাজৎ, মতিক, ময়াই, থৌজাল লনকুবিরগে। চীংঙু খোইয়ুম শিদবগী ওয়থংবা শমু হকচাং তংখাইদগী লাইরেম্মা অমা পুথোকলে। লাইরেম্মা ইমাগী মিংলেনবু ইমোইনু অহোংবি কোলোয়ও মিংথোলখিয়ে। চীংঙু খোইয়ুম শিদবগী থৌশিনবু লুরেল কোকথোংনা তাইবং মালেমদা খোংদালকখিএ।।

ফৌওইবী ইমানা নোংগালোলবু চানলগে নুংখৰা হৌরকলে। অদুঙৈ মশাবি অকোংজাম্বা খুমন পুংয়ায় থাঙৈদ ফৌওইবি ঐদি লুৰাং পুংয়ায় তানলমগে ইমোইনু অহোংবি কৌদুনা লুৰাং পুংদা লাংওন লাংদাই ওইরগে।

ফৌওইবী লাইরেম্মা ইমাগী লাংওন ইমোইনু অহোংবি ওইনা শাথুপথ্রবা মতমদা ইমুং ফুংগা লাইরুদ য়াতখি। কৌক্র লাইফমলেন ফুংগা নুংদুম অহুম মঙাং লুৰাং খুমন্ ফাংখোং হুমগী তুথুপলৌদুনা নমু য়ুমথোং ইমুং খুৎদিংদা ইমাগী খুভম য়াদুনা নুংঙাই য়াইবি মরাং কায়খিএ।।

কংলৈপাক অদুঙৈ মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম লোইদাম ৰাকচীং থাগী ১২ নি পানবদা ইরাৎ থৌনি পাংথোকখিয়ে। চহি অসিমক্তদা কৈথেল তরেৎ লিংখিএ। খুনচাও লৈচাও চাকহোং ঙাহোং পিনবীদুনা চেংকৈলনকৈ থনখিয়ে। অসুম্না মৈনা ৰাই তাংন শম ইমোইনু অহোংবি ইমাগী থৌনিবু শিনথুংনা ইরাৎখিয়ে। লৈবাক নুংঙাই য়াইফয়ে। পোইরৈ ও খুনচাওখিয়ে অসুম মিংথোল ফংদুনা ইমোইনু ইমানা তাইবং নমু য়ুমথোং য়ুমথোং চংদুনা

যুবান লোলবু তাকপি তন্বীবা লিচৎ শাজৎ কয়াবু তমবিখিয়ে। নহান নোং হয়িক চক।।

লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌনা কোরৌ নোংবু খোম মালেম লৈবু নিকতনা পানঙৈদা। কোরৌ নোংমা লাইনিংথৌনা পাওহংখিয়ে। হে য়োইবু খোইমোম নিংথিবি। লাইনুরা পুন্নমকতগী অহেনবী। অয়ুককি কোরৌকুমনা নিংথিবি। নুমিদাং থাজকুম চেংলৌ হেনবি। মালেম খুনকং কোই যুমথোং যুমথোং চং থাংগা যুমবুম য়েং। লৈকাই পনশং কোইনা তরেৎ শেনগাও পাইনা নমু যুমথোং খুৎদিংদা থৌজাল ললয়েনবদি অচান মীরাই নাইনা ললয়েন্বা। নমু পাংশোই নাইনা পানহনবদি খোইমোম করি নোংকিনো।।

খোইয়ুম লাইগী লমচৎতি অচান মীরাই নাইফদে। পুমচেল অখাবা লৈফদেয়ে। হয়েং তাইবং চদোল শুদোল কোইয়ুম লাইবু থৌওইরোইয়ে। চেৎনা লুনা লানিংলোয়ে।। তাবিও লাইনিংথৌ চিনকোই নয়াথংবু তাংজা লুদা থোংনা মালেম তাইবং পালদা। নশানৌ অহোংবি ঐনা তরেৎ শেনজা লনযেন্বা নশানৌ ঐনা অচান মীরাই নাইরমদেয়ে। পাইম ফিগা পৈরমদে পুক্লিং পাংশোই নাইরমদেয়ে।।

য়োংলৈ মেলৈ নাইরমদে অহোংবী ঐনা থৌজাল ললয়েনলমদেয়ে। নমু তাইবং পান্বনা মানা মানা তৌজমনগী মহৈবু তাইবং মনা ফংজবনে তাবিযো। মানা মানা তৌজমনগী মহৈনা মীনি মীমান্নদবনা পাংশোই নাইনা পানবনে।।

লাইনিংথৌ ইবুঙো তাবিয়ো। ইমোইনু ইরমচৎ খোইমোম মোমনু নুপি ওইবি মহৌশা। পাইমা ঐনা য়াদবা উনবি পুকনিংনা পামদবা। খোইমোম অহোংবি লাইরেমবি ঐনা থৌজাল ললবু পরমদেয়ে।

তাইবং লমচাৎ ফৎত্রবা নমু লিচৎ চুমদবা মীদো ইমোইনু অহোংবি ঐনা য়ানিংদে। অরেপ্পা লমচৎপু নাইদ্রবা মীদো ঙৈহাক ফাওবা মফম অদুদা লৈনিংদে।।

তাবিয়ো লাইনিংথৌ। তাইবং ওইবশিংনা নুমিৎ খুদিংগী মাইথোং

মকশিন্না অৱাবা ৱাখলদা খনলবা মীদো ইমোইনু ঐনা য়ানিংদে। নুপা ওইবনা তরা চিনদমবা মতমদা শেগাইবা ফিবু শেৎ, অকাইবা ফালবু ফমলবা মীদো লনলৈমা ঐনা য়ানিংদে। তরা চিনদমবা অহান্বা চথোমদা ঐগী শরুক তমদবা অদুগুম্বা মীদো ইমোইনু অহাংবী ঐনা য়ানিংদে। তুম্বদা শেৎপা ফিগা তরা চাকপু চরাবা তম্বা মীদো অহোংবী ঐনা য়ানিংদেয়ে।।

নমু মরমচৎ চুমদবা তাইবং ওইবশিংগী মফমদা ইমোইনু ঐনা য়েংনিংদে ঙৈহাক পুংকোই ইমোইনু ঐনা লেপনিংদেয়ে।। লৈরাং লৈনম য়াওদবগুম শিংঙেল লৈগুম লৈথাদবনি। লমচৎ নাথবী ফিজেৎ ফিগাই শেৎপী হকচাং কয়াৎপু মীয়াম তিনবদা উৎথোকপী লমচৎ নাইদবী অদুগুমবি নুপিগী ইমুংদো ইমোইনু ঐনা হৈনিংদে হন্না য়েংনিংদেয়ে।। ইমুংদো মরা চেৎলোই উনবী মহি লাংগনিয়ে খংঙো। নুপি ওইবিশিংনা চিংহি শন্বাল লাংদ্রবা ইরু শাদেংদনা তরা চিনদমলবা মফম অদুদা লললৈমা ঐনা লৈনিংদেয়ে।।

নুপি ওইবিশিংনা মশা মউ তরু তনান্না লৈবা হৈত্রবি শম শংখোং ফাওবা শেংদ্রবি মফম অদুদা তরেৎ শেন খাইরমদে মিৎনা হন্না য়েংলমদেয়ে।।

তাবিয়ু লাইনিংথৌও। নশানৌ ঐগী ইরমচৎ য়ানিংদবা মথংশিংনা হায়জরগে। তরা চাক চাবগী খুৎ হামবগী ঈশিংনা কোক্তা থাও তৈবগুম তৈরবা ইমোইনু ঐনা য়ানিংদে। শমু খ্বাংদা শেৎবা ফিদা তরা চাক চারগা তৈথোকলবা, নুমিৎ তারগা শিংখাইরবা, নুমিদাং য়াচংবদা মীবু কৌদুনা ইশৌ লাংলবা, নমিদাং খুশু খুৎলাই মপালদা হুন্দোকপা, নুমিদাং মপালদা ফিবু ফৌদুনা থল্লবা, নুমিদাং লৈকাই কোইবা অদুগুম্বা মোমনু ওইবিগী ইমুংদো অহোংবী ঐনা য়ামদেং ইনম মুকলনি।।

মোমনু নুপি ওইবিশিংনা মীমাংদা শমবু থাদোক্নুনা চৎলবা, ফিজিনা ফিনম্মা মীঙোনদা থেংগনবি, লৈকাই মচেম মনেম, মবুং মৌপ্বাবু য়েংকন্বী ওইনা খনলিবা, কোরৌ নোংখুৎদিংগী লৈকাই কোইনা ৱাচুম শুবি, মোংবা য়ুমগী অফা ফত্তবু কোয়না চৎলগা পাউতোইগনবি। ইমোইনু ঐনা য়ানিংদে।।

মোমনু নুপিজা ওইবিশিংনা মালেম লৈমাইদা খোরি খোৎলগা ৱারী

শাগনবি, খুবাক য়ান্না ব্রাঙাংগনবি, খুৎনা নাকোং থেৎলগা ব্রারী শিবুন শাগনবী, ওইদবা ব্রাঙাংনা মীবু লৌনম তৌদুনা মরাল শিগননবী, মীগী মপোৎ মীহৌগনবী, নমু মীওইশিংগী মোংবা মরাং য়াইদা অহোংবা ঐনা ইমিৎন হন্না য়েংলমদে য়ামচেং ইনম মুকলমনি॥

তাবিয়ু হে লাইনিংথৌও ইবুংঙো। লেমলৈ ঙাবু চান্নগী ঈশিংনা, তরা চেংচামবগী ঈশিংনা শমু খোংহাম খুৎপু হামলবা, খোং খুৎ হান্নগী ঈশিং খোংজুম অদুনা শুমাংদা হেক্তা হৈদোকপা, মীরুমদা তরা চাকপু চারবা, লোক তিন শুমাংদা হেকতা শিৎচনবা মফম অদুদা মীথোই মীহেন তানফরোই ইমোইনু ঐনা ঙৈহাক ফাওবদে পোৎথানিংদে॥

নুমিদাং য়াচংবদা যুমথোংলানবু মৈলৌগনবা, তরা চাকপু চারিঙৈদা নোইনু থুম চফু পাদুনা থুমবু লৌরিবা, লেমলৈ ঙারুক পাইদুনা লেমলৈ ঙাবু লৌববা, মৈবু মুৎলিঙৈদা তরা চাকপু চিনদমলবা লনলৈবা ঐনা যানিংদে॥ শমু ইমাই লৈরম্মী হন্না য়েংলমদে অহোংবি ঐনা লৈনিংদেয়ে॥

তাবিয়ু লাসনিংথৌও। নুপা ওইবশিংনা চাক থোংবদা খাবৈ অতেকপনা থিবা তরা চাক চারবা, তবা চাকপু চারগা অরেম্বাদে অমুক হনজিন্না চাববা, নমু মীওইবনা থাওনা মশাদা তৈরগা থবক চৎলবা তমবা নুপা অদুগুম্বা মীওইশিংগী মরাল যাইবু অহোংবী ঐনা হুলানলমমমে। শংলৌ মবিচৎপা য়েলাং মউ নাইদবা শেবোৎ মাইবেল খোক্রম মরি মখাদা লিৎতুনা চৎলিবা, চবৈ ফিয়ানখোক লিৎলিবা, মোংবা খরাই থোংগান কোনথোংবু লিৎতুনা চৎলিবা, নমু নুপা নুপী অদুগী মবাং য়াইদা ইমোইনু অহোংবি ঐনা থৌজাল লনকুবীরমদেয়ে মীৎনা হন্না য়েংলমদেযে॥

তাবিয়ু লাইনিংথৌ ও॥ নমু যুমবাল পুন্সিদা লৈরিবা পিবা চনুরাশিংনা মশা মশাগী মপোক নুমিৎ অমদি পাংদনা থাবালশিংদা ফমদিন্নবা হৌনলোলচৎ খংদবা॥

য়েক মশেল লৌনবা পি-পা অদুগুম্বা মফমদা ইমোইনু ঐনা খুনিংদোন কাংলম্মী য়ামচেং ইনম মুকলম্মী। অহল লমন মশক খংদবা লমচৎ

বেবার খংদবা শেরাল তুরাল তৌবা মফম অদুদা ইমোইনু ঐনা লৈনিংদে।।

লাইনিংথৌও তাবিয়ু। চেংফুদগী চেং খোং খোংনা তেংনা কোংতুনা লৌরগা চাক থোংলিবী, চেং অদু খজিকতং ওইরবসু হনজিনগনি। নংত্রবদি লাইর তানগনি। চেং চোইরগা নত্রগা চেং ব্রালুরগসু চেংফু মনুংদা হৈজিনদনা থুমোক তাইরুকতগী হেক্তা কোংতুনা থেংলিবশিংগী মফমদা ইমোইনু ইমানা হন্না মিংনা য়েংলমদে লৈনিহদে।।

চেংফু চোইরিদৌ চেংবু খন্না খন্না চেং চাবা মোমনু ওইবিশিংগী লিচংতু অহোংবী ঐগী য়ানিংদে। চেংফুদগী চেং ওনবদা চেংফু মখোংদা চেং তারবদি খুনগংতুনা চেংফুদা হাপচিনগনি। চেংফুগী অকোইবদা চেং তারবদি ইমোইনু ঐনা ঙহাক ফাওবা মফম অদুদালৈনিংদেয়ে। চেংফু তুহন্দুনা চেং হৈদোকপা ইমোইনু ঐনা পামদেয়ে। মফম চাদনা লৈবা চেংফু অকাইব হাপফদে। চেংফু মফম নাইদনা হোংদোক হোংজন তৌবা, চেংফু মমাংদা চাকখুমদা লুখাক চগুম চাইদুনা থম্বা ইমোইনু ঐনা যানিংদে। অসিগুম্বা য়ুম্বালবু অহল লমন পানদবা কোইচাই য়ুম্বাল কৌই ইমোনু ঐনা য়ানিংদে।।

শাওদুনা পোং চৈদা খোংনাকাওবা, থুগাই য়ৈখাইবা, মফম অদুদা অহোংবি ঐনা ঙহাক ফাওবা পোংথানিংদে। য়ুমগী নুপী ওইবিনা তুমলমদাইদা ফুঙ্গা থৌগল কাওরোইদবনি। নিংথিনা শিচিন খোমজিনগনি। ধুপ মৈরা কংপিগনি। ব্রাখল নুঙাইনা পুক্লিং লুমনা পোংথাগনি। অদুগুম্বা মফমদা ইমোইনু ঐনা চরৈ ফিবু কনগনি। পুন্সি নুংশাং পিবিগনি।

চাক থোংবা মতমদা চেং খরদং মৈদা কংলগা থোংগনি। শোয়দ ঙামদনা থৌজানবিয়ু নিজগনি। থোংবা থাকপা লোইরগা অকোইবা তকশিন খোমজিনলগা চফু উয়ান মফম চানা থমগনি। থোংলিবা মথেল লুকোইদু ইমাগী তমবিগনি। চদুম অহুম তারগা চফুদা চানিংহনগনি। অসিবু খংবা ইমুংদা ইমোইনু অহোংবী ঐনা মফম অদুদা লৈনিংই।।

ইমুং ব্রাই শিংচিনলকপদসু ফুঙ্গা লাইরুদা খোমজন্দুনা লোইশনগনি। ব্রাই শিংচনবা মতমদা অরৈনু ইমা লৈশিনবীরকউ, অখোমনু ইমানা

খোমজিনবিরকউ হায়দুনা খোমজিলমগনি। মসিবু খংবা নুপি ওইবিশিংগী মনাকতা ইমোইনু ঐনা পুন্সি নুংশাং পিবিয়ে॥

তাবিয়ু লাইনিংথৌ ও। য়ুমবানলোন মশক খংবা নুপা নুপি অনিনা হকশেল কাংলোন নুং পান খংনা চৎপা, হকচাং শাজেলবু শানরবা, চিথৈলোলবু মশক খংবা নুমিৎ থাবাল য়েংদুনা পুক্লিং মকা লামনা লাইবু নিংলিবি, ইমুং অদুদা ৱাৎতা পাদবা নুঙাই য়াইফা ললকুবি মফম অদুদা ইমোইনু ঐনা লেংদনা লৈয়ে। মতম অহুমবু মশক খংনা লাইনিংবি, অয়ুক অঙনবগী মঙাং লাইনিং, নুমিৎ য়ুংবগী লুৱাং লাইনিং, য়াচংবগী খুমন লাইনিং কুরু অহুমগী মশক খংবা নুপা নুপীশিংগী নমু য়ুমদা ইমোইনু ঐনা লৈ। ৱাৎত পাদবা নুঙাই য়াইবি মরাং কাইনা বিবিয়ে খংঙো তাইবং॥

ইনুং ঙান খোমলেন মীকপ্ থোকলক ফমুংদগী কুমথদ্রিঙৈ মপুগী মিংথৈ শোনগনি। মালেম লৈমাইদা খোংনা কুমদ্রিঙৈ শমু খুংনা লৈমাই শোক্ল । লাইবক কৎপিগনি।

মংগোল খেনজোংলাং য়ৌরগা কোরৌ হনবা ইপাবু পুনেমজগনি। শমু হকচাং চিনফু মাইতারগা ৱাইশিৎ লমশেংগনি। শমু হকচাংবু শৈদেংগনি। কোরৌ হনবা ইপাদা ঈশিং খুৎজোক কৎপিগনি। মঙাং কুরু শিদববু মৈবী মৈরা হৈরাং লৈরাং থৌগনগনি। মরুগী শিন্থাবু লোইরগা তাইবং শিন্থা পাংগনি। অসুম্না মরুগী মশক খংবা ইমুংদা ইমোইনু অহোংবী ঐনা লৈনিংই।

তাবিয়ু লাইনিংথৌ তাবিয়ু। মপুরোইবা লৈরবি মপুরোইবনা অরাপ্পা মফমদা চৎখিবা মতম মপুরোইবগী পিফম ফমুং নিংথিনা ফজনা হৌজিক হৌজিক তুমলি ৱাখল তৌদুনা ফিরোল লোইশিন্দুনা থল্লিবী মপারী মমোমশিংবু মফম অমদা চৎখিবা মতমদা ৱাখল অসি ঙাকনা থৱাই মিবু কৌশিন্দুনা য়ুমগী নুপী ওইবিনা তৌরবদি মীওইশিং অদু লমলক্তা শিবা হৌনদে। অদুগুম্বা লমচৎ ফজনা চৎলিবী মোমনু ওইবিগী মফমদা ইমোইনু ঐনা পুক্লিং মরা তপ্পা লৈজনিংই।

তাবিয়ু লাইনিংথৌও তাবিয়ু। মপুরোইববু লাইমকনি খনবি মকুবোক মনেমবোকপু কিনা হংগোইনা চৎপি, মচা মশুবু লুনা চান্না তৌরিবী, লৈকাই মচেম মনেমবু অরৈ লৈতা তানবী অরৈ অরৈ চামিন্নবি হলাও হরাও হরাও মোমোনা লৈগনবী মফম অদুদা ইমোইনু ঐনা লৈনিংই॥

মরু শিদবা মপুগী মতিক ময়াইবু পাওদমবি, পি-পা অসিগী শংলেনদা খোইয়ুম ইমানা লন-থুম, হি, য়াই পিনবিয়ে অনা অয়েক ঙাকপিয়ে। মালেম তাইবং পালপা অসিতা নমু মীওইপশিংনা ঐ মশক খংপপূ ইমোইনু ঐনা পুন্সি নুংশাংও নুঙাই য়াপি মরাং কায়না পিপিয়ে। হে মরু শিদবা তাইপং মোমনু ওইবিশিংদা শিনতম শিনতাকপসু নমু মীওইপোক অথোইপা থব্রাই মঙামকপু কোনশিনপিয়ে॥ ইমোইনু ইমা অহোং অচাওবি ইরিক তৎতবি অরাই কংদবি তাইবংগী চাক্কি ললগী মপু লইরিবি তাইবংবু য়োকলিবি ইমা॥

ইমাগী শয়োল লাংওনদি নাপারি নমোমশিংনবু থাবদা ঙম্বা নতেদো। নচুনা চুমথাং ওইরিবি নতু তুরিক খুদিংদা সনানা হজং য়ৈরিবী মিৎলু অনিমক্তা হি য়াই ওইনা ঙানলিবি সনা কোনফুরেল তনৌবি ফম্বাল থক্তা ঙানথোইবি॥ ফুঙ্গা লাইরুদা লৈরগা ইমোইনু অহোংবী অচাওবি হায়নবু মিংকৌবি ইমানা মোংবা ইমুংগী চেংফু ফুরোল নুংদা য়াতরিঙৈ চেংলৈম লাইরেমবি ইমা হায়নবু কৌইদো॥ ইমোইনু ইমানা চাকখুম শংলৌ মথেল ললাংফমদা লৈরগা অখোমনু ইনা কৌইদো॥ ইমানা খুঙ্গা লাইরুদা লৈরগা অরৈনু কৌইদো॥ ইমানা পুককৈ চেংগৈ লনগৈ ব্রাংত পাদা পিবিরিবি ইমোইনু অহোং অচাওবি হায়না কৌইদো॥ তবা চাকনিং খাকনা চাকশৌবি ব্রাংলৈনা য়েননিং খকনা য়েনশৌবি অযুক্কী তরা ব্রাংতবি নুমিদাং চবা নোংদমবি॥ ইমানা মোংবা যুমবু কোননা লৈরগা লুপলেন কজাও য়াবি ইমা কৌইদো॥ লৈশেমঙৈদা লৈমা তরেৎ লাংওনলিবি ইমা॥ হিরৈমা, য়াইরৈমা, হিকুবি, য়াইকুবি হিখোমনি য়াইখোমবি য়াইসনা হায়নবু কৌইদো॥ ইমোইনু ইমানা মোংবা যুমজাও কানুদা ফৌকোৎ নুংদা লৈরগা ফৌওইবি ইমা হায়নবু মিংকৌইদো॥ চেংফু নুংদা

লৈরগা চেংলৈমা ইমা কৌইদো।। ইমানা ঙারুকতা লৈরগা ঙারৈমা ইমা কৌইদো। নোইনু থুমফু নুংদা লৈরগা থুমরৈমা ইমা কৌইদো।।

অয়ুককি চরা ৱাৎতবি নুমিদাং চরা নোংদমবি নোংবু চুদনা শাইচোৎপি। নুংশাবু শাদনা শাইকংবি অহিং লিক্লা তাকতবি নুংথিলবু লিলা কংদবি লিককোন অচংবনা খাওল্লিবি। নোংদ্রেন থকতা য়াতাবি ফুরেল লৈবা লুচাওবি নকথালৈবা পাওদোইবি ইমা।। নরিকনা নঙান্না ঙাথোইরিবি ইমোইনু ইমা অহোং অচাওবি।। কুমগী কুমলোল লাকলগা কুমলৈ কুমজোল ইমানি।। কোরৌ নোংথোরোল মপালমতগী মালেম লৈখারোল তরেৎমতগী ৱাৎত পাদা পিবিরিবি ইমোইনু ইমা।।

মাইকৈ মরি শুংদাই নিপালমক্তগী হি য়াইবু চিংশিনবিরকউ।। নপারি নমোমশিংবু ৱাৎত পাদা ইমোইনু ইমানা পিবিয়ু ইমা! মম, মম লালা কু কু হাই হয়া হে শিদবি ইমা।। ইমোইনু ইমাগী নুমিৎশিদা।। লাইনিংথৌদা অথেল পোৎ অমা।। ইমা লৈমরেলদা অথেলপোৎ অমা।। শলাইরেল শিদবদা অথেলপোৎ অমা।। ফুঙ্গা লাইরুদা অথেনপোৎ অমা।। নুমিৎতুগী চংগদবা অথেলপোৎলমশিং লাইরুদা থেনগনি।।

ঙাঙৌ অমা ঙারম তরেৎ য়াওবিগনি।। থোংবা থাকপা লোইরগা লুকলেল অহুম কৎপিগনি।। নুমিৎ হুমনিদি ফুঙ্গা লাইরুদা মৈ মুৎপিরোইদবনি।।

চেংফু অথনবা, ঙারুক অথনবা,
থুমফু অথনবা, থাওফু অথনবা,
ঈশিং পুন অথনবা, মথেল লুকোই অথনবা।।
তরেৎ শেনগাও হি- য়াই অথনবা
মাগী মাগী মফমদা লেংদনা থমবিগনি।।
নমু তাইপং য়ুমথোং খুৎদিংনা
ইমোইনু ইমানা হরাও শকশেন তমলঙে
মৈরি মৈবা কৎপিদুনা
হি য়াই ললবু নিবিয়ু।।

# “হিয়াংথাং লাইরেম্বী”

- শাদোকপম বীরজিৎ মঙাং

থাইনা মমাংঙৈ মতমদা ইরমদম মৈত্রবাক ঙসিগীনা কংলৈপাক (মণিপুর) হায়না খংনরিবা লমদম অসি লাইজ (ঈশিং) না কোইশিন্দুনা পুমলং লংলম্মী হাই।। মতমদুদা ইরাই পুরেল অহন্না মাগী কুমজা চাকথা পীরকতবদগী সাওদুনা ঈথক ঈপোম কন্না হৌরকপনা চিংশাং নাপোম কিন্থদুনা সরিলেন্না চিংবা লাইয়াম পুন্নমক লৈবা ঙম্নরকতরে।। মতম অমদা লাইয়ামশিংনা ঈরায় পুরেল অহনগী কুমজা চাকথা তম্বা হাইনখি।। মরম খিবিক অদুবু লাইয়াম্না কাওথোকখি মসিদগী পুরেলবনা শাওদুনা তৌরিবনি হায়বসি লাইয়ামশিংনা খংনরে।। অৱাবসিবু কোক্লবা খিবিক লাইয়ামশিংনা ঈপুরোইগী মরিদা মরম খিবিক হংজখি। ইপুরোইনা থৌজান্না লাইপাও ওইনা হাইরকই - “তাও তাও সরিলেন, ইরায় পুরেল শাওবনা মাথেন ফংনা শাওখরে।। কুমজা চাকথা তম্বনা পুরেলবা থেম্বা য়াররোই।। নংগী ননাক্তা লৈরিবী লৈমা তোনবীবু থাদুনা লাইজা ইতোন ঙাকপা য়াওরুরবা মতমদা পুরেলবা মরায় চাইগনি”, ঈপুরোয়গী য়াথংসি সোয়বা য়াদে খংদুনা লাইয়ামশিংগা ৱা তান্নরে।। লৈমতোনবিবু কৌথোক্লে অদুগা অসুম্নবু হায়রকই, লেমতোম্বী ইবেম্মা ইপুরোয়গী য়াথংনি ইরায় পুরেলগী মনাক্তা চৎতুনা লাইজা ইতোন ঙাকপা য়াওরুরো।। অসুম্না সিদ য়াথং পিরকলে।। সরিলেনগী য়াথংবু লৈবা তোম্বীনা ফীগাও শানা য়াদুনা অসুম্নবু হায়রকই - “লাইনিংথৌগী

যাথংবু সোয়বা য়াদে খংজরি।। তৌবতবু লাইরেন্বী ঐগী তুংইন মরুপ খরদংবু নিজরিযে ননাইনা"।।

ইবেম্মগী মপাও তাবদা লাইনিংথৌনা হায়রকই ঐগী নাক্তা লৈরিবী হেলোই তবেৎ অসি পুজবো মযাথং থৌজাল পীরক্লে। সরিলেনগী থৌজাল ফংলদুনা লৈমতোনবী ইবেম্মা হেলোয় তবেৎকা লোইননা ইপাক তম্না কুম্ললে, পুবেলবগা উন্নবে। লৈমতোন্বী ইবেম্মনা মরম খিবিক লিররে। ঈরাই পুবেল অহনবু মবুকনিংবু পেন্দুনা ইংনা চিক্লা লৈখ্রে।। লৈমাতোনবী ইমেম্মা ইতোন ঙাকউ হাইদুনা ঈশিং ঈতোন ঙাকখ্রে, হেলোই তরেৎকা লোইননা।। ইথক ইপোম হৌবন্বা পুম্নমক লোইনা মরায় চমখ্রে।। অচৎ চৎত পুম্নমক ইংনা চিকনা লৈখ্রে ইবাই পুবেল হাকতক্কী "ইরাই লৈমা" হায়খ্রে, মতৌ অদুম্না নুঙাইনা পানখি।।

## ঈরৈমা ইমাগী অনিশুবা লাংওন

খোই চহীরোন ৬৫৯ নিংথৌ অয়াংগী মতমদা নিংথৌ অসিনা লৈবাক ব্রায়েন নুঙাইনবগীদমক লংথবাল লমদমদা খুল্লাকপা ওইনা খুনজাওববু হাপই।। মতমসিদা খুঙ্গাওবা মচা অমত্তা পোকতে।। মরম অসিদগী খুল্লাকপনা হৈবোক লৈমদা থৌনিজদুনা মহাক্কী তালোই লৈরিক খোন্বীনা মমোম অমা ফংজখি।। মমোম অসি ফংজবদগী খুঙ্গাওবা অমদি লৈরিকখোন্বী অদুক্কী মতিক হরাওজখি।। মতমসিদা খুল্লাকপবু হৈবোক চীংঙদা মীযাম্না সংগায শাবীদুনা থমখি।। মবম অসিদা মহাকপু হৈবোক নিংথৌ হাইনা খংনখি। মমোম অসিগী কোলোই মীংলেন্না কুমজাবেন্বী কৌই।। ইবেম্মা মহাক্তে চিংউ লাইগী শাইওন ওইবনা মশক মতৌ ফজবদা মফম শিন থুংনা খংনৈ।। মমোম মাগী মতিক ময়াইনা মাগী ইমুং মনুং অমদি খুন শিনবা থুংনা নুঙাই য়াইফনা চাহোং ঙাহোংনা পাল্লম্মী।। মতম অসি খুমন লৈপাক্তা পুন্সিবনা নিংথৌওই, অমদি খুৎকন পাঙ্গল্লী। মচিন মনাও অহুম শুই।। হাওরম নুঙ্গোইহন, হাওরম নুঙ্গোয য়াইমা অমসুং হাওরম নুঙ্গোয়তোন অসিনি।।

নুঙ্গোয়হন্দি লিকলাংগী ব্রাথোক অমদগী নুঙ্গোয়তোন্না হাৎতোকখী। ময়াম্বা নুঙ্গোইয়াইমসু মনাওগা লৈমীন্নবা ঙন্নরোই খন্নদুনা কেগে মোইরাং লৈপাক্তা শৈদাংবা চেনখ্রে।। মসিদগী নুঙ্গোইতোন্না খুমন্দা নিংথৌ ওইদুনা লৈহৌই।। মহাক্কী কোলোই মীংলেন্না পুন্সিবা হাইনা খংনহৌই।। নোংমদি নিংথৌ পুন্সিবনা শাবন লমথোকউগে, কোংবা লময়েংউগে হাইদুনা মনাই মশন ময়ামগা হাওরে অৱাং পাংনা লাকলমই।। মতমসিদা কুমজারেম্বী ইবেম্মা মতারোই ময়ামগা তরাহে পাৎচিন্দা ঈল চিংদুনা লেমলৈ ঙাচং তাল্লস্বদু উরুবদা নিংথৌ মাগী মিৎফম হোংবা য়াখিদ্রে।। নিংথৌনা কুমজারেম্বী য়েংদুনা পাওমেনলকই - "হা ইবেম্মা চেংলৌ শক্লা হেনলবী কোলোই মিংনা করি কৌবগে, করি লমদা লৈবনো, পলেম পম্বৌগী কোলোয়না করি কৌবগে নিংথৌ ঐহাক্কী পুক্লিংনা খোইদারুরেনে ইবেম্মা নহাকপু।।" নিংথৌগী মপাও তাবদা কুজারেম্বী ইবেম্মনা সুম্না পাওমেনলকই - "হাদা খুমন নিংথৌ য়াইফবা, নচন ঐহাকতি হৈবোক নিংথৌগী মমোমলোই কুমজারেম্বী কৌইদো শহুম চাওবা নিংথৌগী তালোইশিংদা চঞনিংদে পম্বৌ মোংবা শঙ্গাইনুংদা পুন্সি লেনগে খঞরিয়ে।।" নুজা মপাও তাবদা খুমন নিংথৌ ইকাই নুংশি য়ানখি।।

খুমন নিংথৌনা মনায় মশন অমুক থাদুনা হৈবোক নিংথৌগী মচানুপীবু হাইহল্লুই হৈবোক নিংথৌনা, লৌনম তৌদুনা ঙসিগা থানা মঙানিশুমা নুমিত্তা খুমন মরাইয়াইদা মমোম্বু থাজরক্কে হাইনা খংহনখ্রে।।

নুঙাইবা মপাও পুদনুনা খুমন নিংথৌগী মনায় মশেন সনা কোনুং তম্না হনখ্রে।। মতুংদা নিংথৌনা মমোমগী মবুকচেল খংনিংলদুনা "ইপাগী ইমোম কুমজারেম্বী নহাকপু খুমন নিংথৌদা ইপানা থাজখ্রে" মপাবুংগী মৱা তাবদা কুমজারেম্বীনা হাইরকই - ইপা ইবুংঙো নমোমদি খুমন পুংদা লৈজবা ঙমজরোয় শহুম চাওবা খুমন্নি।। মমোমগী ৱাহে তাবদা নিংথৌনা পাইমা ৱাখল তৌবদা খুমন নিংথৌদি য়াম্না খুকন পাঙ্গনবা নিংথৌনি, পিরোই হায়রুরবসু নমদুনা ফাদুনা পুখিগনি, পিগে হায়নসু হায়দোকখ্রে অসুম্না

মপাবুংনা লৈবদু উবদা মমোম্না ইপা ইবুঙো করিগীদমক অদুক নুংনাংবিরুরিবনো, খুমন নিংথৌদু মপাঙ্গল কনবা নিংথৌসু ওইসনু মনাই মশেনসু যামসনু মাইথিবা পীগনি হাইনা মপাবুংবু থেমজিঞ্জখি।। মমোমগী য়াব্রা তাবদা হৈবোক নিংথৌসু ব্রাখল লৌশিং লাক্লদুনা মনায় মশেনশিংগা ব্রাফম কয়া খন্নরবগী তুংদা লানগী শেম শারম্মী।।

হাইনখিবগী মতুং ইন্না খুমন নিংথৌ মঙানি সুবা নুমিৎতা মনাই মশেল ময়ামগা লোইননা লুহোংবগী থৌরাং তৌদুনা ফিঙাইরুক, লুকমায়দা অথেনপোৎ অমদি হৈজিং খরায় পুদুনা লাক্লে।। অদুবু ইবেম্মা কুমজারেম্বীদি ফিমু শেৎতুনা ফিমুগী কোকয়েৎ য়েত্তুনা খুত্তা থাংশাং পাইদুনা লানগী থৌরাং লোইখ্রে।। খুমন নিংথৌনা মনায় মশেনশিংগা লোইননা য়ৌশিল্লক্তুনা তরাহৈ পাৎয়াইদা হি খামদুনা থমলগা মনাই থাজিল্লক্তুনা হৈবোক নিংথৌ (খুঞ্জাওবা) গী মমোম লৌবা চৎলুবদদি হৈবোক নিংথৌনা ইমোম মশানা য়াদ্রে ইমোম পীবা ঙম্লরোই হাইরকলে।। হৈবোক নিংথৌগী মপাও তাবদা খুমন নিংথৌ অশাওবনা মাংওইনদুনা ঙসিগী নুমিত্তা হৈবোক নিংথৌ হাৎলগা মচানুপী নমদুনা লৌগনি হাইনা সনা তেন কাপ্পা হৌরক্লে।। নাকল অনিমক অকনবা মওংদা লান শোক্লরম্মী।। ঙাইহাক লান শোক্লরবা মতুংদদি খুমন নিংথৌনা লাকশিল্লক্লুনা হৈবোক্কী লানমীশিং কাইদুনা চেন্নবা হৌরক্লে।। মতমসিদা কুমজারেম্বী মজাইবেম্মা চোংথোরক্তুনা খুমন নিংথৌগা লম্বা তৌনরে।। মতম অসিদা হৈবোক নিংথৌনা মতিক ময়াই কল্লবা লাইজা (ঈশিং)না চাইরকপদা খুমন নিংথৌনা তোংলকপা খোঙনেৎ হি অদুদা চোংবদা খুদক্তা নুঙ ওইখ্রে, মসিদ নভনা শামু, কিঙমরুক, লুকমাই, হৈজিং খরাই পুম্নমক লোইনা নুঙ ওনখ্রে।।

হৈবোক নিংথৌগী মহৈ অদু উবদা খুমন নিংথৌনচিংবা লানমী পুম্নমক কাইদুনা চেন্নখ্রে।। খুমন পুম্নমক মাইথিদুনা চেন্নখ্রবা মতুংদা মমোম ইবেম্মবু উরক্লবদা মপাবুং নিংথৌ খুঞ্জাওবনা কোইথি থিরবা ফাওবা ফংবা কৌবা নরৈখিদ্রে।। ইরাই লৈমনা উরক ব্রারক্তা ফাওদুনা চেনবদা মশাদু খেৎতুনা ঈ

থোকই। ইরাই লৈমনা লাই পাখ্রা চীংচেপলোমদগী চেনখিদুনা লিৱা তুরেল লানথোক্লে।। অদুম্না চেল্লকপনা মহাক্না শরাংথেম লুৱাংবগী ফৌকোৎ মখাদা লেপ্তুনা লৈখি।। (মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা অমা, লান শোক্লবদা হৈবোক নিংথৌনা তেন্না কাপ্পদা পানবদগী ওনখিবনি হাইনসু হাইবা থেংনজে।। নাকল অমদনা ইরৈবা ইমানা শাপ তৌবদগী নুঙ ওনখিবনি হায়না হাইনৈ।।) ইনুং য়াচংঙকপা মতম ওইশিল্লকপদা পলেম মমা অমদি পস্থৌ মপানা তেংথা নাওইবদা মীকপ মীরাওখোলতনা হৈবোক চিংশাং পুমনিল নিল্লকলে।। পল্লেম পস্থৌগী অৱাবদু উরদুনা ইবেম্মনা হৌজিক লৈরিবা চিংদোল অদুদগী ইবেম্মনা পলেম মমা কৌদুনা পাওমেনলকই - "হা ইমা নচা ঐহাক্তি তায়বংদা কুমদুনা লৈগদবা মতম লোইরে।। নচা ঐহাক্তি ঈরৈমগী লাংৱোননি, মতম খরদং পলেম পস্থৌগী মমোম ওইনা লাংৱোনলবনি ৱাবিরুগনু পলেমও নচাগীদমক হায়ববু থানিল থাসু থুদিংগী হৈকৎ লৈকৎ খর খরদং তন্বীরকউ" হাইরল্লগা ইবেম্মগী য়ৱা খোলজেল তাখিদ্রে।। মরম অসিদগী লাইরেন্বী ইবেম্মা ইমা অসি থাসু থানিল নুমিৎ খুদিংগী থোং হাংলিবনি।।

মতম অদুদা হৈবোক নিংথৌনা মাগী লাই ওইনা লৌশিল্লগা ইরাৎ থৌনি পাংথোক্লম্মী। কংলৈ লৈপাক অসিদা অৱা অনা তাগদৌরবদি ঈরৈমা ইমানা অহিংদা থোক্লক্তুনা তেংথায় হাইনা হাইনরি।। হৌজিকসু কংলৈ লমদম অসিগী য়াইতোং ফমদোংবা, ফমনাইবা, অচৌ অশাং, মশক নাইবা মী ওইগে নীংলগদি ঈরৈমা ইমাদা পুক্লিং চংনা খুরুমজদুনা মাই পাক্কনি নত্রগা পাক্লোই হাইবগী খুদম চাংদম অমত্তদি পীবীম্মু হাইনা খুরুম্বদা শোইদনা খুদম অমদি পীরক্কনি হাইনা অখং অহৈশিং অমদি অহল লমনশিংনা হাইনরি।।

ঈরৈমদা অসুম্না থৌনিজবদা হৈকুক কাগনি, মৈ চংবা পোৎ য়াওবা য়াদে, ফনেক, লমখাং অমসু য়াওগনি।।

*ইরৈমগী মিংশৈরোল :* খোইমোম লাইরেন্বী লাইজ ইরৈমা, নমিংসু কচেংঙানবী কৌরিবা, ইরৈমা ঈনামুং ইখেয়েন নামুংবী নোংদোল তরংলেন তুরিকপী ইরিক পোংগোন লনকুথবী নোংদোনথক্তা লোইদাম থাজা তরুক

নোংফাইবী মলেম লৈখারোন তরেৎমক্তা থাজা তরুক ইতুংবী খোংলম তরেৎ য়াতাবী ইরম তরেত্তা য়াইহিপ্পী ইখে লৈমা ইয়ুলৈমা ইঙৌ লৈমা ইরিক লৈমা কোংগোন লৈমা, তুরিক লৈমা নোংলৈমা ঈনা (ইবেম্মা) কাবসু থা তরুকনি ঈনা কুমবসু থা তরুকনি মরম অসি লৈবনা হন্দক ইবেম্মনা কুমখিবদা কৌবরু য়াইরেন লোক্তগী ঈকুমলকপনা তু- খোং তুরেল কয়াদা লৈরিবা মহিক মতাং কয়ামরুম লৈরম্বা পুন্নমক হাউরে খা পাংনা হোয় হোয় হোয়থখিদুনা ব্রাব্রেন খানা চাওবা মরমদম পাম্বা কৈরেন মপী মচানা ময়া লাওনা কথোক্কুনা লৈবদুদা হোয় থাবীখ্রো অদুগা নদায়রেম ব্রাফমসু ওসি কৌবা নোংদা ঈরৈমা ইবেমনা ইকুম্বদা নদাইরেমগীসু ইরম তরেৎ খোংলম তরেৎ ঈ চুমহনবীয়ু হায়দুনা নদায়বেমনা পুনেমজরিয়ে হায়না ইরৈমা খুরুমগনি।।

হৈবোক নিংথৌ মদি খুমন নিংথৌ অনিনা কন্না লান শোক্লখিবা মফম অদুদা হৈবোক্কী মনাই তবা মাংখি হাইনা তরাহৈ হাইনা খংনখি হাইনরি।। অতোপ্পা মরম অমদনা খুমন নিংথৌনা হৈজিং খরাই তরা পুরকপা অদুবু নুং ওনখি হায়দুনা তরাহৈ হাইনসু কৌনখি ফোংদোক্লরি।।

## মৈতৈগী লাইফমশিং হিন্দুগী ওইহনখিবা

মৈতৈগী লাইফমশিং অসি হিন্দুগী লই মহাদেবা অমদি দুর্গাগী ওইনা ওনথোকখিবা মতম অসি চিংথং খোম্বা নিংথৌনা মপান ফনা পানবা মতম খৃ ১৭৯৩ অসিদনি। গঙ্গা নরায়ন চক্রবর্ত্তি গোপাল বেরাযগী মখোই মণ্ডাগী পাওতাক মতুং ইন্না কৃষ্ণদাস থাকুর, অধিকারি কামদেব ব্রজাবাসি অমদি শ্রীরূপপরমান্দ থাকুর অহুম অসিনা নিংথৌগী মনায় মশন পুদুনা অমদি নিংথৌ মশামক য়ানা মৈতৈগী লাইফমশিং হিন্দুগী লোইনা ওনথোকখি। লাইফমশিং অদুদি - হিয়াংথাংহ ঈরৈমা, ব্রারোইচিং, নোংমাইজিং ইতৌরোক ক্বারোক মমিং পনবা য়াই।। হিয়াংথাং ঈবৈমাবু দুর্গাগী লাইফম ওইহনখ্রবনিনা মেরাগী নিপাননি পানবা নুমিত্তা বড হাইদুনা মীয়াম্না খুরুম্নরি। রমায়নগী ব্রারিদা রাবোন হাৎননবগীদমক রাম্না দেবীবু পুজা কৎপদা দেবীনা পেনলদুনা রাবোনবু হাৎপা

ঙমজরো হাইনা বড় পিখিবা নুমিৎনি। মসিদা মৈতৈ নুপী নুপা হুপ্না খুরুম্বা চৎনরিবসি মহে চাওবা খর খজিক ব্রাৎকনি হাইনা অখং অহৈশিংনা মোত পিরি।।

## দৈখ প্রজাপতিগী ব্রারী

মথক্তা নৈনরকলিবা ব্রারিশিং অসিগা মরি লৈননা দৈখ প্রগাপতিগী ব্রারি নীংশিংগনি।। ব্রারি অসিদা দৈখ নিংথৌগী মচানুপী সতিগী সয়ম্বরদা মহাদেবনা লাক্কুনা ময়ম্বর থুগাইদুনা নিংথৌগী মচানুপী পুদুনা চৎখি। মদুদগী সতিবু মহাদেবনা লৌখিবদগী মহাক্কী মনিং দুর্গা হাইনা খংনখি।। মদুদগী দৈখ নিংথৌনা মহাদেববু য়াম্না শাওখি।। মঅম অসিনা মতম খরা লৈরগা দৈখ নিংথৌনা জৈগয় অমা লিংখৎখি।। মদুদা লাই ময়াম বার্ত্তন তৌরগা মহাদেববুদি তৌখিদে।। জৈগয় অদু হৌরদুনা লাইয়াম লাক্কুনা তিল্লবা মতমদা মহাদেবা য়াওবা উদবদুদা লাইয়াম্না নিংথৌদা মরম হংখি।। মদুদা নিংথৌনা মাদি ঐগী য়েক্লবনি, মরম অদুনা মহাকপু বার্ত্তন তৌদবনি।। মতম অদুদা দুর্গাসু মপামগীথবক থোকপনিনা চৎনিংই হাইদুনা মপুরোইবদা হংগৎলুবদা বার্ত্তনদি তৌদনা করম্না চৎলুগনি হাইনা তাকপিরে দুর্গানা ঐদি বার্ত্তন তৌবা তৌদবা ইপামগী থবক্তি চৎতবা য়াদে হায়দুনা চৎখ্রে।।

দৈঘ নিংথৌনা জৈগয় কন্না হৌগৎতুনা পুরনাহুতিগী মতম য়ৌরমদাইদা নোংলৈ নুংশিৎ অকনবা লাকতুনা অমদি ননদি সেংগী লাক্কুনা জৈগয় থুগায়ররে।। মতম অদুদা লাইয়ামশিংনা ঐকোয়না হাইবদুনি মহাদেব য়াওদ্রবদি দৈখ নহাক্কী জৈগয় কাইগনি হায়বদু হৌজিক্তি থোকঅরেদো।। মসিদা দৈখ নিংথৌনা শাওদুনা মহাদেববু অঙাওবা গঞ্জা থকপা, বিবুৎ তৈবা মহাকপু করিগী বার্তোন তৌরুনি মহাক্লা ঙম্বরা য়েংসি হাইদুনা লাইয়ামগী মমাংদা চৈরকপদা দুর্গা ইকাইখিবনা লাইয়ামগী মমাংদা ব্রান্থদুনা ভুখ্রে। দুর্গানা শিদুনা লৈবা অদু মহাদেবনা অশাওবনা মশা অদু থক থক নিক্লা লাক্কুনা অশিবা দুর্গাগী হকচাং অদু পুদুনা অতিয়াদা পাইখৎখ্রে।। মদু শ্রী নরান্না উবদা ব্রহমন্দা অসি শোইদনা কাইবা তারে হাইদুনা শুদর্সন চক্র লংঙক্কুনা দুর্গাগী

মশা অদু শিংকুপ শানা ককথৎতুনা পৃথিবী অসি শিনবা থুংনা চাখাইখি, মরম অসিদগী দুর্গাগী অথুপ্পা হকচাং অদু কংলৈপাক লমদম অসিগীনা মণিপুর হাইনা খংনরিবা মফমসিগী লমদম হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী খুবম চিং অসিদা তাখি হায়দুনা মফম অসিবু কামাখ্যা হাইনা থোনজিনখি।। [হিয়াংথাং চীং অসি দুর্গাগী অথুপ্পা হকচাংনি।। মরম অসিনা মসিদা লৈরিবী লৈখুন (শুরুং অসিদা সনা হিদাক হাপচিনলুরবদি চিং পুম্নমক থক থক নিকই হাইদুনা লৈবাক অদিা তোকঙা অমা শন্দোকই মসি হায়হৈদবা ৱানি (অকামপেৎনি।। চিং অসিদা করম্না মীওইনা সনা হিদাক হাপচিন্দুনা চিং অসি নিকখিবা য়াওখ্রবগে, কনা খংহৌই, করম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা থোকখিবগে হাইনা হংলুববদি কনা অমত্তনা পাওখুম পীবা ঙম্নদে।। মরম অসিনা মসি তোকঙা শন্দোকপনি হাইনা মীয়াম্না লৌনৈ।। মৈতৈবু হিন্দুগী লেংদা চনশিনখিবদগী ইপা ঈপুগী লেমফু পুম্নমক মাংখরবনি।। মৈতৈনা হিন্দু ওন্দ্রিঙৈদা লৈরম্বা লৌরেন্নম খোংনাংথাবা, খ্বাই কেক্র, লাংগোন লুখোই, থেংগ্রা কামেং কর্দিবা, খুরুখুল তেপিবা, নম্বোন থোংৱা হিমায়বা অসিনচিংবা কয়া হৌজিক্কী মীরোন্না লাইগুম্না খন্নরি।। মৈতৈনা হিন্দুগী লেংদা চনখিবদগী লৈবাকসিদা অসিগুম্বা মী অমত্তা থোকত্রিবসিগী মবম থিজিনবা মতম ওইবমাল্লে খঙে।।]

দুর্গাগী অথুপ্পা হকচাং মণিপুরগী হিয়াংথাং চিঙদা তাখি হাইদুনা লান্না লৌবীরিবসি লৌদনবগীদমক, দেবীগী হকচাংগী শরুক মচেৎ মচেৎ তাখিবা মফমশিং উৎচরি :- ১) হিঙ্গুলা /হিংলাভা /হিঙ্গোশা :- মফম অসিদা কোক্কী লেমফু তাখি।। দেবীগী মমিং "কোটরী" কৌই, ভৈবাবীসু কৌই।। বেলুচিস্থাণগী (হৌজিক্কা পাকিস্থান) হিংঙ্গোসা তুরল মপান্দনি।। ২) কোলাহপুর/ করবীব/ শর্কবা :- মফমসিদা মিৎ ৩ - মিৎকী শরুক তাখি। লাইমিৎসু হাইনৈ দেবীগী মমিংনা মত্রিয/মন্দীনা কৌই।। মহারাষ্ট্রগী মনুংদনি।। ৩) কিকরীঠ : মসিদা লুহুপ (কোকথোন) তাখি। বিমল/ কমলা/ ভুবনেশী মিং অহুমসি ইকৌ কৌনৈ।। হাওড়াদগী খাগড়া খাটলোমদা চৎলগা লৈ।। ৪) বৃন্দাবন :- শম অমসুং লৈতেং তাখি।। উমা কৌনৈ উত্তর প্রদেশকী

মনুংদনি।। ৫) সুগন্ধা/মুনন্দ :- নাতোন তাখি, নাইন য়াওরম্বা য়াই।। দেবীগী মিং সুনন্দা কৌনৈ।। বংলাদেশকী মনুংদা চেনবা স্তুনন্দা তুরেল মপান্দনি।। ৬) বারানসী :- নাগী নাইন তাখি।। বিশালক্ষী কৌনৈ।। বারানশীগী মনিকনিক খাট মনাক্তনি। ৭) কোঠি তির্থ/ গোদাবরী :- ওইথংবা চাইরুং তাখি।।১ বশ্বমাতৃকা/বিশ্শী/রুক্সিনী মিং অহুম কৌনৈ, অন্ধ্রদেশ মনুংদনি।। ৮) গণ্ডকী :- য়েৎথংবা চাইরুং তাখি।। গণ্ডকী চণ্ডী কৌই। বিহার প্রদেশতনি।। ৯) জালামুখী :ব লৈ তাখি।। অম্বিক তৌনৈ পাঠান কোটকী ময়াদনি।। ১০) ভৈরব পবর্বত :- চিনবান মথক থংবা তাখি।। অবন্তী কৌনৈ।। মধ্যপ্রদেশকী মনুংদনি।। ১১) অটহাস :- চিনবান মখা তাখি।। ফুল্লারা দেবী কৌনৈ, নোংচুপ বাঙ্গগী বর্ধমান জিলা মনুংদনি।। ১২) জনস্থান :- খদাং তাখি। ভ্রামবী দেবী কৌনৈ, মহারাষ্ট্রগী নাসিক পঞ্চাবটীদনি।। ১৩) শচি (শুচীন্দ্রম) :- য়াথক পরেং তাখি।। নরায়নীকৌই।। সমুদ্র অহুম তিন্নবা কন্যাকুমারীদনি।। ১৪) পঞ্চসাগর :- য়াখা পরেং তাখি।। বারাহী কৌনৈ, ওড়িশাদনি, ময়ুরভঞ্জ কৌবা মফমদনি।। ১৫) কনার্ট :- নাকোং তাখি।। জয়দূর্গা কৌই, শিবগী মিংনা অভিরু কৌইসু হায়।। ১৬) পক্রোবর :- পুক্রিং লাইবক তাখি, মহিষ মর্দ্দীনী কৌই, নোংচুপ বঙ্গদনি।। ১৭) অমরনাথ :- খৌবী তাখি। মহা ময়া কৌনৈ, কাশ্মিরদনি।। ১৮) নন্দীপুর :- লীক তাখি, নন্দীনি কৌই, হাওরাদগী সাইখিয়ারোমদা চৎলগা ষ্যেসন মনাক্তা লৈবা মফমনি।। ১৯) কবতোয়া :- ওইথংবা খোংগী খোংনিং তাখি।। অশর্না কৌই, বংলাদেশতনি।। ২০) শ্রীপবর্বত :- য়েৎথংবা খোংগী খোংনিং তাখি।। শ্রীসুন্দরী কৌই।। কাশ্মিরগী মনুং লাডাকী লমদমনি।। ২১) মিথিলা :- ওইথংবা লেংজুম তাখি।। "উমা" কৌনরী।। ইষা হায়নসু লৈ।। মহাদেবীসু কৌনৈ মৈধ্যপ্রদেশকী মনুংদনি।। ২২) রত্নাবলী :- য়েৎথংবা পাম্বোম তাখি।। কুমারী কৌই, তামিল নাদুদনি।। ২৩) চঠল (চটগ্রাম) :- য়েৎংবা পাম্বোম তাখি, ভবানি কৌই, বংলাদেস মনুংদনি।। ২৪) বহুলা :- ওইগী পাম্বোম তাখি, মহুলা দেবী কৌই, নোংচুপ বঙ্গদনি ।। ২৫) শ্রীহট :- বাংলাদেশকী

শ্রীহট জিলাগী জেনপুরদা থবাক তাখি। মহালক্ষী কৌই।। পন্দট খরনা অধ্যপ্রদেশকী কুনুল নিলাগী মনুংদা লৈবা শ্রীশেলমম চীংগী উমং মরক্তা থবাক তাখি। মহালক্ষমী কৌই, মিং অমনা ভমরাম্বা কৌই হাই।। ২৬) বৈদনাথ :- থম্মোই তাখি। জয়দুর্গা কৌনৈ বিহারগী মনুংদনি।। ২৭) মানস/ মানবক্ষেত্র/ মানস সরোবর :- য়েৎথংবা খৎ তাখি।। দাক্ষয়নী কৌই, তিববত লৈবাক্তনি।। ২৮) যশোর :- ওইথংবা খুৎ তাখি, যশোরেৃবরী কৌই।। বংলাদেশতনি।। ২৯) রামগিরী/ চিত্রকুই পবর্বত :- য়েৎতংবা খোম তাখি। শিবানি কৌই। বিলসপুর বেসিন মনাক্তনি।। ৩০) জলফর :- ওইথংবা খোম তাখি।। ত্রিপুর মলিনী কৌনবি, পঞ্জাবকী মনুংদনি।। ৩১) উৎকল/ বিরজা ক্ষেত্র :- খোইদৌ তাখি, বিলা কৌনরি।। পুরিগী জগন্নাথ লাইশংগী মনাক চেকপন অনিগী ৱাংবদা লৈবনি।। ৩২) প্রভাস :- পক তাখি, চন্দ্রভামা কৌই, রাজস্থানগী মনুং ওইনা খংনরে।। ৩৩) নলহাট :- পুক্লি তাখি, কালিকা কৌই।। বীরভুম জিলাগী মনুংর্দনি।। ৩৪) মনিবেদিক/ মনিবেদ :- খুৎকী খুজেং তাখি।। গয়ত্রী কৌই রাজস্থানগী মনুংদনি।। ৩৫) প্রয়গ :- খুৎচা তাখি। ললিতা কৌই।। এলাহাবাদকী মনুংদনি।। ৩৬) উগানী/ উজ্জুয়িনি :- খুৎকী ওইথংবা খুনিং তাখি।। মঙ্গলচণ্ডী কৌই, মদ্যপ্রদেশকী মনুংদনি।। য়েৎ ওই খাইদনা 'কনুই' তাখি হায়বসু লৈ।। ৩৭) কাঞ্চী/কাঞ্চীদেশ :- শরু পোলাং তাখি।। হেমগর্ভা কৌই।। তামিলনাদুদনি।। ৩৮) কাল মাধব :- ওইথংবা নিংজোল তাখি।। কালী কৌই।। মফম অসিমক্লা হাইবা ৱানরি।। ৩৯) শেনেন্দ/ শোন :- য়েৎতংবা নিংজোল তাখি। নর্মদা অমসুং শোনাধ্য কৌই।। মধ্যপ্রদেসকী মনুংদনি।। ৪০) কামরুপ/ কামখ্যা :- দেবীগী ফিনুং তাখি।। কামাখ্যা কৌনৈ, অসামগী গুৱাহাটি মনাক্তা নীলালে চীংথক্তা লৈবনি।। ৪১) কন্যকাশ্রম :- নঙ্গল তাখি, সবর্বানী কৌনৈ, কন্যকুমারীদনি।। ৪২) নেপাল :- খুকউ অনি তাখি।। মহাময়া কৌই, নেপালগী বাগমতী তুরেল মপান্দনি হায়।। ৪৩) জয়ন্তী :- ওইথংবা ফৈবোম তাখি।। জয়ন্তী কৌই, মেঘালয়গী জয়ণ্হিয়া/ খাসি চিংগী বাউরভাগ/ বাউর ভাঙ্গা কৌবা

চীংখোংদনি।। ৪৪) ভগধ :- য়েৎথংবা ফৈবোম তাখি।। সবর্বনন্দকরী কৌনৈ।। পটনা সহরদনি।। মগধ হায়বসি থাইনা কৌরম্বনি।। ৪৫) কুরুক্ষেত্র :- য়েৎথংবা খোংনিং তাখি।। সাবিত্রি কৌই হরিয়ানা ষ্টেকী মনুংদনি।। ৪৬) বিভাষ :- ওইথংবাখোংগী খোংনিং তাখি, বর্সভীমা কৌই।। ভীমরুপাসু কৌনৈ।। নোংচুপ বঙ্গদগীনি।। ৪৮) বৈরাট :- খোং ওইগী খোংশা তাখি মহাভারতকী বিরাট দেশ হায়বদুনি। রাজস্থানগী মনুংদনি।। ৪৯) কালীঘাট :- য়েৎকী খোংশা মরি তাখি।। (পন্দিত খরনা অরেম্বা/ তাখিদ্রিবা খোংশাশিংনি হাই) কালী কৌই, কালীকাসু হাইনৈ, কলকতাদনি।। ৫০) শ্রলঙ্গা :- খোংজি তাখি।। ইন্দ্রক্ষী কৌই।। চপ চাবা মফম খংবা ব্রানরি।। তাফমসু চরেৎনরি।। ৫১) ত্রিপুরা :- য়েৎংবা খোং তাখি। ত্রিপুরা অমসুং ত্রিপুরাসুন্দরী কৌনৈ।। অগরটলাদগী খরা চৎলগা লৈবা মাতাবাড়িগী চীঙদুম মচা অমগী মথক্তা লৈবনি।। ৫২) ত্রিসোতা ওই থংবা খোং তাখি। "ভ্রামরী" কৌনৈ।। জলপাইগুড়ি জিল্লাগী তিস্থা তুরেলগী মপান্দনি।।

দেবীগী খুবম খুদিংগী মহাদেবগী মমিংসু তোঙান তোঙান্না কৌনৈ।। অদুবু মসিদা হাপচদ্রে।। অমনা দেবীগী লাইফম ৫১ (পীঠ ৫১) হাইনা ফংই।। মসি পন্দিট খরনা মথক্কী ন: ১৩/ ১৪ অসি পুন্না অমত্তা ওইনা ইনৈ।। (লাইফমশিং অসিদি লাইশ্রম বীরচন্দ্রনা খোমজিনজবনি)।।

অসুম্না হিয়াংথাং লমদমদা দুর্গাগী অথুপ্পা হকচাং মচেৎ অমা ফাওবা তাখিদবনা মরম ওইদুনা অশেংবা মৈতৈগী লাইরেম্বী ঈরৈমা ইমা ওইফম থোকই হায়বসি অখং অহৈশিংনা মোৎ পীনরি।। অদুগা ইরৈমা ইমাগী মফমদা, নুপী ওইবীশিংগী থাগী খোংকাপ লাকপদা মপুং ফাদবা, ঈ নুংশিৎকী লাইনা তিন্না চেল্লবা নুপীশিংনা ঈরৈমা ইমাগী ফি (শেৎনখি অমদি ইন্নফি)গী মচুম থক্তুনা ইরৈমা ইমাদা থৌনিজরবদি কোকপা ওস্মী হাইনৈ।। ইরৈমা ইমা (মীয়াম্ন া হীয়াংথাং লাইরেম্বী হায়রগা খংনরিবা) অসি য়াম্না লুবা মৈতৈশিংগী শেংলবা লাইফমশিংগী মনুংদা অমনি।।

## লমলেন হিয়াংথাং

সরিলেন্না পাল্লকপা কুমজা মতম কুইরকলে, ঈপুরোয়না থৌরম খিবিক সিনলক্লে, লাইপাও য়াওনা হাইরকই - "তাও তাও সরিলেল ঐনা মথংশিংনা হায়রগে তাইবং পানবা নত্তনা ঐগী ইতিক খংফদে।। তাইবং সেমবা থৌরমতবু নহাকতনা সিনগনি, খাগী ঈপাক ঈচাও অসি মতিক ময়াই চেনবনি, ঈনুং তম্পাক মনুংদা য়াই নুংয়াই খিবিক লৈবনি, ঈপাকসিবু খুনলগা লৈপাক অমা শেমজরো, লৈপাক সেম্বা লোইরগা লাইরৈপাক্কী মতৌগুম নংনা নিংথৌ ওইদুনা পানগনি।। অদুগুম্বা তমপাক অদুদা সিদ মহে যানগনি, সিদ মহে চারগা পুক্লিং লৌশিং চাওগনি, লাইগী পুকচেল চেনগনি মতম অদুদা নহাক্লা তাইবং মীবু সেমদুনা নুঙাই থোইনা পানগন।। নংগী শংগায মনুংদা ফুহিং অমা লোৎলু ফুহিংদুগী মনুংদা ঐনা হুমনিসুবা অঙাং মওং ওইনা সায়রোললগনি নহাক্লা নপারি শক্লা নাওয়োকউ, নহাক্লা তাইবংশেম্বদা নতেংতবু পাংলগনি" হাইনা লাইপাউতবু পীরম্লগা ঈপুরোইদি থুপখ্রে।।

সবিরেলনা মরুপ্পা লৈসেম্বগী ৱা তান্নরে।। লৈসেম্বগী মরমদা থৌরাং থৌশল লোয়খরে।। চিংনুং লমবেন তানলকলে, মতম কুইনা চংদুনা খাগী ঈপাক ফংনবে, লাযগী মরুপ য়াইফরোনবু লাওখ্রে।। লাইজ ঈশিং ঈয়ায়দা চিংলেন চিংগোই নিথিবা ঈপাক ঈচাওনা থত্তুনা লৈরিবদু উবদা চিংগোয় লমদাংগা পামবৈতবু থিনখি। চৎননবা পাম্বৈগী হিরেন শাসি হায়নখি, নিংবা মতুং ইন্দুনা পাৎ মপানগী উয়াইনিব হাইরিবা উনিংথৌদি কোরিবা কৌব্রু চিংগী উযাইনিবু হাইরিবা পামেল ৱাংথোইবা লাইয়ামশিংনা য়ান্দুনা হিয়াং হিরেন শাকরে। হিয়াং হিবেন তোংদুনা চিংলাইগী মরেংগুম ইপাকথক্তা হোনগৎলবকলে।। চিংলাইগী মতৌগুম হিয়াং হিরেন পাইরক্লে। ঈরাই কোনবু য়ৌবগা হিয়াং হিরেন লেপখ্রে, ঈরাই লৈমা লাইজগা সরিরেননগা উন্নরে।। হিয়াং থাংবা মফমবু হিয়াংথাংনি খংনরে।। লাইগী মরুপ খিবিকসু অৱা পোখা ওইখরে।। ঈরাই লৈমা য়েংদুনা সোরারেন্না হায়রকই, লাইয়ামশিংনা লাকপগী

মরম খিবিক লিরকই।। লৈতাখিবা পুরেলবু সোরারেন্না কৌখৎলে, লৈশেম্ন বা মরম্বু মথংশিংনা লিরকলে।। ঈপুরোইগী য়াথংনা লৈবাক শেম্বা লাকপনি, লৈপাক শেম্বা লোইরগা তায়বংপানবা শেমগনি।। চিংলেন চিঙ্গোই মতোনবু থুগাইদুনা থাদনি, চিংগী লৈপাক লৈশানা ঈশিং ঈপাক খুনগনি, ইরাই পুরেল নহাককী নথৌ মতোন লোমগনি, লাইজ ঈরাইলৈমসু অব্রা পোৎথা ফংলগনি।। ঈপাক সিবু ফুনলগা নখোই অনিগী লৈফম মফম তাকলগে, তৌগদবা থৌরমসু মথংশিংনা হায়রক্লে।। চিংথক্তদগী তারকপা লোকনা চাকপা ঈপাকতো লোকতাক হাইনা খংগনি।। ফজথোয়বা ঈপাকতো নখোয় অনিগীনি খংগনি।। তায়বং চাগী মরুপবু ঈরাই লৈমা মহাক্তনা য়োক্কনি, ঐগী হিয়াং হিরেনদি লোকতাক ইকোননুংদা তাবনি নখোয় অনিমক্তনা হিরেং দুবু কোনশিন্দুনা থমগনি।। ঙসি নখোয় অনিনা লৈরিবা মফম অসিদা লোইদাম থাজ তরুক অমনা মফম অসিদা লৈগনি, থাজ তরুম অমনা লোকতাক ইকোনুংদা লৈগনি। হয়েং ইচা ইনাই তাইবংনা নখোয় অনিবু মফম অসিদা হৈকৎ লৈকৎ তম্লগনি। মতম অদুদা নখোইনা ইচা ইনাই তাইবংবু ইরম খোংলম তুমহনবীদুনা পুন্সি নুংশাংনা পান্নবা নখোয় অনিনা শিনগনি, সরিরেনগী য়াথংদি শোইদবনি খংগনি।। মতৌ অসুম্না চিংউ য়াথং পীরমলগা সোরারেন্দী শিদবা লাইয়ামশিংগা লোইননা চিংলেন চিংগোয় তানখরে।। (মতাং অসিদা চায়োন তরেৎ পোকখিবগী ৱারী লৈখ্রে) শজিবু থাগী ১৪ পানবা নুমিৎতা ইরাই লৈমনা লোক্তাক্তগী কারক্তনা ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী খুভম অসিদা লৈগনি।। মেরাগী ১৬নি পানবা নুমিৎতা ইবেম্মা অমুক লোকতাক ঈপাক্তা কুমখিগনি।। মরম অসিদগী মৈতৈশিংনা ইবুঙো ইবেম্মা নিংব শজিবু থাগী থানিল অমদি মেরা থাগী থানিল অসিদা হৈকৎ লৈকৎ তম্নরিবনি।। হৌজিক্তা ঐখোয়না নোংমাইজিং হাইনা খংনরিবা চিঙ অসি মতম অদুদদি হিয়াংথাং হাইরিবা চিঙ অসিদা মাগী চিংখোং ওইরম্মী হাইনৈ।।

ৱাংবনা নোংগী মমায় ফাওবা ৱাঙম্মী মতৌ অদুম্না লাইজ ঈরৈমবু তাইবংচানা ঈরাৎ থৌনি হৌখিবা ৱারী অমদনা খোয় চহিরোম ২৪৭ শুবদা

নিংথৌ ওইখিবা নাওফোংবনা পানবা মতমদা অঙোম চেনখিদুনা অঙোম অমত্ত লৈহৌদ্রে।। মরম অগিদগী সনা লৈপাক অসিদা নোং য়াম্না লিক্লা তাখিবদগী লৈপাক অৱাবা ওইরে।। মসিদগী লৈপাক্কী অখং অহৈ তান্নদুনা চিংউ লাইপাও লৌবদা ঈবুধৌ পাখংবনা ঐগী চাগোক সনলায় তবেৎ সুদবদদগী থোক্লিবনি। মবম অসিনা অঙোম যেক সনলাই অমুক নৌনা থিনদোক নবেঙ্কৌ ঈরৈমবু কুমজা খুদিংগী হিয়াংথাং চীংদা চৎতুনা থৌনিজৌ হাইনা লাইপাও চেনবীবস্মী।। মবম অসিদগী কংলৈপাক অসিদা নিংথৌ অমা হেক ওইবগা অঙোম নিংথৌ হাইবা ফম অমা হাপ্তুনা নৎনবা হৌরকখি।। মসিদসু নত্তনা অঙোমগী শাগৈ অমদি নৌনা যেক শলাইসু শন্দোকখি।। লৈবাক নিংথৌগী অৱাবা তাববা মতমদা ঈবাই লৈম ঈমা ইবেস্মদা নুপা নুপী হুপ্না মেবা থাগী থানিল নুমিৎতা মদি শজিবু থাগী থানিল নুমিৎতা থৌনিজবদগী লৈবাক্কী অৱাবা অসি কোকখি।।

(ঈবাই পুবলনা শুগুনু চকপী ঈৱাযতাদা লৈবগা খানা চাওবা ৱ াংৱেনবু কৌগনি, লাইজ ঈবাই লৈমনা খমনুং কিকোয নুংৱোনবীবু খংনগনি)।।

হাইনবা লৈ হৈবোক চীংগী মপা ওইনা নিঙোম্বম চৎখিবা লমবীগী অবাং থংবা নাকলদা লৈবিবা চীং অমদি হৈবোক চীংগী কাবক অসিদা খুমন অমুদোল হাযনা অহুমলক অথেংবা অহিংদা কৌরবদি অদুঙৈ ইবৈমা ইমানা শাওদুনা ফীমু শেৎতুনা থাংশাং পাইদুনা চোংথোকলকপগুম্না থেংনৈ হায়নৈ। অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদসু চোংথোবকই হাযনবসু যাওই।

# তোঞ্জাও মৈদিংঙু

[illegible] - অমম্বদগী খোঞ্জেন য়ায়বিরেল সিদবানা শাখোংলক্পা।
[illegible] - খোঞ্জেন য়ায়বিরেল সিদবনা তরং অসিয়াগা কেনাবা।
[illegible] - কেনাবদগী মঙান নাইনা থবীয়ুম ওইনা শাফোংবা।
[illegible] - অতিয়া (সরারেল)না থাদা লৈবদা কৌবা মমিং॥
[illegible] - থাদ লৈবন্না অতিয়া (সরারেলনা) নুমিৎতা চোংশিনখিবা
[illegible] - নুমিৎতগী অমুক তোংথোকলক্কুনা, অকোইবা থবিয়ুম
[illegible] - নুমিৎ থা, থৱানমিচাক্লচিংবা অয়িং অশাবু অতিয়ানা যোম্বা
[illegible] - পুন্নমক অমাগা অমাগা মতিক ময়াই কাংথোক্লা তিন্নবা
[illegible] - মশক মওং অমমম ওইনা, হেঞ্জিন্নদনা লৈনবা
[illegible] - নুমিৎ থা, থৱানমিচাক্লচিংবা অয়িং অশাবু অতিয়ানা য়োম্বা
[illegible] - ” ”
[illegible] - অতিয়া (সরারেল)না থানা লৈবদা কৌবা মিং
[illegible] - পুন্নমক মাগা অমাগা মতিক ময়াই কাংথোক্লদুনা তিন্নবা
[illegible] - নুমিৎ থ, অয়িং অশাবু অতিয়ানা য়োম্বা
[illegible] - শ্লচিঙ্ চিঙ্গী মমিং অমা
[illegible] - থানা লৈবা অতিয়ানা (সরারেন্না) পোৎথাবা
[illegible] - অমম্বা, খোঞ্জেল য়ায়বিরেল সিদবা ওইনা শাফোংলকপা
[illegible] - লাইরেম্বীনা লাংথ্রে শেমদুনা লাইয়িংথৌদা পিবা
[illegible] - ঈশিংনা লৈপাকপু য়োমঙৈগী মমিং অমা
[illegible] - ” ”

[illegible] - তেংপানবা মপুনা পাখঙ্‌ববু ঙাকপিঙৈ মমিং অমা

[illegible] - লাইয়িংথৌনা নাশী নিংথিবা শেমদুনা লাইরেম্বীদ পিবা

[illegible] - ” ”

[illegible] - অনিনা অমাত্তা ওইবগী লাংবুম ওইবা মমিং

[illegible] - নোংশরিক, হরিনিংনাং, খোইমু অহুমগী খোঞ্জেল (শরিক)

[illegible] - থোক্লিবা শরিক্কি মখোন্দা কায়দোংদুনা শিলং থুংনা লৈবা

[illegible] - মপুগী শাখায়দগী পুথোকলকপা লৈমারেল

[illegible] - অতিংকোক্কী মফমদগী লৈমারেলনা থিরুরগা পুরকপা

[illegible] - লৈশেম্বা অসিবগী (শ্লামহিগী) মশা হকচাং চাইথোকপা

[illegible] - অতিংকোক্লা অমম্বাবু য়োম্বা

[illegible] - লাইরেম্বী মাগী শিনুং (হকচাংথোং) ওইবা মমিং

[illegible] - অমম্বা উদবা, থিবা খঙ্‌দবা

তেংপাল্‌বা মপুনা লৈ, নোং শেম্‌লাগে নিংলক্লাদুনা, মপুক্তা র াখল মওল্- মওল্ খন্না, তুংদা মশক মওং ওইনা (নাইনা) লৈবা ওইগদৌবশীংবু, মাংজৌননা নিংশিংবগা ইরোইননা। মপু মাগী মশাদগী মতিক ময়ায় কয়ামুক পুথোক্কুনা, তরং অহাংবা অমম্ নুংদা চাইখাইরক্‌কৈ, অমম্‌নুং ওইবা তরংনুংদগী থোক্‌লক্‌পা খোঞ্জেন্‌দি হে .... হে ... হে... রে... রে... রে। অশুম্না ওইবা খোঞ্জেন্ অনি অসিনা কুংশিল্‌লক্লবগা। (হেরে) হায়না খোঞ্জেন্ য়ায়বিরেল সিদবা ওইনা কঞ্জাওরক্কুনা, থোক্‌লক্লিবা খোঞ্জেন্, রেরে ওইবা অসিগা, অতিংঙা তরাং অহাংবা অসিগা, অনিনা কেনাববু। মপু মহাক্লা কেরে হায়বগীদমক্ (মাকে) কৌয়ে।।

অদুম্না কেনারকপনা, খোঞ্জেন্ য়ায়বিরেল সিদবা মানা অমম্‌বদা কাযদোংলম্বদগী, থবীয়ুমগী মওং ওইনা, খোঞ্জেন্‌তনা অকোইবা মওং ওইনা শাফোংলক্‌কৈগী, (মাহে) হায়না কৌরক্‌লে।

থবিয়ুম মওং ওইবা অকোইবা মশক অদো অনি থোক্লা খাইবোক

খাইদোকলে। চুম্মীথাংগী মতম মওংগুম মশক অনি থোক্লা লৈরক্লে। য়েৎকি শাখাইনা পা- গী শকতম মওং লৌরে। ওইগী শাখাইনা পী- গী শক্তম মওং লৌরে।।

পাগীশকতম ওইবা, য়েৎকী শাখাই অপুং ওইবা অদুনা, থাগী লৈমাই (মফমদা) লমদন্দুনা পোৎথাররে। অশুম্না মপু মানা থাগী লৈমাইদা লৈঙৈগী মমিংদি (কারে) হায়না কৌরক্লে।।

অশুম্না, মপু মানা, ঙাইহাক মিৎকুপ খরদং পল্লম্লবগা, নুমিৎতা তন্না চোংশিনখিরে, অদুগা মপু মানা মঙাল নাইনা অঙান্বা মৈশা ওইনা হুন্দোক্লক্ঙৈগী মমিংদি (হুনু) হায়না কৌরক্লে।

অশুম্না হুন্দোক্লকখিবা অশাবা মৈশা ওইবা অঙানবা মানা, লাইজ ঈশিংগী ফম্বী ওইবা, মনিল ওইনা লৈবদা থুংলারবগা, থবিয়ুম ওইনা অমুক মশক মওং নাইনা, শকতম লৌরকঙৈগী লাংওল মমিংবু (মাহে) কৌনা অকোইবা থবিয়ুম শানা লৈরক্লে।। থবিয়ুম্না চিংনা নুমিৎ থা, অয়িং আশা, অশিৎ অহুম, ঙম্নমক অতিয়া মহাক্লা, চোইখি তাখিদনবা য়োমদুনা থমঙৈগী অতিয়া মাগী মমিংবু (হাশি) হায়না কোলোয়খি।।

অশুম্না অতিয়ানা য়োল্লিবা খৈবিক্পু, মরোমদোম মরোমদোম্ মক মওং অমামম্ ওইনা লৈরি- ওইরি ঙম্নামকপু। মমিং মওং মথৌনা মতিক ময়ায় অমমম্ ওইনা ফুদোক্লদুনা, অমগা অমাগা মরি লৈনানা তিন্নাঙৈগী থৌওংবু (নারে) হায়না খঙ্নারকলে।।

অমুকশু, হায়খিরিবা অতিয়াগী পিপুক্নুংদা লৈরিবা মশক মওং ঙম্নামকশিংনা, মাগী- মাগী ওইবা মকে মওং মতিক ময়ায়শিং পাক শন্না, অমানা অমাদা হেন্জিন্নবা তৌদনা (ঙমদনা) লৈনাঙৈগী মমিংদি (মারে) হায়না কৌনখি।।

মতৌ অশুম্না লৈরিবা ঙম্নমকশিংনা মতিক ময়ায় কয়ামরুম চাওদুনশু। অমানা অমাগী মথৌশীংদগী হেন্না মনিং তৌনদনবা অতিয়ানা কুয়োম ওইনা য়োমদুনা থমঙৈগী মমিংবু (হাশী) হায়না কৌখি।।

হাশী হায়না মিংকৌদুনা লৈরিবা আতিয়া মহাক্লা, তন্নামক থাগী লৈমাইদা (মফমদা)র থুংলখি। থাগী মফমদা অতিয়াগী মতিক ময়ায় ওইবা

মানা থুংলগী মমিংদি (কারে) হায়না কৌনখি॥

অমুক হন্না, আতিয়াগী পিপুক্নুংদা লৈরিবা ঙম্নামক্না হন্না হন্না মতিক ময়ায় কাংথোক্লদুনা অমাগা অমাগা মরি লৈনানা লৈনারিববু (নারে) হায়না খঙ্নরি॥

অশুম্না হন্না হন্না অমাগা অমাগগী মতিক ময়ায় পুথোক্লদুনা চাইনাবা অমদি তিন্নারিববু, আতিয়ানা থাদোকপা তৌদনা, মতম পুন্নমক্তা লোয়ননা য়োমদুনা থম্লী হাবগী মমিংবু (হাশী) হায়না কৌনরি॥

শ্নচিঙ্ হায়বা, শন্নাচিঙ্গী মফমদা, আতিয়ানা থুংলাখিঙৈগী, শ্ন াচিঙ্ মাগী মমিংবু (মারু) হায়না কৌরকখি। শ্নাচিঙ্ হায়না খঙ্নরিবা শ্ন াচিঙ্দা, থাদগীলাকপা অতিয়ানা (সরারেল) অদুনা থুংলাদুনা, লমদন্দুনা পোৎখাদুনা লৈঙৈগী মমিংবু (কারে) হায়না কৌনৈ॥

অমমনুংদগী শাফোংলকপা য়ায়বিরেল সিদবা, তেংবান্বগী মপু ওইবা, মহাক্কি মতিক ময়ায়না খোঞ্জেল ওইবা (হেরে) হাইনা লৈঙৈদা, লাইবেম্বা লৈশিরেল লৈপুনবী লৈমা লৈহনবী, আ... থক্তা, অহানবদা থখিঘুমনা, খায়বোক খায়দোক্তুনা পীগী শাখাই ওইনা লৈহৌবী লাইরেম্বীনা লাংথ্রে শেমদুনা, লাইয়িংথৌদা নাচোম ওইনাবা পিঙৈগী, লাইরেম্মাগী মমিংবু (বুইতে) হায়না কোলোয়নৈ॥

আম্না অনিনা লাংবুম ওইরক্লবদা, লাইজা ঈশীংনা মালেম হায়বা লৈপাকপু য়োম্লক্লে। য়োম্লকঙৈগী মমিংদি (মি কিং হিং) আম্না কৌনারকলে॥

ঈশীংনা লৈপাকপু য়োমঙৈ মি কিং হিং কৌঙৈদা, তেংবানবা মপু খোঞ্জেল যায়বিরেল সিদবা ওইবা মানা, (মি হিং সং) হায়না (কৌনা) পাখঙ্ববু ভাকপী কোনবিঙৈগী কোলোয় মমিং ওইনা কৌরকখি॥

অমুক, লাইয়িংথৌনা নাদ চিন্নানবা নাশী নিংথিবা শেমদুনা, লাইরেম্বীদা পিঙৈগী, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাগী মমিংবু (চিং তে তে, চিং তে তে, নপ্নু) হায়না অনিনা অমাতা ওইবা লাংবুম মিংখৈ, মমিং ওইনা কৌনাখি॥

অনিনা অমাতা ওইনা লাংবুম ওইরবদা তরং নোংলোল্ শিন্বা

থুংনা।। নোংশরিক্, হরিনিংনাং, খোইমু অসিনা শিন্ থুংনা ঙংদুনা লৈবগী মমিংবু (ক্রিং ক্রিং) হায়না কৌরক্লে।।

অসিগুম্লবা, শরিক্কি খোঞ্জেন (মখোন) অদুদা, লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিনা অমাতা ওইনা কায়দোংদুনা শিনবা থুংদা লৈরক্লিঙৈগী, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাগী অপুনবা মমিংবু (শমনুরিং কায়) হায়না কৌরক্লে।।

অমুক্ তেংবান্বা মপু ওইবা মাগী হকচাং মশাদগী লাইরেম্মাবু খাইদোক্তুনা (পুথোক্তুনা) পাওখোন শিখিঙৈগী, লাইরেম্বী মাগী মমিংবু (নোংতা কাংপিরু) হায়না কৌনখি।।

তেংপানবা মপুনা পাওখোন্ থাখ্রিবা লাইরেম্বীনা, অতিংকোক্কি মফমদগী থিরুদুনা পুদুনা লাক্লে। লাইরেম্বী মাগী মমিংবু (নুংচিরেল্)হায়না কৌরকখি।।

পুরক্লিবা ময়ায় ওইবা অসিবা (শ্লামহি কৌবা) অদুগী শা হকচাং অদো, তরং অতিয়াদা চাইথোক্হল্লক্লে।। চাইথোকঙৈগী মমিংদি, (পুরিং াব) হায়না কোলোয়খি।।

অতিংকোক্লা অমম্বাবু অমুক কৌশিন্দুনা য়োমলে, মমিংবু (ব্লুই তে) হায়না কৌনারক্লে।।

অমম্বাবু য়োম্লাবগা, লাইরেম্বীগী ফিনুংদা (হকচাং থোংদা) অমম্বা মহাক থারে (থম্লে) মমিংদি (নুংতারেংপী) কৌরক্লে।।

অশুম্লা থমখিবা অমম্বা ওইবা অদো, খঙ্না খঙ্না, উদবা ওইরে, (শংথুপ্নু) হায়না কোলোইনায়ে।।

অতিয়ানা শরক্কি খোঞ্জেনবু পুদুনা নিবা থুংনা লাক্লে। অতিয়া মাগী মমিংদি - (অং ক্রিং শ্রীং ক্রিং) হায়না কৌরিঙৈ। থব্রানমিচাক নোংথৌসিদবাশু, তোংচেংলেল্ কৌনা থবিয়ুম ওইনা মণ্ডাল নাইনা শাফোংলক্লবগা, শাখাই অনি থোক্লা থুগাইরক্লে।। অমানা পাগী শাখাই। অমানা পীগী শাখাই ওইঙৈগী মতিক ময়ায়দি, হিকুবী য়ায়কুবী, শেম্বী শাবিবী, অপোকপী ওইঙৈগী মমিংবু। (থোংতারেং) হায়না কৌনাকি।।

# তাইবঙগী সিঙগুম্ লম্বি হাইগে

- ইথোকচবা : সাদোকপম সামান্দা মঙাং

তাইবং পানবা মপুবু খুবম্না ইজবকে।। তাইবং পানবা মপুনা তাইবংবু শেম্লক্পদি তবং চাংজৌ চোন্না চোন্না মথক্তা ফন্নবগা।। কুরু সিদবগী মমি লৈবিবদু যেংলগা মরোং মশক্ লৌদুনা রানা শেম্লক্এ।। পুন্শিদি চহি ১৫০ পিবিবে ফন্তুবা লমচৎ ইবৈনা ফুঙথমা লাংফম্না য়াম্বনা।। পুন্শি লৈথোব্খিদুনা মানা মানা তৌজকবা থৌবম্ মতুং ইন্না মবক্তা শিবে।। নুমিৎনা মেওইবগা চহি মতম্না শিং ওইবে। থানা থাও ওইদুনা লমচৎ ফন্তুবানা থাং ওইদুনা।। থাং অমদা ঙৌদুনা পুন্শি চেংজেন্ লৌথোক্এ। সিংলি ১০৮বু পুন্সিন্খিদুনা।। লাংবুম্ অমত্তা ওইখবে।। মিহুল্ ১০৮ শিংলি ১০৮ পুন্খিদুনা।। রাবা ফেবে লাওবা ফম্মাংচিং খুনুনা মিস্না তাববা লুরুক্চিং থর ই ৫মক্না কাবগে চৎলকএ।। স্না লিক্লু তৎলে চোইনা তাবে।। লৈমবেন্ খুংগুমলে অদুদগী কুরু সিদবদি চৎলগে হায়না খোংশাল্লক্লে।। কুরু সিদবনা লেংখ্রবদা মী ওইবগী থৌরাইবু।। খমনুং সবা তানবদি কবম্না তানবনো হাযগনি অচংথোংবু থিংহৌবে অসি থোংবু হাংদুনা চৎলক্পদি।। খমনুং কিকোই লৌওন্বী নুবা পাওথেম্ হৈবিনা।। পলেম্ মমা নত্তনা মমা সা। পন্থৌ মপা নত্তনা পন্থৌ মপা শাদুনা।। অঙাংশিংবুনা হৈবাং নিংথিবা পাইহন্দুনা থেন্নবক্লে। পাখং মথোন্ কাবক্পা ওইবগা মমান্নবা পাখং ওইনা থেমদুনা পুইএ।। শম্লাং কোইকরুবী চনুবা ওইবগা। মমান্নবী মতালোই শাদুনা শিংঙেল্ লৈবাং থিরুসি হাইনা কৌথোক্ই। অহল্ ওইবা নিপা নুপিগীদি মাগী

মপুরোইবা শাদুনা শেমদুনা পুই নিপাগীনা মাগী তালোই মরুম্বা শাদুনা থেম্না নৌনা পুখি।। খম্নুং কেকোই পাওথেম্ হৈবীনা তাইবং ঐখোয়বু। হৈবাং নিংথিবা লৈবাং ফজবা পিদুনা চিন্হল্লেগদি চাহল্লগদি নখোয়দি তাইবংদা পলবদি যাদবে চাহৈদবা হৈবাংসু চাবেদো চিলহৈদবা লৈরাংসু চিল্লেদো।। তাইবং নখোইদি হান্নগী লম্বি অদু চৎপদি যাববোই।। হৌজিক্তি খম্নুং সবা তাল্লবনি অমল্ শিংগুম্বনি হাইদুনা নমু তাইবং ঐখোযগী থরাই (৫) মিগা থানা (৬)মক্পু ফাখবে।। খম্নুং কিকোয লৌওল্বী নুবা পাওহৈবিনা।। তাইবংগী থরাইবু থনম্বা মফম্দি ললাম্বুংগী মতোন্দা খোইবি কৈথেন্ কাবিবদুদা কৈথেন্ কামিন্নবগা।। বানতেং খোইবি শিংজু চামিন্নবগা। খমনুং কিকোই লৌনম্বী নুবা পাওথেম্ তৈবিনা হাইবক্ই।। হৌজিক্তি ঐগী ইতুং ইনবা যাববোই নংগী তালোই নত্তে। নথংলেন নপুবোইবসু নত্তেদো।। পালেম্ নমা অপোক্পিসু নত্তেদো পন্থৌ অপোক্পসু নত্তেদো ঐদি।। খম্নুং কিকোই লৌওলবী হাযবদুনি ঐসে।। নখোইদি শিংগুম্লবা লম্বী তাল্লক্লবনে তাইবংদা হন্বা যাবযোই।। হৌজিক্তি নখোইগী পালেম্ পন্থৌ মফম্ থিজবো।। বা অসি তাবদা অঙাং পিল্লবা সিংদনা হাইবক্ই।। ইমা নংবু ঐগী ইমা নাত্তে হাযবসিবু অচমযবা ইমা। নত্তেবে ঐনে হাইবম্লগা শক্ফম অমা ওনখ্রগে খল্লি অদদা নবা ওইবশিং অদনা হাইজবক্ই। ইমা মান্বী ইমা শাদুনা পুম্বিবল্লগা।। ইমাগী লম্বী খবা তাক্পীবমমু।। পন্থৌ শাদনা পূর্বাক্লিবা অদনা ঐদি নংগী পন্থৌ নত্তে।। হাযবসি তাবদা পন্থৌ মানবা ইপা নংনা। ঐগী অশেংবা পন্থৌ অদব খবা তাকপীলম্মগবা।। যাংদৌ লম্বি শাংনা লাকপগী লাইজ ইথৌ লাংবনা খোং থাংবা ঙনক্লে খোল্লাং খবদং থক্চক্গেবা। মদুদা নুবা পাথেম্লনা হানবক্ই। তাইবংপান্গী লম্বী লৈতৌ লম্বি লম্শাং তাক্পা ঙল্লবোই।। নরা নতিক্ নত্তনা কবিগী অমল্ শিংগুম্লক্পনো।। হাইবল্লগা মাংথোকখবে কনানসু ডহৌদে।। অদুদা অঙাং নরাশিংদুনা পাঙ্গল লৈতদুনা যেংলক্হ।। অহল্ মতম ওইবী খবদং শিংগুম লম্বীদা লাক্পা উবে।। মনাক্তা চংশিল্লগা পলেম্ ইমা যাওবরা।। পম্থৌ ইপাবু যাওববা।। হাইদুনা

কোইনা কোইনা য়েংলকপদা পন্থৌ মান্বা অমা ফাওবা য়াওখিদরে। অদুদা মঙাং নরাশিংদুনপা হাইজরক্ই।। পলেম্ মান্বী ইমাখোই পন্থৌ মান্বা ইপাশিং। নখোয়না ঐখোয়বু খরা পুবিয়ুগবা পন্থৌ মান্বশিং।। নত্তুং খরা ইন্জগে কপ্না কপ্না তান্নজরক্ই। ইমাগী লৈফম্ ইপাগী লৈফমক খরা তাক্পিরম্মু।। অসি ৱাদি তাবদা অহল্শিংদুনা হাইরক্ই।। পারি মান্বসা ইমোম্ মতম্ মান্ৰবাশিং পলেম্ পনেথৌগী লৈফম্দি তান্বা ফংলরোই ইচাশা।। ইমাগী ইতুং ইল্লক্উ। ইপাগী তুংদা লাক্উ অসি হাইনা পুবিরক্ই ইচাশা নখোয়সে ঐখোয়সে শিঙুম্লক্রবনে।। অশি ৱাদি তাবদা খুদাং পিফম্ তৈদুনা তাংজ মরু লুক্লগা কপ্পা কপ্পা চৎলক্ই।। অরাবা ঙমখে লৈতনা মালেম্ থক্তা ওল্লক্লে। খুবাক্ লাইখল্ শাদুনা খুনিং কাংনা।। য়েংবদা তাইবং পান্গী লম্দাংশাংবু উখিদবে।। তাইবংগী লম্বী উবকত্রবদুদদি থরাই অযাম্বসু চৎলকএ।। শিঙুম্লম্বীদা অসি খুরাই নিংথৌগী। লাই থৱাইমকৌহৈবা মঙানা পুদুনা ময়াই লম্কানা চৎলক্লে।। খবা চৎলগা যেৎওইননা থম্লে।। লাংগোল্ চিং নিংথিববু ওই ওইনা লাক্কুনা।। থোঙাক্ অসিথেন্ মকোই নুংওন্চিং। থৌৱ হৈনা পোৎথাফম্ য়ৌবে। চিংঙু লাইশিংনা কুকগী লাইথোংবু হাংদোক্বিরে কুরুগী ফান্খোং অদু উবদা ফানখোং অদু পাইহলে।। থৌৱাইশং দুবু কুরুনা হাইবিবক্এ।। হে পার হমোম্শা নহোইনা অরাম্ থৌরাং চাদ থক্কুনা লম্দাং শাংনা লাক্পদি।। লাইজ ঈশিং য়াম্না থৌরাংনানি তাংজ কোরেক্ পাইদুনা।। সমু নখুৎনা ফংনা কন্দুনা থক্অস্মা। তাক্পবু য়াদ্রবদা অমুক হন্না হাইরক্ই।। পারি ইমোম্ নখোইবু কারিগী য়াদবনো।। নখংলেন নপুরোইবা খাইনবগী তৌবরা।। তালোই কাইনবগী তৌবরা প্যাই সেংনবগী নমোম্ খাইনবগীরা।। পলেম্ পন্থৌ খাইনবগী তৌবরা অদুদি খল্লুবগনো।। লাইজ ঈশিং অসি কন্দুনা থক্ও। হে তাইবং পানবাশিংও অমুক হন্বা য়ারবোই।। তাইবং থোংদা অমুক্ হন্বা য়াররোই হায়নসু খল্লুগনু।। খমন্নুং পাওথেম্বিনা পালেম্ পন্থৌ নত্তনা শাদুনা লাক্লগা।। তাওজিং হৈনাং অমনববু পিবদা করিগীসু চারুবা।। তালোই নত্তনা তালোই শা থংলেন্ নত্তনা থংলেন্ শা।। নুরা পাওথেম্ হৈবিনা

থেম্‌ববু করিগীসু হোইয়ারুব।। থোংঙাক্ লাইরেম্বী পাওবু তারবদা ৱাখল্ তারে। হন্দক্কি লাইজ ঈশিং অসিদ থক্তবা য়াবরোইদমালে খল্‌বদগী।। শমু খুৎনা ফংনা তাংজ কোরেক্ পাইদুনা।। খরুং নুংদগী লাইজ চোন্না লৈরিবদো কন্দুনা থক্‌লে।। অদু থক্লবা তুংদদি খম্‌নুং সৱা তান্‌বা হাইবদু সিওইরে খংলে অদুগা অমল্ সিংগুম্‌লক্লিবা অঙাং নৱাশিংদুনদি।। খুত্তা কোরেক্ পাইদুনা লাসজ ইক্‌লজবদি ঙম্‌জদা খরুংনদি ৱাং মশানদি পিক্ অরাম খৌরাংনদি হেন্‌জিল্লক্‌পনা।। খরুংগী অকোইবদা চৎলুবগা কপ্পা কন্না খরুংদা মবৈন লক্‌ই।। পলেম্ মমাগী খোম্‌লাং থকপগী মতমগুম্।। লেক্‌লুবদদি লাইজ থক্‌পদি নত্তবানিনা খৌবাংবসু কোক্তে।। অঙাংগী মরৈনদি নৌবনা থকংগী অকলবদা লেক্‌লুবদদি।। মচিল্ মরৈ তত্তুনা খরুং অদু পুম্‌ঙাং ঙাংলে।। ঈ অদুবু লাইজ ওইবরোই নিংদুনা কপ্পা কপ্পা লেক্‌চৈযে।। অতল্ ওইবা সিংদুনা উবগা মাগী মাগী মযুম্‌দা মপারী মমোম্ সেংনা থাইনদুনা লৈহৌবা নিংশিংলুরগা খুত্তা কোরেক্ পাইবগা লাইজ কন্দুনা পিথক্‌ই।। অদুগা অঙাংশিংদুদা তাক্‌পি মফম্ য়াম থোংঙাক্ অসিন্ কৌই।। থৌৱাইগী পোৎথাফম্ পোক্লফমনে হায়িনা তাক্‌পিখি।। অদুদগী লান্নচিং মতোন্ য়ৌনা কাবক্‌লে।। অদুদগী চিংশা সাংনা চৎলক্‌লে।। তুবেল্ লৃখাই লাল্লক্‌লে খোংহাম্‌পাৎ যৌবে খোং হাম্‌লে।। থৌবাই অযাম্বশিংদু চয়োম্ থোক্তুনা তবা চাবে।।। অদুদগী মিসূলোক্ যৌবে ফিসু ফিজন্‌মে।। ফিফৌশিংদা ফি ফৌনে চেংহি শম্মাল্ লাংলে।। চিনক্ল মাইতাবে শম্‌তা হাৎলে।। অসিগী খোংবাই মতুংদা হন্না যেংথোক্‌খি খারম্ মৈখ্ৱ খুবকএ মহক্‌শাংবু থাম্বি মৈদা থাবে।। মৌবক্ তাংগোই পাইবদু উবদা থৌৱাই হন্‌জিনবা যাবরোই।। হাইদুনা পলেম্ পনথৌ কৌদুনা।। মপাবি মমোম্ নিংশিংলুবগা মথংলেন্ ৱাইনববু।। নিংশিংলুরগা হনবা যাদবগী কোইনা কোইনা যেংবগী মকোই নুংওল্ চিং কৌএ চিং অদুদা লৈরিবা পুখ্রিদো অসিবা মীশিংগী ইকজফম্‌নে।। অদুদা ইক মাইতাববা মীশিং থৌৱাইনা চৎপদি থোংঙারেন্ কুরু সিদবগী মফম্ নাক্তা লৈবিবা লান্না তুরেন্ য়ৌখিয়ে।। তুরেন্ অদুদি শমলাং নাম্মনা থোং ওই।।

শম্লাং নাম্মনা পাম্বে ওইনা লাল্লি হায়রি।। মহে হৈবা মবুক্ ৱাচুম শুবা মীনা লাইনা লাল্খিয়ে।। অপক্ খরাল্ লৈবা চিংঙু লাইবু মশক্ খংদবা মীনা।। লাল্ঙম্দনা য়াম্না ৱানা কিনা লালখি হায়রি।। থোঙারেন্ সিদবা অসি খুরাই নিংথৌগী সনা ফন্থোং পাইজরুবদি।। অসি নিংথৌগী সনা নাক্পু য়ৌরগা য়োৎত্রে শুবা নোংদম্বনা খোরচৈ পাইদুনা অর্নজিগী লাইয়ুম্ য়েক্পদি (৬)নি শুবা নুমিৎতা অফবা ফত্তবা যেক্পা পুম্নমক্ লোইখিয়ে।। ফত্ত লম্বি চৎপনা ফত্তনা য়েকখি।। পুক্নিং ৱাচুম্ শুবা খোইয়ুম্ লাইবু মশক্ খংবনা ফনা যেক্খি।। মানা মানাতৌবা মতুং ইন্না ইবিবনে যেক্পিবনে।। মীগী মপোৎ শুবা মীগী মপুরোইবা লৈবা নুপিনা য়েংহৈদবা মিৎয়েং তাবা।। মমাদা মপানা লাইগী মফমদা অখাবা মিৎযেং য়েংখিনা।। নুপী ওইবিনা মথংলেন্দা ঙাংহৈদবা ঙাংবা।। অসিগুম্না শিংদুদি যোৎত্রে শুবনা হাইবক্পা তারগদা থোংঙাক্ লাইরেমবা কুরু সিদবনা অনিমক্লা অপক্ মহৈ অনিমক্কী ৱা থৌদা পিখি।। মানা মানা তৌরকপগী মতুং ইন্না অসি ৱাযেন্ নিংথৌনা ৱাযেন্বনে।। হে তাইবংশা অসি খংনা তানা চৎকদবনে তাইবংনা।। থৱাই হক্চাং পুল্লিঙৈ ঐগী ফনবা থিগদবনি।। লাইনিং পবৈ চৎপা থমোয কিশি লৈতবা মীনা যাইফবা খুফম্ ফংদুনা নুঙ মহৈ ফংঙে।। ফত্তবা লমচৎ চৎপনা অৱাবা মফম্দা থাখিযে।। অসি খংনা তাইবং পুম্নমক্লা ফত্তববু চৎলোইদবনে।। হে মী ওইবা মী মরু মী মচং পুম্নমক।।০।।০।।০।।

## লুৱাং লৈকোইবগী ৱারী (মতেক ওইনা)

কোরৌ নোংমগী নুমিত্তা লুৱাংনা মালেম্ অসিবু (৭)লক্ হন্না কোইরুরগা।। মহাক্কী উনবি পিবুকনুংদা অসুম্ খল্লুবদা।। তাইবং অসিবু শেম্বা ইবুংঙো মাবু অমদি ইমা মাগী মতিক্ ময়াই অসিবু কবম্না কনাগী মফম্দা হংলগা খংগবা হাইনা নিংজবদা।। চিঙ্ঙুবা মানা উবিদুনা খোয়ুম্ লাইপাও ওইনা হাইবিরক্ই।। তাও হে লুৱাং লৈকোইবও।। চিংঙু ঐগী ইরমচৎ অসেংবা অরুববু খংগে হাইরবদি।। অতৈ কনাগী মফম্দা হংবনদি অসেংবা খংবা

ঙম্লোইএ।। মঙাং সিদবগী মফম্দা হংজরুও অদুতদা খংগদবনে হয়ি চক্কী লইদি মহাক্তনা খংগদবনে।। চিংঙু লাইপাও অসি তাবদগী মঙাং লানিং হনবগী মফম্দা লুৱাংনা হংজখি।। তাবিয়ু হে পন্থৌ লাইগী মমৈ মীগী মকোক্ ওইবা।। নপারি ঐগী পাইমানুংদা চিংনবা খংজনিংবদি।। তাইবং অসিবু সেম্বীবা মপু পোক্পা শিবা নাইদবা।। মপী মপা ওইবা অসিবু কবম্লা নিংলগা অমদি।। হৈকৎ লৈকৎনা করি কৎলগা ফংজবা ঙম্গদগে।। মবম্ অসিতদি পন্থৌনা অমুক্তা থৌজান্বীদুনা লিবিয়ু।। লুৱাং পুন্সিবা মালেম্ অসিবু ৭লক্ কোইবদা।। অৱা হুইসোই লৈতবা লুৱাং উলবি পুক্নিং চংনা তাও।। মঙাংনা হাইরক্ই। নহাক্না হংলিবা অসিবু ঐনা করিবু হাইশিগে।। ঐনা হাইবদি অসিনি হংলিবা নংবু কনানোনে।। অসিবু খংননবা হায়দুনা নশাবু ইবুংঙো মহাক্নে হাইনা নিংগদবনে।। হাইনা মাংলম্চত্তদা ঐনা কয়ামা হায় হাইবদি অসিনি নহাক্না লাক্পদা লোইনরক্পা অমদি হন্খিবদা করিবু পুখিগনি হে লুৱাং।। ঐগী হাইনা করি লৈরবোই।। ইথন্তা লাক্পনি ইথন্তা হনখিনি অসিনি।। তাইবংগী কুম্মৈনা লোইরবদা মপু মাগী চৈথাসু লোইনি।। তাইবংগী চাওখর হক্চাংসি লেঙবা হাইবা ঙম্লরোই।। মতম্ অদুদদি মচানা মশুনা মহুৎ সিনবা য়াররোই তাইবং হাইবসে চেক্লাগী মতম্ গুম্বনি।। পামেল উজাও মনা পুংবদা চেক্লানা অহিং য়াইরেক্পা চেক্লা শংগুনা পুন্দুনা অহিং লিক্লা খাংলগা।। কোরৌ নোংনা ঙাল্লগা পাইখিনি মতোম্তা।। পাইবা ঙম্দ্রিবা মচানা মাগী মাগী মবোন্না।। ইমা ইমা কৌদুনা পুন্নমক্ লৈহৌগনি লোইনা।। তাইবংগী মীপুম্ খুদিংসু মপারী মমোম্ কয়ানা।। পলেম্না পন্থৌনা মথংলেন্ ৱাইনবা মপুরোইবনা।। ইকোই কোইনা খরাই লাইকন্নদুনা লৈরম্গনি পলেম্ ঐ চৎলগে পন্থৌ ঐ চৎলগে হাইদুনা চেক্লা ময়াম্না পাইখিবগুম্ চৎখিগনি লোইনা।। মতম্ অদুদা তৌরাং ফক্তা ওন্দুনা।। থম্লাদা পক্পা ইশিংগুম্ হাইনা হুম্না লৈরবা মতম্দা।। তাইবংগী মশাদা ইশিং য়োৎপদা পল্লবদা।। লোক্কৌবী লাইরেম্বীনা মপু মাগী লম্বিবু শেম্লক্লবদা তাইবং অদুনা অৱাবা মৈচাক্পু ফংলবদা থৌৱাই কৌবা মহাক্না উজনিংবা মশক্ খংদবা লাইদো।। ঙসিদি

খংহল্লগে অমসুং উহল্লগে হাইদুনা।। মপু মানা শমু মরাইবক্তগী ফাওবিরক্নুনা।। কুরুম্ স্না চিংদা ইবুংঙো মানা নেৎলক্পদা।। কুরুম্ স্না চিংনা ইমুংঙোগী মাগী মতিক্ কয়াইনা।। খংবা ঙম্দদুনা খাংজবদা স্নাজিংনা পৈনা পৈনা।। হাইনা হুম্না লৈনবদা তাইবং ঐনা নুঙাইবিবা অসিবু।। তাইবং ওইবগী নুংঙাইবগা মান্নদে।। হাইনা পাইম্না বাখল্ তৌনা লৈজখিবা মতম্দি।। মপু মানা তাইবংগী মমাবু কাওখিনি হাইনা।। খাদা অমুক্ পুথবিদুনা খাদগী গেংলল্পদা কনাসু লৈবম্দ্রে।। ইবুংঙো মানা লেপ্তুনা লৈবম্না মতৌ হবকপন্দি।। তাইবং অদুনা হাইবক্ই ইবুংঙো। তাইবংগী অপক লাংদা লৈবিইগু উমদে।। চিংঙু নংগী মসিগুম্না চেংলৌ শক্পানথোং তাইবংদা লৈনবগী মতমদা অমুক্কা উহলবদে ঐগীদমক্ হন্না যেংবদা কনা। অমা লাওবা লৈত্রবা ঐগী হাইবক স্মাগী মিংখৈতনা পাক্কল ওইজাবা মতম্ অসিদা ইবুংঙো নংনসু নৌজাবনিদে।। ইবুংঙো নদাইবেম্গী লৈমম্ তাক্পিনু।। ম তৌ শান্ন খংদনা তেলকাং ওইনা লৈবআদে থৌজানবিবস্ম।। লাংওল্ লাংওদা খুদিংদা ইবুংঙোনা থাদোকপিগনু।। হাইনা নিজবদা চিংঙু মানা হার্তবিবনুংদে।। চে ওইল ঐনা শেন্না কুম্মোন কবিখোইনা চিংনগনো।। পেন পাশিবা মইবাস ঐনা কম্মৈনিকো।। পোক্কবদি শিবে শিববদি শোইদনা পোক্তনকো।। ঐ অসি তানদা তাইবং ওইবনা পুক্নিং নংশিদ্রনা।। ইবংগী লাইজ তানা হাক্লা হায়া কপ্চববই।। মতম্ অদুদা ইথৌবক্পগা মতমগুম্না ইবৈমা কৌনা লাঙ্গম্লনা।। ইবুংঙো মপু ওইবা মানা লৈত্রবদ ঐনা লৈবদনা।। কনি তৌদগে হাইদনা ইথৌবক্পাগা মতমগুম্না।। কুরুম্ স্নাচিংগী নাপোম শানমক্তা হাইথলক্লে।। মতম্ অদুদবু তাইবংনা মাবু পোক্পি পলেম্ পন্থৌবু।। চিংনা যেংলগা মাচিন্নদি হাইবা ঙমদদ্রনা।। পলেম্বু যেংলগা ইমা ঐদি ঙসিদগী লোইরেদো।। লৈথৌবোকো পলেম্ পন্থৌ অনিমক হাইগদবনু।। ঙমদদুনা মখাদাং ইল্লম্জিবদো কৌনম্লনি হাইবিয়ে।। অদুদা তাইবং পোক্পী পলেম্ মানা পাবি ইমোম্ নংবু ইমানা কোর্লাংঙদা খোইযুম্ মিনম্বা কনানা কৌবগে।। পাবি ইমোম্ নংবু যাকগনুকো হাইনা।। নাওথেম্ববু করিগীদমক্ হোইয়াকুবনো

হাইনা।। পলেম্ মমানা কৌববু তাদবা নত্তেদো।। তাবদি তারগা খুম্বদি ঙম্খিদবনা হিক্লা হিক্লা।। ইমা ইমা কৌদুনা কপ্লম্মী হাই হে লুৱাং লৈকোইবা।। মরম্ অসিনা ইমাবু কাওগনো ইপাবু নিংশিংঙু।। তাইবংনা ৱ াবক্লবা মতম্দা পলেম্ পন্থৌবু নংতনা।। মী কনাগী মমানা মপানা অৱাবা পোক্পিরোই।। পলেম্ পন্থৌতনা মচা ওইবা ঐখোইগী লাইনি।। অসি লুৱ াং ইমানা পোক্পিদ্রবদি লাইবু খংলোই।। মরম্ অসিনা হয়ি হয়া হায়বা অসিবু থোইবা লাই লৈত্রে।। মবম্ অসিনা নাহা ওইরিঙৈদগী হৌনা।। লিক্লর্ম্সি কাইদনবা থিহৌগদবনে মীওইবা ঐখোইনরা।। পুন্শিবা হাইবদো করিবুনো হাইনা থিগদগে।। মরম্ অমনা অঙাং অহল্ মশক্পু করিনো হায়না থিয়ো।। অঙাংদি অহল্নে অহন্দি অঙাংনে।। মপু মাদি অহল্ ওইবসু লৈতে মতিক্ চাওবু নাইদে পিক্পা নাইদে মচুসু ওইনিংবতা ওইবনি।। অমম্বসু অঙাল্বপু ইবুংঙো মহাক্তনা ওইবনি খংও হে মী।।০।।০।।

মীকোন থাকোনলোল
হযি হয়া হে :

# " পামহৈবা "

- মাইবম মেরাজাও খুমন

ইয়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ লাইনা কোনবা পোইরৈ মালেম লৈপাক ঙমবা কংলৈ নিংথৌ লাইনিংথৌও তেংবালবগী মপুও নংবু হননা হননা খুরুমজগে।। মৈনা ৱাইনা তাংনা শমবা মৈতৈ নিংতৌ পামহৈবা মহাক থক্কী লৈপাক ইসৌ লাংখিবা লিকখুল লিকলমতবু মৈতৈ ইয়ু মাইচৌ খ্বাই কেকুগী থোইয়া য়ুথোইববু অমত্তা কাইদনা লাথুপ ওইনা চনসিলজরককে আঃ ফললকইদা সোননাবা মৈতৈ মাইচৌ সিদবা ইয়ু ইবুংঙো খোংনাংথাবা লিকখুল তাকপিবা খজিক তংতবু হাইজরক্কে চীংঙ্গু ইবুংঙো মায়চৌসিংনা শৈশক্লরম্মা "পাওনম হিদেল মপান্দা ফৈতা হিতং মসুমাংদা তরেৎ সেনপুং য়ৈর্বাদি নাংলেন পুংজাও ফুবদি সনা লিকলাই মরুগী তুবী মরু থাবদি হৌদেদো সেমবী মুকাকলৈ মরুনা থার্বাদি হৌরেদো ৱারমসিবু খংর্নাসি নিংথেম পামহৈবগা খোংলোইনবা চীংঙ্গু ইয়াম্বা মোইরাং লাল্লাহলববু অকাও চরৈ হুকতা চীংঙ্গু মসাইওল খোংনাং থাবা ময়াথংবু খজিকতা ইসিলজগে হায়দবরা চীংঙ্গু খোংনাং চুমচৎনবা ইয়ু মাগী পাওতাকপু লাথুপ চননা ইজগে তাখিবীগনো।। পামহৈবা মহাকথক লৈপাক ইসৌ লাংখিবা মরম খৈবীক অসিবু লাথুপ চননা ইরমগে।।

মৈদিংঙ্গু তুবী পাইখোমবনা অদুঙৈ মরাম হাওখুল নারুঙৈ তুবী নিংথৌ মপাবুং মৈদিংঙ্গু খুনজাওবগী সনা কোকলেন লৌরুঙৈগী লৈপাক ইসৌ লাংদেয়। তুবী চরাইরোংবা মপুনসি লিতাংসিংনা হাইঙময়ে হায়দবরা কোরৌ অঙাল চাইরিঙৈ মৈতৈ কংলৈপাক ইনিংথৌ তুবী চরাইরোংবা মতিক মঙাল

ফরমনি লাইগী নোংদমখোল তারকঙৈ তুবী লাইরেল লমথোকপনে চোথে চীংমাই মনিলনাই চোথে খুললাকপা মনিংতম হাইনা হুমনা পাললকলে নিংথৌ ব্রারুম সামু ব্রারুম কীদবনা খুললাকপা লোইপোৎ থৌওইদরে লোইপোৎ খোমগে খন মালং খমগোন কননা মৈবী মৈরেন থোকপা চরাইরোংবা চোথে লম পাংলকলে চোথে চীংমাই ব্রাইথুংলবদা খুললাকপা মৈতৈ নিংথৌগা মাইওকনরে। থৌগল লোনচৎ কাইনরকপদগী তাইশিনবা য়াদদুনা হাকথেংননা লালথেংনরে লালওংবু কোইরৌ নুমিৎ হুমনি চুপ্পা সোরু রে হুমনি সুবগী নুমিৎতা কোইরৌ হনবনা নেম নেম ব্রাইরকঙৈ চোথে খুল্লাকপা মপুং ফানা মাইথিরে থব্রাই মাবু পামমুবনা লোইপোৎ পীজরগে খল খোংলোই খবগা নোনজরে।। চোথে কেনদে মপুংয়াইদা নাইতোম হায়না শাৎলিবী চাইবী কৌবী ইবেম্মা পনথৌ মাংদা লেপলরে নহা ওইবীগী সরুকতা থোইনা হেন্না মীথোইরিবী ইবেম্মসি চরাইলোংগী পাননাইদবা লমনদুম সকনরে হায়দবরা তুবী চরাইরোংবা নুজা মাবু নৎতনা কনাবুসু উখিদরে।। পোইরৈত উকবদা চোথে খুললাকপসি মিৎসনা থমবালদা তরং লাইজ ইরা হৌনা মথকতা মচেম শাৎতরবী মখাদা অমা ফোইদরবী মমোমবু খুদাং হংসাত তোইনা মৈতৈ নিংথৌদা খরাই থকতা লৈহাপপগুম কৎচখরে।। চীংঙু থৌজাল অকনবা অসুম থোক্কনি খনদেদো নিংথৌ মনাই অচানবা সাপপা হুইতু চাওবনা খোংলোইতবু ওইজরে মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মশনৌ চাইবীগা খোংলোই ওইনা অঙম্বাসিংগা লোইনদুনা কংলা তমনা হল্লকলে।। লৈপাককী কোলোই ময়াগংবু চাইবী নুজাসি চরাইরোংবগী লৈমা ওইনা লমলেল লমনুংসি কংলাতোংবী মফমদা সেলফমবু ওইনখি। অদু নোংদগী লমলেন কংলাতোংবীও কৌয়ে হায়দবরা।। নিংথৌ লিকলাং তৎফরোই মৈতৈ লৈমা ওইনঙাই কনা লাইপক চাওবী মৈতৈ চনুবু চরাইরোংবগা লুহোংনবা লৈপাক চংনা হোৎনববু অরেমবা তারে চোথে হাওখুল লোইনরোই চাইবী মাবু লোৎচরে হায়দবরা মদুসু মদোমদে।। লৈপাককী মিৎয়েং নিংথৌনা ঙাংঙমদে।। লালদা সাদা ফারকপনি লালফানি লেপখিবনা লাইপাক মরাইপক থিরবী চাইবীবু নোংপোক ইংখোন্দা মতম খরা ইনথোকতুনা থমবীরে।। নিংথৌগী

থৌনাদি চিনখিবনা চাইবী মসাইকোল তোইরুদরে।। অঙকপগী থৌদৌনি মহু চাওবা ময়াংগী লুচিংবা গুরু বিসনু গোস্বামী অথোইবা মৈতৈ কংলৈদবু ব্রাইথুংলরে। ময়াং মহু চাওববু ইয়ু খ্বাইকেকুনা থোকফম অমত্তবু হেনজিনহনখিদে।। অদুবু কনানা খংগনি চীংঙু নোংদমখোল বীসনু গোশ্বামী পনবা তৌদনা চংজফম থিরকখি।। মফম তনজা লৈবে খংদুনা মীতিক মীরৌ লৈজদরবী লৈপাকনা খমবললিবী চাইবী মসাইকোলদা লোননা থুপনা ময়াংনা চংজখি। চাইবীবু লৈপাকনা লালথোং থিংবীবা নংতে নাইফা ওইরুবনা অসুম থোকখিবনে চরাইবোংবা নিংথৌনা লালফা নংতে হায়খিবা অরানববু থোকপনি।। খুমন লৈকোযপুদগী লাকখিবা সাপপা হুইতু চাউবদি মমোম পোক্তে মমোমগা চাইবীবু মমোম ওইনঙৈ মাললেম লপতরৈ হাইখরে। মহালনোং কংলামেনগী হিহুল তমনা ঙায় সাপপা চাউবদি চায়বী মাবু পোকপনি খন মমোম সকনা থাজখিবা মতাংদা মৈতৈগী পুখুনহোং সলাই যুমহোংনকিবনি মমোম পোকলে হরাওজবা কযাবু কুইনা ঙাইনো কংলৈ সনা মপুংয়োনদা লাযরেল মৈতিংুনা চাহৈদবা পাওতবু সনা নাক্তা থুংলবে নিংথৌ পোকপা ঙাযথোং ঙমবীবু কৌদুনা কপনরকলে ঙায়থোং মবীগী মপাবি মৈতিংঙু চবাইবোংবদি অৱাবা ব্রাখল থাখবে ময়াংগী মহু চাওবনা হাওবম সেল্লুংবগী থৌসিলনা চাইবী নাকতা চঙজখি নিংথৌ য়াথংনি হাযসিন্নদুনা সেললুংবনা ময়াংবু চাইবী কোনদা পুসিনখি।। বীসনু গোবামী গুরুনা নিংথৌগী যাথং শাদুনা চাইবী নাকতা চংজদুনা মতম কয়ামা লোননা থুপ্না লৈজখি। নিংথৌগী লৎন মিৎযেং ফংলিবী লাইপক থিবী চাইবীবু সেল্লুংবগী মযাথংনা বীসনু গোশ্বামীনা মিৎচি হায়বংনহুললে হাযদবরা সনা ফমজাও কাদুনা থৌৱাই পিনা থৌগললে পাওথি পাওনিনখোল অসি নিংথৌ সনা নাকোং বাইথুংলে নিংথৌ শ্বা অঙম্বা খ্বাইকেকুবু কৌদুনা লোননা চীকনা ব্রা তাননখবে। খ্বাইকেকুনা হাযযে হে নিংতৌ হায়বদি য়াদবা অকিবা ব্রাবু চংলে নিংথৌ নংগী সনা ফমজাও মসক ওনথোকপা মীমওইবা য়াহিপলে। হায়না তাক্লবদা মীযাম চংনা ফাদুনা অহকপা চৈবাক পিথি কেকুনা ব্রাখল অচেৎপবু উদুনা নিংথৌদা ব্রাহং ঙমযে ইপুনা ব্রাখল চেৎপবু তাকপিরে নিংথৌ

ইগী ইপুকনিংদা লৈজবা খিপিক লোইবা হাইরো হায়রবগী কেকুনা হাইয়ে হে নিংথৌও লাইনিংথৌগী তাওজিং সকনাইবা অহুমখক লৈয়ে হৈ অমনা নুপীদা পীগে হায়না খল্লি হৈ অমনা ননাই হাওবম সেললুংবদা পীগে হায়না খল্লি হৈ অমনা খ্বাই কেকুদা পীজগে খল্লিয়ে হায়বদা চুমলে হায়রবদা কেকুনা মতিক য়ানিংলদুনা অমুকসু ৱাহং তৌবিরে। নিংথৌনা লোননা পাইরিবা চেংকুক মতোল অনিখক মতাং য়াওনা লৈববু লোইনা হায়দোক্লে চেংকুককী মতাংদা তীল অমা লৈরিবা অদো লোইনা হায়দোক্লবদা চুমলে হায়দুনা থাগৎনরে।। নিংথৌগী সনা পুক্লিং নুংঙাইতববু উরদুনা অঙোম চনুনা সনা হকচাং সোকনা থৌগল তৌজরে হায়দবরা মদুসু মদোমদে অকোইজম চনুদা নিংথৌ ইরি হাথখি হায়দবরা চরাইরোংবনা নিংথৌনা মসানৌ চাইবীবু সনা নাকতা পুসিনদুনা থমজখিবা হাউবম সেললুংবগী মফমদা চিংন পরে খজিক হুকতবা নৎতে।। কোইলৌ মসিং সুনা চাইবী নোংমা নোংমগী ফীবম হোংলকলে।। নিংথৌ সনা পুক্লিং নুংওললে নহাল নোং চোথে মপুংয়াইদগী সনা মখুৎমকনা হেকচরকপী চাইবীবু মৈতে কংলে মপুংয়াইদা পুরক্কুনা লৈবা তুংইন তমখরবীনি। সাপপা মাগী মচাসক সাপম চনু নুংথিল চাইবীবু কৌনবনি। ফমবাল মিহুলবু তমনবনি নাইফা নৎতে হায়দবনা লৈমা নিংথৌ অনিগী অকাই ৱাবু থোক্লবনি সাপম চনু নুংথিল চাইবীগী পিবীকনুংদা ময়াংগী মহুম সাখিববু নিংথৌনা মণ্ডল মণ্ডল খল্লকলে লৈপাকনা ৱারোল থোকলকলে।। পাওনম হিদেল মপান্দা ফৈদা হিতং মসুমাংদা তরেৎ সেপু য়ৈবদি ৱাংলেন পুংজাও ফুবদি সনা লিকলাই মরুগী তুবী মরু থাবদি হৌদেদো সেম্বী মুক্কাকলৈ মরুনা থাবদি হৌরেদো শৈসকনবা নাকোং খুদিং সিংজা য়ৈররো ফৈতা সংদা ৱারকপদি নিংথৌ সনা নাকোং ৱাই চিললরে।। লৈমা নিংথৌনা নাপপা চিকনরে লিলসু সিনবা চৈসু তেকতনবা মরমতবু থিরকলে অমরোমদদি লৈপাককী অখণ্ড অহৈ মাইচৌ শিংগী ৱা কাংনরকলে তুবী নংগী নহাকথকতি কৈদৌরোইয়ে হয়েং তুংলম চৎকী ৱানে। তুবী নংগী হাকতক্তা পালগদবা নিংথৌদো লৈপাকপু কাংথং নাইরেইদৌরি মচা মনাও সক খংনরোইয়ে চাইবীগী পিবুকনুংগী অঙাংনা নুপা ওইরবদি ওনথোকপা ৱারে

চেললগদৌরি নিংথৌ ফমবু সোকলগনি হাইনা অহকপা ৱারোলতবু নিনরকলে মনুং থুপনা নৈনবদা চাইবী চিলবাল থক খা খংদরে। নিংথৌ সকলোন থৈরকলে লৈপাক কনা খংদনা মকেং থংগান খুল্লাকপিদা অরোন লম্বী তাকপিরো লৈমানা নুপা পোকলবদি খুললাকপি নংনা নচা সকনা মতম খরা নাওয়োকলো মতমগী খোংৱাইনা ফরকলবদা নিংথৌ লাকতুনা লৌরগে হায়না সিন্নরে। অঙকপগী থৌদৌনি চাইবী ৱাংগোনশং কুমলে।। মপারি অমবু অহিংগী তাংলৌ অথেংবদা ফংজরে থিনবা তৌদনা নৌৱা অদুবু মকেং থাংগাল খুনদা থৈখরে।। লৈপাক ইসৌ কোকনবা পোকখিবা অঙাংবু থৌদু নুংগুমলে অরেমবা ওইরে হাইজিলখরে। থৌদু নুংগুম তুমবক তুমনা নৌবী নৌফমনা ইঙাং পাকতৈনা ফিরোলনুংদা য়োমখরে।। লৈপাকতা অসুম্না লাওথোকলবদা লৈমা নিংথৌগী পোৎথাবা ফংলে নিংথৌনা চাইবীবু মপুনসিগী থাদোকপা ঙমদবনা থৌওং অসিবু থোকলবনি। লৈপাক খংহন্দনা পাওরৌ পানথৈ তৌনা চাইবীনা খুললাকপিগী মফমদা থৈখিবা অঙাংবু হেক হেক পাও তোইজৈ।। নিংথৌ সেনবা সেললুংবা খংহনদনা য়েনবী য়েননাও য়োকখিবা য়েনবা য়েনখোং তোইরে য়েনবা কাংদোং ফারে অসুম্না অরোল ৱাবু ঙাংনরে লৈপাক কনা কাওনরমমলগনি খনদুনা চরাইরোংবা নিংথৌনা থাংগাল খুনদা লোইপোৎ থৌবা সাদুনা চৎখরে তুবী চরাইরোংবা থাংগাল চীংজাও কাদুনা লোইপোৎ থৌবা সাদুনা চাইবীনা পোকখিবা অঙাংবু লোইনবা খরগা সনা কোনুংদা পুরকলে মৈতৈ সনা কোনুংদা হাও মচা সাদুনা লোইসং লিংদুনা থমখি। মতাং অসিদা লৈপাকনা চাইবীগী মচাসিবু হাও মচানি হায়না ইচমমক চমনা খননরি অদুগীদমক মখোয়গী লৈননবা সাবা য়ুমবু হাওমচা সংলেন হায়না খংনখি। চাইবীগী মচা অসি নিংথৌনা য়ামনা থোইনা নুংসিখি। লোইবী চীংদগী মখুৎমকনাহেকচরকপী লৈরাংগা পানদমলিবী চাইবীগী পোকচাবা অঙাংসে চরাইরোংবা নিংথৌনসু অসুম নুংসিখি। তুবী চরাইরোংবগী নৌৱা অঙাংসিবু পামবসিনা পুরকপা হৈনা শিংনা য়োকখিবনি খংননবা পামহৈবা হায়নবু কোলোই মিংথোনবীরে পামহৈবগা লোইনবা হাওমচা অনিমসু মৈতৈ য়ুমনাক ওনথোকপিরে পামহৈবনা কপলকপদা নৌথেমখিবা অঙাংবু ঙাংনা সকনা নৌথেমই হাইবগী ঙাংবম ঙাংবম য়ুমনাক ওইহনবীরে।।

# ইরমদম্ ইরৈবাক মীরৈবাক ওইখ্রগনি।।

(ইজবা, নামৈরাকপম ব্রজামনি মঙাং)

*হো ইমা ইমা ও।।*

ইমা নংবু হল্লকখো হল্লকখো হল্লকখো ইমা, নপারী নমোম্‌শিং কননানা নাওকোনবীগনি। মপী কাইনরবা শননাওনা মমা কৌ- কৌদুনা মাইকৈ শল্লাই খঙদনা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্ত চেনবগুম্ নচাশিং ককঙাওনবা তারেদো ইমা।। নাওকোনবীনবা মপী মপা লৈররোই। মমিৎ তাংবনা জগোই য়েংলনি। মনা পংবনা ঈশৈ তারনি।। খঙদবনা অখংবা শারনি নুং তাউরনি (খঙদবনা লাই শারনি) লশিং লুপলনি, (অশেংবা অখঙবনা থুপখ্রনি।। থক খা ওন্নরগনি।। ইমা নংবু হল্লকখো নপারী খোংনাংথাবগী য়ান্নাশে তাবীখো ইমা।। ব্রাংলেন মিংকুপ অমত্তা ঙাইবীখোনে ইমা - নচাগী য়াব্রা পাউদমসে নাপ্পা চিক্লা তাবীয়ুনে ইমা।। ইমানা চৎখ্রবদা নপারীনা অমুক লৈহৌররোই ইমা। নচাসু থুপখ্রগে ইমা মতম অদো অমুক ইমানা নাওকোনবীরনি তাকপীয়ু ইমা নপারী খোংনাংথাবদা।। নচাসু মতম অদো ঙাইনা মালেম্ ইমানা হিক্লা হিক্লা কপতুনা পাওমেনবীরকই মপারী খোংনাংথাবদা।। পোইরৈ তামনা লৈখিবা লোইবী চীংলোল মাপল লাননা পাইখিব। পাইবকলো নংবু ননিং তম্না পাইররো।। পাইররো ননিং তম্না অহাংবা নোংদোন্দা ননিং তমনা চাকতাবরো অহাংবা মালেমদা য়েকনা খুরৌ তুংওইনরনি।। চেকলা নংনা খোংবদি ননিং তম্‌না খোংলরো। চেকলা নদোম্ খনগনু।। খোইয়ুম লাইগী লৈবাকনে।। চেকলা নংনা খোংবদি নাপ্‌পা চিক্লা খোংলরো। খোয়ুম লাইগী লাইপাওনি।।

মতম্ অদো সেনবী মুকাকলৈ মরুদি তাকলনি লোল্লনি। খোয়ুম লাইগী ব্রায়েল লাক্লনি।। ব্রায়েল কাতি লাকলনি। নুঙগোইবী সারেল লাকলনি। মাইকৈ ঙাকপা লাইবুংথৌ মাপল কাংলগনি। খোয়ুম লাই খিবীকসু কাংলনি।।

লিকলমদা চৎলমমু কাংখুলদা হৌরমমু।। নবুথৌ পাখঙবা শাফোংলনি।। লিকলাই মরুগী ওইবা খুনুংগী চৎনলোনবু নৌনা খুনশেম্ লৈশেমলনি। অরিবা মরুদগী অনৌবা ময়োল চোংলনি। থক- খা নাইনা চৎলনি।

পলেম্ নমা ঐসু হলব্রাইরকলে হাইবা খঙলো পারী।।

পলেম নমা ঐগা য়াৱা পাওশান্দুনা ইপা মরী অচেৎপা ইপু মরি অথুপ্পা চরৈ ফিগুম্ থুপচাননা তাবুনুংদা থমবীরমববু পোইরৈ য়ুমথোং থুংনা পাউজেলররো ।।

পোইরৈ মৈত্রবাক ইংনা চিক্লা পাল্লনি চাকহোংলনি ঙাহোংলনি। মহৈ- মরোং চুমলনি।। চাকনি ফিনি তোকলনি। নিং- খা তম্বগী নুমিৎনা নোংপোক চীংখৈদগী ইংনা চিকনা মঙাল ফাওরকলবদা। অনৌবা য়েননিং হুল্লনি ইপা ইপুগী খুফমদা হলজিললগনি। মরু লেমফু কংফরোই। নবুথৌ পাখঙববু চেৎনা থাগোলজৌ মাঙোন্দা চংজৌ মহাক নৎতনা নংবু কনবীনবা খোইয়ুম লাই অমা লাক্লরোই। মতম হাক্লাকুইররোইয়ে।।

য়োৎকী পোলোই লাইগী শমচেৎ।। য়োৎকী পোৎলোইগী লোইগদৌবা হাক্লা কুইররোই।

লৈনুংগী শাবীনা সোরোক য়াংবীথক্তা নোইন নোইন চৎলরনি। সামুনা উরগা মমিৎতা মপী তারনি। নুপী অঙাংনা মপান থোকতুনা লৈবাককী ৱায়েল চুকলি পাইররে - লৈবাক কাংখোং চাইরে - নহানা মাইব শাবদি মং থললে।। লুখ্র-পখ্রাগী মীকপ মীরাওখোলনা নিল্লনি। লুবাক মখুম্ নাইদে - নুপী কাংথক নাইদে।। শামু পাঙগলবশিংনা নুপীশিংগী ইকাইব ফিশেৎতা মফম মতম নাইদনা মিতারে মৌ লৈশাবী খংদরে - নাইদরে। মীতোপ মীযানগী ঈনা হাথরকতুনা য়ুমদাংবনা কৈনারে।। লৌরি চৎপী ফিঙাং ইনবী ইঙাং পাকতকনরে ইমু পামফেলনরনি। অনৌবা চকনা হেমাই কারকলে। অচুম্বা ৱায়েল লাকলে। হয়ি চককী লমাই কাংবা তঙখাই থৌরকলে। চেৎনা পাইয়ু চেৎনা য়াললো। খোমদোল মৈরৌবী ইপাম্ লমদম খান্বী মৈৱাইরে খান্বী মৈকল্লবা লাকলনি চেৎনা য়াললো চেৎনা।। পাইরো ইপা ইপুগী ইনাৎকী থৌরিবু কন্না পাইদুনা শিদবা নিংলেন অথোইববু কাওফরোই। ইবুথৌ পাখঙবদা লোৎলো - কো সনা পাখঙব - য়েক তরেৎপু পুথোকপীব অমৎতা ঙাইরবা ইপা ইমা মশক খঙবা - থৱাই মশক খংবা লানংবু পাখঙবা লাইনিং কৌয়ে - হুং শিদবা তেংবাল মপু লাইনিংথৌ - শিদবনা য়াইফরে।।

*চাদ্রে লৈতে ৱারুনু। সনা লুপা লৈরে হায়বগী হরাওরুনু। চেং তাংপ্পনি চাবীনবা লৈররোই।। মী তিনবা য়াওরুনো। চানব লৈতে তখেল থাং।। নোংমৈ মহী চেল্লনি। উকোক ৱাকোককী লান্না অরোইবা ওইরনি।।*

*মতম অদো হাক্লা কুইৱরোইয়ে।।*

364 | Dc...

